থেংনু থেংহল্লৌ পাথংশা, হেদোনবা থাদা লাং
চিন্নু চিহল্লৌ চক্তরা হেম্নোইনবী নাম্ম লাং,
মহাকবি সেক্সপিয়রগী ল্যুক্রেসি লৈরাং ;
মালংনবৈঙ পুক্নীংন জৈংনসষ্ঠ মনম লাং ;
শিম্রম্মু থুদোম্নি মথং মথং চংলম্লাই
পলেম নীংব কনাগী নয়োম নংাউ থুজেং পাম !

নশৈরেম্ব,

নঙ্গী কাব্য-কাননগী কুঞ্জ'মদা নীংথিবা
শাংলম্মেনে লৈরাং'ন—সুংশিগ্রেদঃ মনগদো,
লৈরাং মাবু উবদা পাম্মুরেদঃ শন্নীশো,
লিউক্রেসি'ডুনিনে খুথা নঙ্গী সুংশিবা !
তমজনীঙু চংলগদাই লৈরাং'ডুনা খুদোন'ম
মুজা-ওইবীশিঙ্গী কা লোঁজক্করে চান্ন'ম !
ঈন্নম তরেং ৱাংম লাক ওল্লে লৈচু খরদং
লৈশাং তমডৈ লৈরাংন হোঁলে লৈশক খজিক্কং ;
লৈনম'ডুদি লৈরাঙ্গী ওনবা লৈতে খজিকফাও,
সুংশিজরি লৈনম্ম শীঁজেল লৈখোং হা-হা লাউ !
চিঙ্জসন্নু চন্নুরা শীঁজেল অসে লৈসুংশি,
হাজসন্নু মনম্ম মুজা-ওইবী গপুক্নি ঃ
সুংশি ওইডৈ মনম্ম পাম্মু-ওইবা থম্মোয় তম
লম্মাল-কাইগী লৈরাং কাউ শঁজসন্নু লৈখোং'ডুম !

নদাই
শ্রীমীনকেতন সিংহ

লমদম: নত্তুনা ব্রাথন্দ, মিৎয়েংদ মীওং অনৗ'গি নোংপোক-নোংচুপ অতুম তারৈ। অদুনা ইংরাজী কবিগী শৈশক মৈতৈ অশৈবগী শৈশক য়াম্না তৈনৈ। মহাকবিগী শৈশক অসি মকোক মতোল চপচানা খঙবদা মৈতৈ নাকোঙ চুনদবা, মৈতৈগী ব্রাথম নাতোন-নাকচি কাঙদবা ওমোইদোবা মতাং কয়া কয়া য়াওবনা মৈতৈগী ওইনবা য়ানবা অনুবাদদ: অনুবাদ ওইনা তৌদনা রূপান্তর ওইরপ থংগৈজে। অদুবু মহাকবিগী নীংথিজবা পূর্ণমক ওহমথৈ থগজনবদি অতুম মহোংনৈজে; ইশাগী ইতিকী ব্রাংমদা তাখিবা শকঙ্ক শোয়কম থোকপনা শোয়খিবা অমদি শোয়রবা অতুমথৈদি ঐহাক ইশাগী ইরাপ্রি।

শ্রীনীনকেতন সিংহ
২ ফেব্রুয়ারী ১৯৬৫

### সেক্সপিয়রগী

# দি রেপ্ অব্ ল্যুক্রেসি

### ( ল্যুক্রেসি ফয়ানুব )

## শৈশেহো

"কেল্লিবও শিঙ্গাইরৈ ইন্নুং পুঙ্গোয় লানঙমদ
লিক্লা-লোয়ীন তম্ম ওই লৈরীক তাইয়োন চোইনা ভা—
তেনবননি নীংবরা লৈরাং মাগী লৈপুক্সি।

নপ্তে নপ্তে তেনবনা—শৈশক য়েঁক্তি ওন্দেদো ;
লৈচু য়েঁক্তি লাংসন্দে ; লৈনম হাঙ্গৈরে মাঙদ্দেকো ;
কেল্লবনি লৈথোক লোঙ্গৈ করম হাঙ্গৈনি মথক্সি?

হাম্ন-হাম্নই মতমগুম তদেক-তনৌ নীংথিরি ;
লৈকা চুম্ন হেনবগুম লৈমায় চোম্ন মণ্ডাল্লি ;
কেল্লবনি পুক্সি লোই হাঙ্গৈনি করম মতাসি।

কেনগে কেনবা নত্তরা কাউজন-থীবা টাইবংদ
মালং মাগী মালংচৎ নীংসংলমগে মপোক্ত
খুমাঙ চাওশিল লৈথোক লোঙ্গৈ মুংশি-চাউবী লৈম্নুংশি !
চঙনা কনাগুম্বনা শিনা কনা অমনা
পাঙলৈ থোদাং মতা য়েং থৌগাই-শঙবা খোঙকম্ম—
গিন্নুংশিনা কেনবনি ; লোইবা নত্তে লৈপুন্সি !"

## লৈশেথোঙ

লুক্রেসি রোমক-চঙনি। লুসিয়স্ টারকিনিয়সকী সনা-হাক্তক্ত নিংথৌ-লাইবক-য়ুমদিন পানথিবা অঙুম্ব লুক্রেসিয়সকী থরায়-থোঙজীল লাং শাচ্চথিবী মুজানি। নিংথৌ-লাইবক-য়ুমদিম্ন পোক অপাল-শীংদ চল পাথৌ-শাহ্নল তম পজেং-থেৎপ কোলেটিনসকীনা মায়োক-লৈরাংনি। শক্ত গোলাপনি, চুদা থরোনি ; শাজম্ভ লমগী থুম্ব কোলোয়নবা মুংশিরৈমগী লোয়ীন-চেক্লাম্ননি, মুংজম্ভনা য়ারৌ শাদি অপিৎক অঙৌবা য়াউ-মচানি। থম্বালগী লৈপা তাঙনা থোকপঙুম মালং-ওংব লৈরাংলক তাঙনা থোকখি— লৈবু লৈখিদে, শানৌ মাগী মপা রোমক-শাগৈ-ওংবী মুজালক। থম্বাল কোৰী লৈরাংদি কৎলবম্ব মথরায় কোয়ৌ মাগী মকাদা গালংনৈজ মালংদ, খোইরোয়নজৈ লৈহৌ-থীবা খোইমুগা, মালং মাগী মালংচৎ। মুজা-ওইবী মহাক্তি কিজবনা, খোইরাল লাক্লবদি—, খোঙ্গী নাতৈ চল চারগি পৌরোল থা শীঁঙেল মালিকানা নাশং নাথুপ্নজবগুম মথংলেলগী মকাই-কাইজবী তালোয়নি, মপুরোইবা চাকহেন্নবী মুয়ানি, কোয়ৌ-মশেক-লাংজলবী মুপীজানি। মালং-শাক্লু পুঙমদা নৌজবনা জঁঙেলৈ জঁঙেল-থারোই ওাইঙমদ কেল্লবগুম লোকমায়দা মালঙ্গী-কলক-চৈথা থাঁঙমদ পুন্সি-তেনথম্নথিবী

অৱা-পোলোইনখিবী, নৈথাং শিকাইৱেরতম অদেক-তনৌ চোইনা তা মুকা-খোঙকম তাকখিবী রোমক-শাগৈগী নৈতেং-ওইবী ওয়গী শাগৈনি।

রোমক-নিংথৌ লুসিয়স্ টারকিনিয়স্না আর্দিয়া লান্দাইগী, আর্দিয়াশিংগী পত্থোক লোম্নুনা থাখিবা রোমকশিংগী পল সাজুনা লাল চাইবা, খুং খোক্লিক্লিবৈ মতমগী বানি। নোংমা সুদিদাং তেঙ্গোলগী মকোক ওইবা লুচিংবা পুম বাঙ্গোলশিংথো সেক্সটস্কী লাম্লংদ মোখাই-চাক চানৈ। চাবথকপ। লোইরবা মতুংদ মু চাইনতুনা বারী-বাতাই অমুম লানরকপদগী, অমুম থোকউ হায়রজুনা, মশা-মশাগী নৈমগী মপাউ তয়রকই। কনানা ফজবগী, কনা'মনা লুজ-নাজবগী, অমুক কনা অয়না মপুরোইব-নীংজবগী মথং-মথং পুংথোক্লরকই। অঙম কোলেটিনস্না মহাক মশাগী মতাংদ মতালোয় নীংথিবী লুক্রেসিগী মপাউ থোয়না বাংগ শঙ্ককই—

তফা ঐগী য়াইকয়াই পুন্সি-য়াইক-খোঙকমদা—
নীংথিজবী ইতালোয় শানৌ মাগা পুলম
নৈপুল পরৈ অহেনবা
লাংনা-পাদম-হৈবীনা কুবিবনি ঐঙোন্দ
হীয়াইনিদি অতাঙবা।
কম্বাল-লাংব কাওবুনা হেঙ্গবদি মঙম্লি
কোলোয়-কাদা হেঙ্গবা,
সনা-লীকক-ওংন পোক কম্বাল লাংজৈ কদৌনি,
নিংথৌ লাইবক-য়ুমদিল লাক অপাল কৌজৈ কদৌনি,
শানৌ ঐগী নীংথিবী ফজবী ইতালোয়

শীঁঙেল মাগা খামাম্ববী নীংথিবী মতাংলোয়
কদোম্নুং
কনাগীম্নু লাইবক্ত থোক্লমম্বোই থোক্লম্বোই
করিম্নুং।

কোলেটিনস্কী ৱাঙাং তাবদা হুঁঙাইবোই কধিবোই অশুবপুম্বনা কোয়ুংলোম্ন চংহুন লৈমশিঙী মথিল থঙদোকফিম্নম্ন সি হায়নথি। অথেংব অহিং-তাংলোদা তম্বক্লে কোহুং মায়গৈ। শীংনব থোঙফম্নি, লোম্ন থুপ্ন লৈম মশীং মৈনা য়েংম্নিম্বক্লে। কনানা হয়াউ-তয়ামদা লুপ্নি, মপুম্বোইবা লাম্ন চংথি থঙদে; কনা 'মনা ফাগি-জুগাইদা নোকই, থেম্নি, মপুম্বোইবগী অম্বাব-থোঙকমগী হুঁঙাইতবগী মথি কৌবা তাদে; কনা অমগীনা অমত্থমি থঙদে, অঙানবনি উদে থাঁঙিবা থোঙকম—অরোইবদা লাক্লে কোলেটিনস্কী মতাং—

নীংথিবী লুক্রেসি অচম্ব ফীভোন্দ মনাইশিঙী শিম্নাইফমদা ফম্নি। মেয়াথাগী লৈচিল-কাপ্ন থাজগুম নীংথিবী মায়থোংদ মপুম্বোইব-কায়নবগী অয়াবা মথি তাম্নি; মপুম্বোইবগী মপাঙ্ক লোল মিৎলুদা ঊয়া শিম্নরি; আদিম্না মায়গৈ ওল 'লাক্লগবা করি নোং', 'থোক্লগবা করি ওইবা', মনাইশিঙী মমক তিম্ন তিম্ন মদোম চিপক তাজরি। ইক্লংলৈমনা নোংদোল-ঊম্বা-ঊপাল লোক লাইজ তম্ন ঊফুজ চিহ্নে-মায়গৈ চিংন য়েং থোয়াংজবা মিৎযম্ন চীংজং সমা-লোক্লগী অঙানবা হন্দোয়কপা ঙাইজবগুম মিৎলু ঊয়া চেল মবুঁঙোগী লম্বী য়েংজম্নিবী, লিক্লা-ফুম্নবী থম্বালগুম হুংশি-হুঁঙোল মথি লাং থোয়জেং-হুংজেংনজম্নবী, নোংঙাল্লমদাইগী শিথয়কপা থাজমতম মঙাল মুশিনম্নবী, মযুক থঙবী মনাই কনাগী পুকথেম-ফাগীদা মনাই হক্লোইথিনি থল হাইফেং মোক্লে চয়োলচুম্ন নোজী নোংলোই-হুংথিল মমৈদা নেমেম-হুংশা-মোমে.মজবী

মাজংলৈম ওয়জবী হুজা মাগী চেংলো উবদা অওব-থম্মোয়-থুদিংমক্ক খোঙ্খাং অমত্তঃন "লুক্রেসি নীংথিবী, চাকহেঞবী মথংনেল" কোলোয়নজখি; মাইফৈজদঃ ৱোম, পলেম নঙ্গী পীবুক অং হুজাসিনা পোক্লবা!" শৈশক্লজখি।

অফবগী অফবা পীনৈ অপেনবা অফবা পুকচেল্দ, চিঙি মৈবা হোই কল্লক-মৈজাউ ফত্তবা পুকচেল্দ। লুক্রেসি উবদা পোকখি ৱাখল অমা পুকচেল খোয়না পোক্লবা ৱাঙোন্নিংথো লেক্সটম্‌কী থম্মোয়ফুং—

সনা-কোকথোল অহেনবা মপুগীদঃ তম্মকপা
মপু-কোক্ল শোয়রগা নাইগী কোক্ত তারুবা
অচ্চা লাকচৈ ৱাখনখি—হুকাখিয়ে লকান্নুং।

লৈম লুক্রেসিগী মপা লৈতনা ফজন্নরবা মশক্কম, তাঙনা থোক্লবা ময়মচৎ, অনীনা কল্লক-মৈহোনখি সেক্সটস্‌কী থম্মোয়ফুং। মীঁভেল মাবু নোংমত্তং চিল হৈরাং মাপু অমুক্তং চা থম্মোয়গী থোরাংব কোক্লগে, হুজা মাগী চাক-হেন-খোঙফম থুগাইদুনা কোলেটিনস্‌কী মমু য়েথেক্তে মশাগী কল্লক-মৈয়ি মুৎনগে লেপখি মহাক্কী থম্মোয়গী থম্মোয়ফুং।

হল্লে অহিংদুম্ম অহুম গয়ামগা লাম্নংদ। মথঙ্গী অহিংদ ফুগৎলকখি লোম্ন লাম্নংদগী, তমখি য়ারেক-খোঙফম কোলেটিনস্‌কী কোল। লোঞ্চৎ-থঙবী হুজানি, ঙাকচখি থোগলোল, কচ্চখি য়ারেক্কফম মত্তিক চাবা সনা-লীকথাং অমগী।

থুগাইথরে অহিংদ লৈমগী চাকহেল-খোঙফম। হুজা পুঙমদরে মথৱায়, থারে, ইহুংন হেক শোয়বদা, মপাবুংদ খোগনপাউ অমা, মবুঁঙোদা অমা। পুঁঙরে লুক্রেসিয়স্ জুনিয়স্ ব্রূটস্ কা, কোলেটিনস্ প্যুবিলিয়স্ ভেলেরিয়স্‌কা। লৈম মিংকী লিগা ঈরোয়ননা তপ্পে অথোবা মরিগী মকাদা

খোকথিবা মশাগী অরাবা মপাউখোল, ফুজ্জা মশাগী থবৈ-ফিরাক থায় অমাংব মহৎকচাং থাজোক্লম কাথরে কোরৌ নোংমদোল, চাকয়েংঙবী মহাকী অশেংব মখুত্তম। ফুজ্জা-ওইবী মহৎকচাং শীক্লাং শীক্ল, তংলে, লৈরাং চোইন তারে। অরাবা পুত্তমক্রবা থম্মোয় মরিনা শীক্লাং ফাওোয়ন লৈবাং চোইখোয়ন খোয় মনরুপ্প লোলাই লেংল থা পুরে রোমক-কোম্মংল, চেন্নে মপাউ অরাবা। থম্মোয়-শোক্লবা যোম থারে লোইদা নিংথৌ-ফুঙ্গা, মুথংলে নিংথৌ-খুত্তম, লিম্বংলে কন্সুলেট।

নীংথিবী ল্যুক্রেসিগী মিংকী পি, থম্মোয়গী ঈ—অনীগী ঈহৌদা লুপংরে লোক্ষৎ-নাইদবা টারকিনিয়স্-ফুঙ্গা। উংলাখে ল্যুক্রেসি-লৈবাং হন্নং পুংজায় শানঙ্গমদ লিক্লা লোয়রীল তম্ন ওই শীঁজেল লৈকা চোইনা তা ফুজ্জা-ওইবী খোঙকম রোমক-চগ্নমাশিঙ্গী কা।

অসিনি শৈরেংশিদা শক্লিবা মহাকবিনা—

## শৈরেং

ফুংওইনরম আরদিয়া চাউগান খোঙ্গাপ মৈদা
নেং অপাম-নিংশানরবা, রোমক তেজ্জোল পন্দ
থম, ফুগংলক্লে টারক্বিন লৌনম-অপাম শেগা
তাং লুমজনিঁঙাই লৈতবা
কোলেটিনগী মরাল তম পুরি থাম্বী অশাম্ব
থাম্রেন-উংমৈ অওম্ব মৈহৌ তাঞ্জা ঙাইরিবা—
ফুজ্জা-ওইবী খ্বাংদ কোল মৈরিনা চাউদম থাগা
খোল মৈচাক তমগে ঙাক্লিবা

ল্যুক্রেসিগী নীংথিবী কোলেটিনস্ মশানৌ
চাকহেন্নবী মথংলেন ।

মালেম-ওংবী নুজালক, ফজ্জবী চনুরা—
লেমজবদা লাইলুড়া—
সুংশি-চেংলৌ কথানা ফজ-শক্লোল-পুরবী
কোলেটিনস্ মাগীদঃ থৌগল থৌগাই পুরবা
হরাউ মাগী মরানয়ায় হেদৌ-তিয়া মকোয়সুং
মশেক চাউনা মঙাল তা হেন্নরিবী হেন্নসুং
ঙাঁঙোই শক্তম অহেনবা হেন্নে মদোম হেন্নবী
পশোং পুকচেল অপানবা পান্নে মদোম পান্নবী
শ্যানৌ মাগী মপাউখোল
খোঙ্গুল তানা মশানা মথংলেন্ন শকচঙৈ
নীংথিজবা কোলোয়না মুজা কোলোয়নজঙৈ
চাকহেন্নবী মথংলেন
যুক্লরবোই টার্‌কিনগী থম্মোয়নিদঃ য়োরবা
লায়ুম থক-থা তুনা লেং কল্লক-মৈবা চিঁঙবা
নোংদম মাগী নোংদমখোল !
ঙরাংদঃনি কাঁঙ্‌বা টারকিনগী লাম্ফংদ
ঙরাং কৌবা অহিংদঃ
তম্ফা মাগী য়াইফয়াই য়াইফ-পুন্সি-খোঙফমদা—
নীংথিজবী মতালোয় থংলেন মাগা পুন্নব

লৈপুল-পরৈ অহেনবা
লাংনা-পাদম-হৈবীনা কুবিবনি মঁঙোন্দ
হীয়াইনিদি অতাওবা,
নাপঙ্খি মমায় লোং নোংদম মাগী য়াইকবা
থোয়না ৱাংনা মপাউখোল ;
ফম্বাল-লাংব-শাগৈনা হেঙ্গবদি মওম্মি
কোলোয়-কাদা হেঙ্গবা ;
সনা-লীফক-ওংন পোক ফম্বাল লাংজৈ কদৌনি,
নিংথৌ-লাইবক য়ুমদিল লাক অপাল কৌজৈ কদৌনি,
শানৌ ঐগী নীংথিবী ফজজবী ইতালোয়
শীঁঙেল মাগা শামাম্নবী নীংথিবী মতালোয়
কদৌম্নুং
কনাগীস্নু লাইবক্ত থোক্লম্মরোই থোক্লরোই
কব্রিম্নুং।

তরাদঃগী লাইবক্ত চাজো তম্ব য়াইফবা,
শম্মু খুম্ত চম্ন চন তাকচবনা মহানবা
ইম্নুং-ওংব লিক্লানা ক্লপা ঈগ্নী শীংনবা
কোরৌ-মশেক তম্ন লাং সনা-ঈগ্নী ঙমজবা
তাকচবগুম খাঁঙ্থক নশিঙ্গাংনি তাকচবা—
থুনাঙ হোৎন হৌথি তাল থবক্লদি হিজিংহৌ
লৈপুংদ

থোকপা নংদি, খুত্থাজবা মন্তাগুম, অত্তুম হৌ
মালংদ।
ফজ, লেমজ—অনীনা মপুই কাদ খুপচবা
পল্লোল থা
ঁকনো কোম্মি হেক্ত: পম্বোঙ-কোম্ফে মঙান-শীনবা
মালং কা!
ফজ মাগী মপাউদি পাউজেল কনা চঙদেদো,
মালং-ওংব মিৎলমশিং মদোম মানা চিংজৈদো—
সনা তম্ফা-থিনবন্ধু তম্ফা থিল্লি শৈশকপা
য়ারঙ চৈরাক কনানা কন্নি করম থাগবা!
কাঁওব্বিবা কন্নিগী কোলেটিনস্ মহাক্ক
খুপ কদবা হীয়াইবু নাকোং কনা-তাদনা
হিগাউদ্রুং
মালংনবা মালংদ অমম-থোঙকম্লগনবা
কন্নি কম্নম হায়সিবা
মশাগীনি থঙনা থঙ মমন্নিদি নাইদ্রবা
কন্নিদ্রুং!
নাপল মাগী অয়াংব লিউক্রেসি মহাকথং
খুজা তম্ফা-ওইবীগি
পোক্লুরবোই য়াথম্ম নাপল্লব থম্মোয়দা
নিংথৌ মচা সেক্সটস্কী—

থোকই মতাং মতাংদ নাকোং মাগী মহাকথং
থম্মোয় মানা লাংজবা মচু মালংপান্সিদা !
পোছক্লগা হেম্নঙাই থম্মোয় মানা কল্লকউ
ৱাফম্নগা শীংনঙাই উনবি মানা ৱারোরু
লুরাক হম্ম য়েঙ্গনবা থম্মোয় মাগী থম্মোয়ম্নুং
হূকাখি—
সনা-কোকথোল অহেনবা মপু-কোক্কী ওম্মকপ
মপু-কোক্ক শোযৱগা নাইগী কোক্ক তারুবা
অচ্চা লাকচৈ ৱাথনখি উনবি মাগী লকাম্নুং,
হূকাখি।

মওং মতাশিংসিনম্ম হায়ঙমদে—পোক্লে,
পোকপদঃদি পোকখরে
ফৈরেংনবা ৱাখম্ন, থাঁঙ, চাউগান তমখরে
মৈদা নেংলু শীনখরে—
ফুকখি তম্ন মখোঙফম, পাম্বনা য়াথোঙ লোক্লে
মতানি মতম কৌব মহাকপু—য়েঙ্খিদরে
অমুক হল, মতিক-মঙাল মরুপ-মপিক্তা কাউরে
মশাই থৌগাই, থম্মোয় মানা লাঁঙিবা মৈশাদঃ
কোক্ল্ুৱগা লোইরে থল হুনখি থোঙদোই মৈথক্লু।
লোনম মৈশা ও তহাবা নীঁঙমদব-ঈচীক
খাউ-ওনবা,

নঙ্গী খোঙ:হৌ, নোংলৈগী চৈথা, লৈরি 'ছুম হৌজিক,
কেমদবা !
য়ৌরে কোলেটিনস্-কোল রোমক-মিংথৌ-মপারি
ত্তাঙজ মহূ-চাউরবা !
খোগল্লোন্দ শুরবী লৌকথ্যং মাবু ওকচরি
রোমক-লোঞ্চং ঙাক্লবা।
অয়েং পাম্বোম ঙানরকই তাঞ্জাসিমক্তুংদ
ন্নুজা-ওইবী মায়থোংদ
থম্মোয়গীনা অক্কবা, চেংলৌগীনা অহেনবা
লীরি খোইরি নাকপাক ত্তা—
ঙসি কৌব নোংসিদি পুজগনি ঐহাক্ল,
নস্তে নস্তে ঐহাক্ল
ন্নুজা মাগী নীংথিবা কোলোয় মিংলেল অহেনবা।
পুংয়াল লেপ্লে অক্কবা অহেনবনা ইকাইথাঙ
ঙাঙাং মায়থোং লাংজরি ;
মায়থোং লাঁউ অহেনবা অক্কবনা নোকপথাঙ
ক্কপা-ঈরি চাইশিল্লি
নাপঞ্জবা মমায়থোং লাংজরিবা ইকাইথাঙ।

অহেনবনা তাঞ্জাসি ক্কপা-ঈরী ইচু লোক
ন্নুঙোল লৈম মথুন্নু যজ্জবী মঙাল লোক
তেমশীংনজে নীংথিবা।

মতাংত্নদ অরুবা নিজৈ অহেন মকাদা
অহেন মাগী ডাঁঙ্রাবা ;
ভমজৈ খুদোল মচুদো হুয়িচক্ত এহেলৌভৈ
ওয়গী শাগৈ খিবিক্ত—
ওইনৌ লৈতেং নখজাই ক্লপা-ঈরী চেল্লবা ;
থোল্লম্মগে মচুসে ভসি কৌব নোংদদি
মুজা-চুংলেল অথোইবা ;
ভাজহৌরো চমুন্না, পুন্সিগীদি থোঙ্গ্রংদ
ইকাইবনা অরাক তম খুদোং হেক-হেক থীঁভদা
ভাঁঙ্রাবা মচুসিনা ভসিগী পল্লোম্নিদি
তম্ন সা ভাক্লৌ অপান মুজা-ওইবী পুন্সিদা
চীঙ্গোয়বিথি অক্কবা ।
ভাম্নি মমি য়াথংদো লিউক্রেসি মাযথোংদ
য়েৎন যেৎন অনীনা—অহেন মাগী ভাঁঙ্রাবা
অক্ক মাগী অঙৌবা ;
ওয়গী শীংদ চঞ্জবী মুজাশিঙ্গী মকাদা
ওংজরিবী মীরম্লেল,
মাগী মাগী মঙম থম মচুনিদি অনীনা
লৈমনিদি তম্ন সা নাইতোম নাইতোম ভাম্নরি ।
ভামজৈনে কদৌনি, হাংনবনা মথম্মোয়
মঙম্নগা অম্মা ওই

শয়েং পাম্বোম ভানরক খোঙ্জেং তম্ম হানরি,
ফম্বেনরি তম্ম ওল শিম্ম-শিম্ম অনীনা।

নীংথিবগী ভুংনক্কম মুজ্জা-ওইবী মায়থোংদ
ঈনিম্মাইদ-লানফমদা
থরো-গোলাপ অনীনা শাগৈ শাগৈ নাপাক তা
হানরিবা খোঙ্জেংদ
নাপাক 'নীগী তেঙ্গোম্ম ফুগৎলকপা উবদা
পরেং পরেংদি লূম্ববা
যেংজ ওমদ টারক্কিন উইশিঞ্জথি মিকুপ্ত
মিৎলাং মাগীবু লোনম্ব,
থল্লুরবোই শিরনি তেঙ্গোন 'নীগী লাল্লক্ত ;
মরিল য়োনা তাউগ্রবা লাম্মীসিগা মায়োক য়া
লাঁওম তাল্লু' শরুক্ত
থাদোকপীথিবনতুম লেম্মগনি থল্লবা
তেঙ্গোন 'নীগী মকাদা
মকোক তম্ম নোঞ্জথি লান্সি লান্দু পাওদবা।

থঞ্জরকই টারক্কিন তাঞ্জাসিদা পায়মম্মুং—
মপুরোইবা সাম্মিবা মরৈ তেম্ম পোকথিদঃ।
শকচরুবা সারিবা মুজ্জা মাবু করিম্মুং—
য়েরুম মাঙুম চীম্মাইদ লোন্দৈ মানা লোনগাংব

মতিক নত্ত্ব মঙাল হাপ শকচরুডৈ, ইয়া,
করি থোক্লে হৌজিক্তি !
লঙজরবা কয়াদা মুজা-মাগী মকাদা—
শৈদাদদি য়োন: লু শৈশরুদি হৈজদ
লোইরেদোসে হৌজিক্তি !
কোলেটিন্স্ মহাক্ল শোকখিদবা থাজডৈ
নীংখি-শরুক অপুম্ব
মুঙ্গাউনবা টারক্কিনগী লোমাইদবা মিৎফম
কোরৌ মানা ফাগুম্ব, খোম্লেল মঙলাল মঙ্গুম্ব
মেঙ্গৈ শম্ম রাৎফদে মফম থুদিং য়েনা য়ৈ।
মালং ওংবী জিঙুম্বী মুজা মাগী থম্মোয়মুং
চিংন-পরৈ থারুদে শানৌ মাগী লৌনম্ব
থৌগল কা
ফজ মাবু নীংজবা
শোরেল কা—
মকচদবা থম্মোয়দা অমম-মমি করিমুং
তাগবা !
চেক্লা-চাদি কনানা চঁঙ্গ্রিবা লাঙ্গোয়মুং
কিরুগবা করম্ম লাংথাক-মোংশোং থঙ্গবা
কোইগবা।
ওকচৈ তরাম তরাম্ন মুজা মরামুং

রোমক নিংথৌ মপারি মাঁঙবম্ মবুক্লুং
মপাম্বোংদ অকায়বা করি থোইনা উত্তবা,
থম্মোয়-মুংশোয় নাইরুদ করি কায়দ থৌগল্লোল
রোমক-শাগৈ-লৈমরোল।

সনা-লীকথাং ওইবগী মতিক-চাবা শাহুল তম
মপাম্বোং
ফৈশ্ব-ওংব মঙাম্ন অমম-পুকচেল থুপ্ন থম
ফীরৈ থোং
অকায় করি উথিদে রাঙ্গোল মাগী মকাদা—
মিৎলাং অনীদঃনদি ঙকচ-পন্দোল-লোম্মবা
থক্লে লক্ক অরোই তম নীংথি মাগী নীংথিবা
পেনবা কৌবা নাইরুদ
তথক তম্ন লঙ্খচ্চৈ সিরৎ-নারৎ লাকপদা—
লল্লেবনা লম্নংব ললঙবদঃ মথংব
কনানা
কিরিক-কিরিক নম্মফাও কোম্ফে-উনা পুঙমদা
পুক্কৈনা
থোমজীনবদঃ থংজবা মতাহুনি য়েংবদা।

মীবাল-মিৎকম কদৌন্নুং মিৎচাননা য়েংত্রিবী
নুজামি,

মরোল-লোনবা মিংযেং'মন্তঃ করিন্নুং উত্রিবী
মুরানি—
লাইমিক মতা অসিগী লংল' লাপাল-লাচনবা
ময়েক নিনফুংনজবা মরোম্নিদি অথুপ্প
করিন্নুংদা কদৌম্নুং পাজত্রিবী লৈমনি ;
ঙাথেম মশক-খণ্ডবা শোকচত্রিবী শানৌনি
খোইগী জাত্ত অমত্তঃ চিংনদবী অতুনা
তালোয়নি ।
মিংয়েং মাগী লম্ফোনবা ঙমজখিত্রে অতুনা
খণ্ডজরুবা করিন্নুং,
থকচবনি মঙাল লাং খঞ্জখিয়ে লৈমনা
থম্মোয়নিদঃ লকাম্নুং ।

ব্রারীজথি টারক্কিন মুজা-ওইবী নাকোংদ
মথংলেম্ন মহাক্কী হুয়েল-লানফম কয়াদা
ইটালিগী লৈকোয়ম্নুং ফিরাল মমায় চুম্মবা
করি করম খিনখিবা মিংচৎ-উরোং নীংথিবা—
থাগচ্চথি হন্ন হন কোলোয়-মিংলেল নীংথিব
কোলেটিনস্ মহাক্কী মচুনিদঃ লোক্লবা
পাথৌ মশাই থৌনানা নিপা-থৌদাং-পুঙস্ব
থাঙশূ মপুম থিংহৈবা লাঁঙম-পজেং থেংঙস্ব ।

তাজবদা লৈমনা পাম্বোম তম্ন থাঙ্কচৈ
হুঁ ঙাইজবা ফোংদোকচৈ ;
হুঁ ঙাইবনা লৈয়েং ফা থম্নুম মাগী মকাদা
লুরেল মাগী তম্ন নোল পামু মাগী দমক্তঃ
খুরুমজরি খুরুমজৈ ।

অপাম মাগী শেগা তাং লাব-খোঙদোই হুল্লকপা
লোৎলে তম্ন থম্মোয়স্নুং,
তম্মে শেরাল অমা সা বাঙ্গোল মানা তাল্লকপা
য়ারেক-খোঙফম করিস্নুং—
চীঙ্গোইরকই টাররিন নুজা-ওইবী মকাদা
অমম্বনি অমম্ব ঙসি কৌব নোংসিদা—
নোঙ্গী মমি অমফাও 'অসাইমথৈ তারক্তি
লূর 'তিয়া-মকোয়স্নুং,
নোংলোয়নবা সুংশিংকী মমী কৌব তম্মক্তি
ঙসি কৌব হুং ;
কদায় 'তুব্র হৌজিক্তি করি দৌব সাম্বিবা !
মুশিনবী অমম্ব মুশি মাগী পীবুক্নুং
অকি-অথং-পুজবী, মালেম-লৈকোয় চাউগোয়স্নুং
মুশিনবা মমি থাল কোম্রো-মঙাল ফাম্বিবা
মুশি-তিয়া-কৈশুম্নুং—
করি মতৌ কৌশিগে তাঙ্গাসিদা ওইরিবা !

মপাউনিদি সুম্ম তম অরাবদি তম্ম সা
লমশাঙ্গী.
তুকথশিন্নৈ টারকিন তহা-পুক্লীং তম্ম ক্ষা
মশাগী ;
ওকথি য়োমক-চম্লুনা য়ারেক-খুদা নীংথিবা
তরাম তরাম হরাউনা রোমক-লোঞ্চং ভাক্লবা
মুজা মাগী মৱাল্লুং ।

সনা-লুকক্ষম তম্ম হা নোংজা মতাং চাবদা
রোমক নিংথৌ-মপারি মুজা-ওইবী মকাদা
মুজা মাবু তম্ম ক্ষা ৱাল্লী-শীংবুল তৌজরি ;
লোঞ্চংনিদি লুদা খোং কৈম মাসু তাজরি—
ৱারী মথং মথং সা নোংজা-পুঙ্গোয় হূজরি ।
নোংয়াই-চবুক লোম্সিনথি খোয়েল-কৈম ক্ষাওরক্লে
তুমখুল-নম্বো নমদা খোং ;
তাইবং—পাঙ্গল ভারক্লে মিংলাং উইরুম চল্লক্লে
মাল্লং-ওংব কাচবুশিং পোখা-খোঙক্ষম তাম্নক্লে,
তানরক্লে ক্ষমদা লোং ।
শজিবু-কৈথুল-তৌবনা পুন্সি শিনক্ষম্নবা
কাঙবু'ম
মালং-অৱা-অনংন তুরৈ-ঈরৈ-চল্লবা
কাঙলূপ'ম

নীংব-কায়ব-মৈশা লাং পুক্লিং-লৈভাজন্ত্রবা
থুংপু'ম—
মথোয় সিদঃ মঙায়মে খোয়েন-তুমখুল-পাল্লিবা।
নিংথৌ-মচা টারকিন তারুবনা মথোই লক
ওল্লিয়ে ফর ফমজাউ থক—
অপাম মাগী মকাদা আশোয়-অঙাম কয়ানা
তম্মি কয়া থুরৌ-লাংথাক—
থুরৌ থাংজৈ কদৌনি শোয়নি ঙাম্মি কিরুদে
মুক্লি অপাম ঈল্লি থক-থক
ঝাখল শমু-পাঙ্গল শোনবনা পাবা ঙম্মুদে
অপাম মাগা য়েৌনবু থাক।
ঙমখিদে হাপ্প খোঙ্গুল, ঋংখিদে করি শরুক।
ফঁঙমদবা পোচ্ছক— উদব নক্তে কদৌনোং
মশাই লম্বী য়াচ্চবা করি করিগুম্ব নোং।
মশক-নাইবা পোচ্ছক্ক পোম্থা-ঙইবা খোঙযমদা
পুন্সিগী
শিবা মাবু কনানা নীংসংনবা তানবদা
তাইবঙ্গী।
মিতাগনবা থম্মোইনা মিতানবা পোচ্ছক্ত
শমু থুক্ত চল্লিবা মিহৌজবা মশিল্লি;
থুক্ত চনবা পোচ্ছক্ক কবো অয়ায় ওল্ল তা

থুংপায় চেৎন পায়রুদ চাইজখিবা মশিল্লি ।
অপাম্বনা মিকানা অনংবদঃ লঙজবা
অপাম অমা খুত্ত চল অতৈ অমা মমাবা
মিতা মৈশা তম্ন লঙ থম্মোয়নিদঃ মকংব
মালং মাগী মচৎনি ।
লল্লৈজনা লন্নংব খোঙফম্নিদঃ লল্লঙবা
লঁঙে লঁঙে মনংবা, লৈন নংন লোইজবা
মালং মাগী পথাপ্নি ।

করি ফঙ্গে তাম্নজে মালং-ওংব কাওবূনা—
ললগী থুমগী থক্ত নেৎ চীংনা লেম্না ঈংজনা
পোলোই-খোঙফম্নজবা পুন্সি ওইবা খোঙফমদা
সিদনি ।
খোঙফম সিদা থেংননৈ পনফম কয়া অপনবা,
হুয়েন-লানফম কল্লবা—
পোম্থা অমা পীরগা ময়াম ফাওরে মফাওবা,
ময়াম পোম্থা পুরগা অমা ফঁঙে মফংব
লালাউ খোলোয়নরবা হুয়েল-লান্দ অকিবা—
নীপা-মিংফম ঙাক্লুঙাই থরায় পোম্থা পুব'ম—
তাঙ্গা-তানফম কয়াদনা থাননৈ অতৈ 'প্ন্ন
লনফম মাগী মহাকথং—মুংমিন্নজে অপ্ন্ন ।
থাংনৈ খোঙফম অপৈবা লাইবক চাংয়েংমবদা

পুক্নীং মাগী পোইরৈ ইল কিননদে কনামৃতা
ভুঙ্গীনি ।

মক্ক ব্বাংল' থম্মোয়গী অশোন সিব্বু থম্মোয়ন্নুং
চাউদম নীংথি য়োক্লিবা তম্বত্থগী লকান্নুং
অয়োক মাগী মরান্ন চিকথংপদি মশোয়ত্রে
থম্মোয় মাবু তন্ন খোল ;
কন্নি তাবা মমৈনা ! নৈলজবনা মমাঙবা,
খোঙ্গুল-ব্বাংপ-হৌনশা মাঙজবদঃ মথংব
অয়োক মাবু লুনা কোল ।

চঙবা তারে টারক্লিন খোঙক্ষমসিদা শাথীবা
মিহৌবনা য়োরবা,
পীবা তারে পোস্থাদা মিতা-পুক্নীং থুংনবা
মতিক-মঙাল অপ্কুব ;
মশা মাগী মহাকথং তারে মশা লুপচবা—
ঙমদ্রবদা মশানা ব্বান্নকচবা মশাবু
অচুম মাগী ব্বাথল কন্নি অমুক থল্লুগবা ।
অমম্বদা তন্ন হোই চিঁবদা মশাবু
মশানা,
ঙাংনহৌরো কদৌনি থীনা নৈয়েং খুদিংম,
ব্বাথন্দ

তিন্নিংহৌয়ো কদৌনি য়াওল খুদিং মতম্ম
মতাদা,
ঙম্মবদা মশানা য়োম্থোকচবা মশাবু
নাচুংদ
চংলমগনি অচুম্ব থাজরুনি কনাবূ
কনানা !

মতম মাগী খোঙলৈ য়েং নোংজা-পুঙ্গোয় অচিকপা
পুনীং মোইদোন তম্ম কাও খোঙদোইরক্লে অরোনবা
খোম্লেন তুমখুল তুহৈবা মিংথক-মিংথা তুরক্লে,
মালং-ওংব মিংফমশিং ।
শামথরক্লে মঙাল থরানগী থঙ্গোম্ভিয়াদা
মুশিনরে মায়গৈশিং ।
মাক্লেম ঈচিক হুনথরে মীচিক-মীখোল তাদরে,
লুপত্রে মঙলান্দ ।
খোঙি কৈশাল মকুদং অশি-পাউজেল তম্ম চেল
নোংজা-মালংদ ;
য়াথোক্ল'ক্ল পাম্ব মতম থঙ শারম নোঙ্মৌ চেল
তম্মক্লে পঙজরবা য়ারৌনিদ: য়াউগী কা—
অফ পুকচেল তুমখুল তম ঈচিক তম্ম হুনথরে ।
য়াথোক্লে অপাম হামুক নমগে মুজা-ওইবী কা
খোঙশাল্লে মীহাৎ ঈথেং থক্কে নোংদম-থীবা কা ।

নিংথৌ-মচা টারক্বিন অপাম মাগী থকঙ্গীন চা
কুম্মে খুদা লোংন লোং ;
লেপ্পি ঙহাক লক্ত হাই অপাম-অথুক থকঙ্গীন চা
য়াত্তা-ফুরিং খুত্ত খোং
পৌক্তিল্লি অপাম মুঁভাইব-চিরোল তৌ মাগী কা,
থুকচরি মহাকথং, তুরৈ চেনবা খোক, কিবনা
অথুকপা।
তুররিংব অথুকপা চনবি মুংদ মাগী য়াই
অপাম্বনা কোক-ভাঙবা
উনৈ তোঙ্গনা মকোক লোং নীংহল্লবা মথুং হাই।

লৌরে তম্ম খুংস্ত থাঙ য়ৈরে তপ্প মৈয়েন্নুং—
কাপখোরক্লে থাঙনম চা মৈরীক-পল্লেং মৈয়েন্নুং
অঙ্গীংব ;
চুরে খুদোং-মৈরা খোইরু-মরাক চল সেম্মবা
ভাল্লে থরান মতম অবাঙ্গী, লৈরে চিংনবা
মিংয়েং কাম্মরবা।
চীঙ্গোয়রকই মৈরা চিংন য়েং খোঙ্গুন তাবা সা—
থাম্বী নংবু লৌবনি মৈয়েন্নুংদৈ অঙ্গীংব
ইপাম্মোনবী পাঙ্গম্ম ;
পাঙ্গল্লিনা ঙসিদি তাউজিংনিদঃ নী থিবা
চীন্দম্মগে ল্যুক্রেসি তিল্লাং ঐগী খোয়দাবা।

থম্মোয় অমুক তনিক চল মায়থোং মাগী তম্ম লাং
কায়ল-খোঙফম থাঁওমদাই থন্তরকই চীনবাল লাং—
তুরৈ কম্বি চল্লবা তুঙ্গী পুন্সি-খোঙফমদা
থোক্লো কয়ি খুদোং-থীবা খোঙফম ঐগী সিদা—
য়েঁঙকপদা তম্ম উ হাইহস্তুনা তায়িবা
অপাম্বনা মখুৎলাই কাইথুম য়াওদ মশাদা
অশি চল
নাতোন-নাকচি তম্ম কাঙ শরী-তকসি অচ্চা চল
ফাজিল্লকই মবুকচেল লাল্লুরবা মিকুপ্ত
রাখল।

মুৎলো, মৈরা, শাম্মো নঙাল, তারম্নু 'মুক নঙ্গী
অঙানবা নঙাল !
মম্মনি নঙাম্ম নঙ্গী শাম্নফম নুজাগী
মেঁওবা মঙাল।
মুৎলো নংস্নু অমাংব পুকচেল, থমন্ত্রিঙৈ খুৎফম
মোৎল' নঙ্গী খুবাংন লাইগীনিদঃ অশেংভম ;
ওকচৌ মৈয়া, মুংশিবা মনম—লাইগীনি খুভম !
তিন্সিংনজো নহাকস্নু মালং-লোঞ্চৎ ফজবা,
মুংশিবগী মখুখা হানৌ মতম নৌজবী
মচু উটৈঙ উল্লাংন তাকচরবী ইকাইথাং
হামুক তৈঙেপ থৌয়াংব নুজা-ওইবী মাগী কা !

ওঃ সিন্না পাথৌ-শাক্তং, কদায় থাজীনামঙাল—
ইকায়দ্দঃ ।
শাগৈ-মং-থুনফম ওঃ চেম্ন-শাক্তং অমোংপা !
অকায়-শরুক্কবা, ওঃ অমাঙ-খোঙফম শাথিব !
লালোই-পুকচেম্ন অচ্চা, লোয়নী কাদ নাইওইবা !
কন্নি ঙাক্লোই পাথৌনা মশাগী মতিক মঙাল !
আঃ তুক্কৈচদঃ তোল্লিদঃ ঐগী ঙসি-খোঙফম,
নম্নমগনি মায় ঙসিদ্দি মুক্সবা মুকফম !
লৈহৌরগনিদো অা ভুংফাও নমথিবা ইনম,
কায়ো ফম্বাল হেক্তিল্লনি নমথিবক্তুম ইনম !
লাক্লে নোংজু পোকই থীনা নমথিবা লৈশনম ।
অশৈবনা শৈশকউ নিংথৌম্নোল মথং-মনাও
পেনাদা
শক্লবনি ঐগী মতাং পাথৌ লীচং তন্ কাউ
লঙলুই টারক্বিন নগজা হাজানা মুজাই চাকহেন
কোলেটিনস্ মশানৌ লৈগ ল্যুক্রেসিগী কা
নোংজাদা ।

তাক্লবদা চারোম্ন তাঙজ ফীরুক থুমগনি
তিক্লিংননি ইমংদ শোয়রোই থাশিংনগনি
ইমিংদ ;
আঃ পক্তৌশীংদ চনথিদঃ, নাচুংলোই, থারৌনি ।

খুত্ত চল্লো অপাম্বদো—করি ফংব ঐনা !'
হেদৌগী মঙ, হেলাঙ্গী কোঙ্গোল, নেগী নিংশা'ম—
মিকুপ'মগী মহাকথং চয়োল অমা তেংথাবা,
শান্ন-পোচ্ছক অমগী লুমিং-থাবু পোম্বাবা
পাম্মে কনা মালংদ !
তাউজিং হৈরাং অমগী শীংজং থানি কনানা
হৈরাং মাগী হৈপান্দ !
সনা কোকথোল য়োয়বূগীনা শোক্লুগবা কনা
য়োয়না অচানবা,
লৈ তম্ন ফং চৈথা নম্নোঙ্গনবা চাক্লংন
মাঙ ব্রাজনবা !
মঙফাওনক্লো করিমুং ঐনা হুল্লিবা শাহুল
অশাউবনা মৈবা চিং লাব-খোঙদোই তম্ন হুল
থিংলগনি কোলেটিন মীচোপ ঐগী ইখোঙফম—
য়োল্লিবা ঐনা ওসি পাখৌ মাগী লৈপুল কা,
নহা-ওইবই অমস্ক, লাইমী কাদ অবাবা,
অচোঙ্গনা হিং অচুম্বনা মাঙ্গদৌরিবা,
তাহৌবনা—লুমিং-থানা মুক্তিফাও মালংন
তিল্লিংনহৌবা ।
করি ঐনা পাউখুম্ব নংন চীঙ্গোয়-পাউহৈ ঙৈ
খোঙফমসিদা মকথ্রবা কনফম কৌবা লৈত্রবা
শাথিবা ।

ফাইরনি লৈয়েং নীক্লনি খুকউ তাঙ্গা অদো
থুক্লবা
তুথরনি মিংফম কায়রনি থম্মোয় মতমদো
চাক্লবা ।
চাউনা চাউনা ইরাম্ম মহেনগনি কিবনা
য়োরবা ।
চেঙ্গি কদায় চেলওমদ মায়োক য়াসি য়াঙমদ
অরানবা,
থম্মোয় তনিক চল শিজবা মীশি খী পথাপ্লি
লেংদবা ।
লুরেল লৌখি কদোমুং পারি নস্ত্রে পন্থৌপ্পী
লাম্লুমমখি করিম্নুং থরায় লোগে ঐহাক্কী
নস্ত্রে মরুপশীংদ চল্লমদ চান্নবা ঐগী
খুম্নি নস্তে লম্মন্নি হায় মংশক্নি নচংকী
ওসি খোঙদারম্মিবা ঐনা নতালোয় নঙ্গী ;
ঈহীনি মাদি ঐহাক্কী মরুপ্নি চান্নবা
লৈরোই পাউথুম অমতঃ মায়থু-ফীরুক' হাংনবা
ইম্নাল-লমথৈ শেংনম্ব ।
চোপ্লেদো 'তুদে—লোইরেদো ।
অসোমদন 'মুক থঙলকপদা করি কমদোবা !
হঙ্গোইফম্নিদঃ—মুংশিরু'বু করি হঙ্গোইবা !

হায়জরুনিনা মুংশিঙ্জে—মপুদি পাল্লিদো!
ঙাকপিরক্লম্ন ইমায় তঙং তঙং, লোইরেদো!
লোইরে, 'তুবু কমদৌনি মুঁলে থম্মোয় মানদি
তাত্রে খোঁগুল রাথম্মত্তঃ চক্লিত্রে থাঙ—
কিমৈ কনানা মালংপাল পাউতাক্লিদঃ ইয়া,
ফিঙাং কুপ্পা হম্ম কনাই য়ারেল হোরায় ময়া!

মকালামদে মবুক্লীং খল্লি 'সুম মণ্ডল মণ্ডল—
লংলা-লংজিল-পুল্লবা লেপ্লি নামা রাথম্ম,
ম্লারি নাম্ম অপাম্ন মৈথৌ কম্ম ম্লাঙ—
লোইশিল অন্নুম অন্নুম লোইশিনথরে রাথম্লিদি
অফবা,
সেম্মে লম্বী অন্নুম 'সুম ফত্ত খোঙফম য়াম্নবা—
তকথোক্লে তম্ম মিকুপ্ত চমম্লিদি পুম্ব
তাজহৌবা রাথনগীনিদি অচুম্ব—ইয়া!
ঙাঙরে উরক্লে অয়ানববু অচুম্ব ওইনা
অফবা।

ওকখি তরাম খুজেং পাম্লোই চল—লেঙক্লে চীনবান
য়েঙ্খি চিংন মিংসে খোঁয়াংব ইপাউ ইখোলাং,
কিজবনা তাগত্রা মুঁঙাইতবা লানগী পাউ
ঐগী কা,

কোলেটিনস্ মহাকথং শানৌ মাগী মথংলেল ।
থম্মোয় থুক্লপ ভনিক চল মায়থোং মাগী ভাংলপ কা
গোলাপ মতম নীংথিথি লৈমায়-চোইজাইনরবা,
তম মচুনিদঃ ওল ভৌরপ চেংলৌ তাইনা তা
অমুক্ক
লুজথিয়ে লৈমায়শুম গোলাপনিদঃ থুল্লবা ।

থূৎক থূৎক পাল্লোই চল শমু মায়োকনজকৈ
ঐহাক্ক
মপুরোইবা নীংসঁঙ্ নিকচথিবা কয়াদঃ !
তরোই তরোই তুকথরক থংলেল মপাউ তাত্রিকৈ
ঐগী মাও
থরো মতম ঈথক্ক পুঙমদনা কয়াদঃ
পুজখিবা মহাক্ক মুজা মহকচাং !
নীংথিখিদঃ নীংথিথি মুজা-ওইবী নায়থোংদো
মোমোন-নিনফুংনরকপা থংলেল মপাউ তাজকৈ
ঐগী কা
উরম্মবা নীংথিবা মুজা মাগী মনীংথি
চঁঙ্গবা করম্ম নারসিসস্ ঈরোল্লুং
মুংশিমৈচাক্ক পুঙমদ্রে পুঙমদনা উনগোইমুংদ ।

মায় থক্ষম য়েং কাম্নরি কার পাউথুম অমুক থি !
থম্মু-থমখিসি নং-ঐ— তুৈজ্ঞ মচীল লাইনীংব
ফজ মাগীকা ।
থুকচবনি মতেক-ময়াদা থুমিৎ-থুদাংন ;
মুংশি চাউদম শীৎলিদো মমি লাঁৈঙ থুকতবা
থম্মোয় মাগী কা ।
নীংজবনা হিনাউ সা চিঁঙি ঐবু মুজা কা—
মুংশি মাগী ফিরাল খা থুক্লোই থম্মোয় কদোম্নুং
য়ম্মে হায়বা নিপাদো খোম্মোয় লাম্নীং করিম্নুং
ছুয়েল-লানফম কা ।

চৎথ্রো তুদি থুকপ নংস্থ রাখল, 'ঙাং নত্তে ঐ !
চায়থ্রো লেম্ব ইকাই-ইকি কুরু ছম্খিগে ঐ !
থম্মোয়না ঐগী শম্লৌরয়োই অমুক করিম্নুং
মিৎলাং মাগী কা ।
খোঙফম থুদিং য়েংন থাং, অরাম-খোৱাং ককচবা
লাইয়োইবগী খোঙফম্নি ;
নহানি ঐদি তাক্লিদো মতাংন ঐগী কা
মুঁঙাইহৌবা মত্তম্নিঃ
লমজিংবনা মিতাবা তম্ফায়াইনা খুৎচনবা—
কিরুগবা কনানা তম্ফাখোংদ ঈরুপ্প
তম্ফা মাগী মহাকথং !

চাউরৈব়-কনবা হাজংনা ফৌনা নম্ব মতানি
নম্মে লোয়বগী মিহৌনা মৈহৌ-মৈপোক্লরবা,
থুপত্রে থুকপা থম্মোয়ন্নুং খোঁগুম্নিদঃ তাজবা।
হুল্লক্লে খোঙদোই তপ্ন মোইদোম্নিদঃ তম্ন কাঙ
খোঙথাং মখোল থোক্কনি শেল্লি কম্ন নাকোং 'নী
খোঙথাং খুদিং মঁভি মঙ নুঁঙাইবগী অমকপা
থুকই অমুক থম্মোয়না লুমদবনা তনিক চল—
লম্ফেনবা খোঙফমগী লোয়ৗম্নিদো চিংনবা,
খম্নিম্নিদো থাজবা—অনীগীদি লক্ত তা
কঁঙাওনরি খোঁগুন মাঙ লেপ্লি তম্ন পায়মল্লুং—
হায়জত্নুনা য়েঙ্গনি য়াবিবম্ন ময়াইদো
তম্ব ঙম্ব কনানা!
য়াবিদরে কমদৌনি থাঁঙ্ব্রবা খোঙফম্নি
পাঙ্গম্হোকপা তাইদনা।

তাখি মমি হুজাগী লাইগী মঙাল চঁঙবা
কোলেটিনগী ওয়দা ফম লকান্নুংদ টাব্র্ক্লিনগী
জাঙ্গা অসিমক্তঃদ।
হুজা-চেংলৌ উজরু থুক্রুবোই মিংফমদো
তাখি লৈদা তম্ন লুক খোঁগুন মাগী তম্ন মাঙ;
হুজা মাগী মঙাম্ন শেঁঙ্ব্রবোই মিংলাংদো
মদোম মশা য়েঁঙকঙৈ ঙ্খি মরাল মশাগী

থাঁঙ্‌ব্রিবা থোঙফমদা ;
শোক্ল য়ৌন মথরায় য়েংজরকই মথম্মোয়—
মক্লব্রবা থম্মোয়নি মকচবনা মশিঙ্খি,
চিঁঙে হুম্ন লফৈ তম।

হৌরে লোইনা অতুদা অপাম-লোয়ীন অপুম্ব—
মকা লাম্বা তম্ন উ লুচিংবগী মায়থোংন
হেলাংনজ মথোই কা হুল্লি মখোয় খিবিক্ল
অপাম-মৈচাক হুম্ন হন—
মিকুপ অমা মাঙন্না থা মিকুপ অমা তুংদ ইল
য়াংলৈ পূঙ্গোয় সাবগুম মথং তম্ন কা
পূঙ্গোয় পুংলেপ ফাবগুম ফারে মপুং অপাম্ব—
হেদৌনরে অপাম্ব ইল্লে লোয়ীন অপুম্ব
কারে লোইপোৎ অপাম কা হেলাং মথোই তম্ন কা
লোয়ীন পুম্ব হেম্ন হেন—
অপাম্বনা তম্ন চেল মচুনিদঃ মক্লবা
কঁঙাওননা টায়কিন হুল্লে খোঙদোই লৈম কা।

অপাম মাগী খোঙফম থং লৈম মাগী মকা শেল
খোঙফম খোঙফম পুয়স্থ চারগি পোরোল খিবিক্ল
লাল মায়োক য়াঙমদ থারে লম মখোয় থুদিংম—
থানা থানা লন চৈরি 'গাঁঙো' মখোল শেম্ন শেল।

ছারগি শিরাপ ফং থুকচৈ মথম্মোয় শ্বাই তনিক চল
অবোন-থোঙফম-থুংমাব ।
য়াদে খঙজো মতাঙুম চিক্লি থোঙনা থোঙ্খোঙনা,
থোক্লি মখোল শেন্ন শেল্ল ।
থোংঙি খংন মাবু উ নোংজা-কোইবা খৈরোয়না
কোয়জেল কোয়জেল চেন্ন চেল্ল ;
লে প্প মাম্ব খংপ্রেক খংপ্রেক খং থম্মোয় তনিক চল—
থুক্লা অহুম তক্লিল্লি 'তুবু তন্ন মুজা কা ।

থাঙৈ লম্বী থোঙফম থুদিংন মবুক নানা না
কৈদগীনো নুংশিংন জিংশিল্লক তন্ন তন্ন
হুমজিল্লি মৈরা মাগী তম ;
হারি থোংগ্রোং মৈরাগা, হুমজিল্লি তন্ন তন্ন
মৈথু-পুম্ব মমায় মাগী তম—
শঙাম্নদঃ বন্ন লাক মুথংলি মৈরি তন্ন
থংলবোইদো চঙফদে মাঁগনি মহাক্ক !
মুচ্চৈ মৈরা কদোনি মৈকম্নবা থম্মোয়নি
অপাম-মৈয়োক্লরবা—
মৈরা তন্ন চুথচ্চৈ—নিংশা মাগী মৈরিনি
অহোল থুদিং মৈহৌবা ।

মৈরা-মৈরি-মৈঙাল লাং উজরুরে মহাক্ন
খুৎখাঙনিদঃ লৈমগী য়েত্তু মগাদি কোম্নবা ;
পায়খৎলুরে তম্ন খুল ফিদা-থক্ত ভারিবা :
খুৎখাঙ মাবু শঁলম্বোই মুয়ে খূবাং য়েত্তুম্ন—
থম্মু তম্ন পায়গন্নু—হায়রিবোইদো মহাক্ন,
চাকহেঞ্জবী লৈমনি চীম্লোক্নদে কনাগা,
মনাইনিদো ঐথোয়ম্নু শম্ননীংদে নহাক্ন—
খুৎখাঙ মাগী মরৌশিং কোম্নজবা মশাগা
লৈতে করম হায়সিবা !
হায়জৈ অম্ম কমদোনি ! পনখিদেয়ে মথোঙফম,
হাপখিদেয়ে করিম্নুং রাফমশিংসে মনাদা ।
খন্দোকচখি অমগোম—তমখিবোইদো মাঁঙুদঃ !

থোঙনা খঙদে ন্নুংশিৎন, খঙদে খুদাথক্কী
খুৎখাঙনা লম্বীদা মাগী শৌনি তম্ন সা
পহ্লনখিব মথোঙফম খন্দোকচখি লায়নদি
তুরৈনিদঃ থোঙফমগী চেম্নবা মশানা ।
ভানয়ৈ-খুৎফম অনীনা রাংলৈ-পূঙ্গোয়-থোঙফমদা
পূঙ্গোয় মাগী মকোয় লাং থোঙফম্নউ ভাঞ্জাদা
থোঙফম্নউ পম্ন পন, ভাইজৈ তম্ন থৌশাদ
লম্মল লোইনা কোকচবা রাংলৈ মিকুপ থিবিক্ন
পূঙ্গোয় মাগী মফমদা ।

মতম মাগী খোঙফমদা খুম্ন মখোঙ শম্নোবা
সোনখি মদোম মিকুপ্ত, নত্তে মরম লৈতবা—
উল্লাং মাগী উনবাল লাং কাম্বি মাগী খোঙহৌদ
করি করিগুম্ন কুম
হেক্তে মথোই কাজবা কুম্বাল মপূং ফাউদা
কুমজা খুদিং হেম্নতুম ।
উল্লাং মাগী মহাকথং পোম্বি-চেক্লা-শাগৈদা
কাজে মথোই হেম্নতুম ।
লঁঙে লঁঙে অবাবা হেক্তে মথোই কাজবা
পোৎলম খুদিং অহেনবা ।
ঙসি শঙ্গাই মাঙ্গোল লাং ফম্মেন-কাজাউ তম্ন য়া
ঙাম্নোইরিবা য়াইফবা—
কিনা কিনা চীংজাউ কয়া নোংলৈনিদঃ কয়া
লান, থুক্ল নোংদম য়েং হুয়েল লানফম্নিদঃ কয়া
মায়োক য়া, লোক-ভায় কয়া লৈকংলা কয়া কয়া
লাল, নিপা-থৌদাং পু লাইবক চাং খেৎন য়েঙ্ৰা
ঙাক্লঃনিদঃ অপুম্ন, লাইজ-ঈথক-থৌনাবা
হিডিঙ্গাদি লল্লোনবা ।
য়োরে খোঙফম হৌজিক্তি লৈম মাষু য়োম্লিবা
মাগী বাখল-লাইকোম্নুং, পঙ্লম্লিবা মখোঙফম
খোঙফম্মত্তঃ ঙায়রবা ;

পৌরোন্দুদঃ শৎ লোইরে থোঙ্গী নাতৈ কাঁঙবা,
লৈত্রে অতৈ অপনবা,
উজরনি নীংথিবা তাউজিংনিদঃ অহেনবা
রোমক-চনুশকহেনবী তিল্লাং মাগী থোয়জংব ।
মম্মুরবা থম্মোয়নি মমজবনা মশিন্নি—
থল্লুরবোই পায়মল্লুং লাইবু চীরোল চৎপনি,
অমম-শরুক য়াবিনি-
শানৌ মাবু মখুৎ চল পীনৌ মনীং থুংজবা
নিজরিয়ে তম্নবু থয়ুম মানা কুবিবা ।

থয়ুম মাগী মিংথৈ সোল তাইবংপানগী মবুঁঙো
নিন্নি তম্ন মবুক্ত "থয়ুম নংন কুবিয়ু
লৈরাং মাবু নাপ্ন লাং হেদোজগে চানবিয়ু
তাউজিং মাবু চীন্দ থোং হেলাংজগে পীবিয়ু
ঙসি লাকয়েল নোংজাদা" ।
নিজ নিজ থল্লকই তম্ব মাগী পায়মল্লুং—
করি মতৌ কৌসিগে ঙসি ঐনা তৌন্নিবা
হৈন্নাং নমজানরুগে লৈরাং নমজিম্নরুগে
থাংব ঐগী খোঙফম্নি,
থয়ুম লাইগী কাঙলুপ্ন অচুম-অয়ান-য়াৎলিবা

য়ানদবা থৌদৌনি—
কুবিগনি মখোয়না থল্লুসিগে করম্ !
ঙসিগে 'তুদি লাংমা-পদম্বীগী খুয়া খা
ঙসি কৌব নোঙ্গীদঃ লৈপুল পরৈ তম্বিয়ু
নিরগে ;
মালং-নোংলম-নোঙ্খাইবি পাম্বোইবীগী খুয়াখা
ঙসি কৌব অহিঙ্গীদঃ মুংশি নোংদম্বিয়ু
নিরগে ;
লাইরৈম অনীদা চঙজফম ঐগী ওইরগে
ঙাসিদি ।
য়ুঁলে ঐগী থম্মোয়সে লোইরে অসি মঙায়রে,
রাখল্দি মঙলাম্নি, থবক্তঃন পোলেপফম্নি
মাগীদি ।
মুরে হায়বা মরান্দো কোকচৈ তম্ চুপকী মাঙ ;
অকিংগী নোংফাই তাকচৈ তম্ মুংশি-থাম্নি লাং—
কোরৌ মাগী মিংলাংমু উহাশংখরে অঙানবা
ইকাইবসু খুমজরে নোংজা-নোংফাই অমম্ব—
মুঁঙাইবা মঙলাল মঁঙুগদবদঃ মঙাইরে ।
চায়গি পৌরোল তম্ শং শম্ থুংন মোংলবা
থোঙ্গী নাতৈ কাঁঙক্লে থোঙনা খুকউ তম্ থোং
য়াল্লে লাওনা লম্বীদি—

য়াত্তাজরি তুমথুল হুল চেক্লাচাদি লমথুন্নু
পোম্বি মান্নু তম খঙজদেয়ে পাইয়ক্লে মকু ।
থুভম মাঙবা হায় হান মীশক খঙবা কোয় কোল
মালং মাগী লীচংনি ।
তাঙজ লিনবু উবদা মালং কনা চোংদবা !
তুমখুঞ্জরি শানৌদো থুকচক্কদে করিন্নু
মুজা-ওইবী থম্মোয়মুং—
চিক্লে মাগী নোংদম্মি চিক্রে মাগী থৌজান্নি,
মুজা মানা কদৌনি !

চঁঙে কাদা লৈমগী তমথি-খোঙদোই তম্ন হুল,
য়েঁঙি লাক্ল খুদা তম খোঙদাত্রিবা মক্তিবা ;
তম্মে নাক্ত মুজাগী ইকাইথাঙনা থল্লিবা
মায়গৈ মরি পুমগোয় কোয় ;
নক্ল নক্ল ইকাইথাঙ নাশোন পিক্ল খোঙদোই হুল ;
য়েঁঙি ফিভম কোয়না কোয় ;
তথক-তথক মিতাজৈ মিতাবনা য়ৌরবা
মিংফম'নীনা থক্লবা—
মিংফম'নীগী মহাকথং মচুনিদঃ লাংলবা
থম্মোয়না
শমু পাম্বোম অনী য়েং থৌদাখিয়ে পোঙজনা

'ইয়া, করি দৌরিবা !'
'কাঁঙো কাঙ্খল য়েঁলসি থাজনিদঃ অহেনবা,
রূপানিদঃ ফুদোংব, কাঙ্খম্নোংথুমরিবা ;
পঙথরিবা করিনুং য়ারে মতাং চারেনা !'

কোরৌ-নোংন কুপ্প্ুবা খঁঙান তম্ন ঙাল্লকপা
অঙাল মাগী মতম ওই মৈহৌ-মৈপোক্লরবা
মিংফম্নিদঃ মহাক্কী থক-থক থক-থক লঁবা
মঙাম্ন—
ঙাঙ্গরুইদঃ কদৌনি ! মুক্তা মাগী মঙাল লাং,
ইকাইথাঙনা থল্লম্ব,
থকথি তম্ন মিংলাং'নী মমথি খংমম মিকুপ্প ।
ইকাই মমি তম্ন তা ইকি মরুম তম্ন লাং
মম্মব—
হঙ্গোইরুবোই টারক্কিন্ ওমথিদরে গিংলাং'নী
পাঙজবা ।
ফঁঙেদো ইয়া, মতিক-চাবা লৈ—অমম-কৈম্নুম—
ফরমগনিদঃ মরায়বক শিজরম্মবা 'মুম ;
উজরম্মোয় য়াইফনি মশাই আরাব-খোঙফম
ফিরান-মমায় পৈ মায়থু-ফিরুক থুম্মবা তানফম ।
পাল্লমগনি কোলেটিন লিউক্রেসি ওয়দা থা

শানৌ মাগী খুদাথক হুংশি-হু ঁভোল-য়াহিপ তম
পোথা-ভুমথুল চিক্র তাল মুজা মাগী মোল্লাং তম
শমু-পাম্বোম ওয়গীনা হাম্নই মতম মখোঙফম।
মুৎলোইদৌরি অদুবু মিৎফম'নীদে। শিক্রম্থ,
পাঙ্গদৌরি অমুক হল য়োৎকদৌরি হিংচাবা
পরৈনিদঃ তম্ন হল লৈপুনগীদি অহেনবা।
তমথি-মিৎফম-মীন্নু চঙ কংব তারি লৈপুন্সি
মুজা-ওইবী মপুন্সি—
লৈরাং মানা চোইনা তা লৈনম মাগী হুংশিবা
কোংজবগুম মালংদঃ
মুজা-ওইবী পুন্সিগী মু ঁঙাইজবা অপুম্ব
কোংব তারি ঙসিদি নীংথিজবী ল্যুক্রেসি
তমথি মাগী মফমদা
ময়াল লৈত করিম্ভু নোংদম মাগী নোংদমখোল।

য়াতাজরি খুদাথক নীংথিজবী ল্যুক্রেসি—
কল্লবোইদো মুজা কা থোঙ্চবনা মহুকচাং
কব্রং-মোল্লাং তমোনবি খাঙজরিয়ে মখুবাং—
মাঙ্গে থয়ো খুবাংন ঙমজে গোলাপ খজাইনা;
হেন্নরিয়ে মোল্লাংথক থয়ো-গোলাপ অনীনা।
মুজা খজাই মিতাবা থুদোঙনথি খুবাংন
চীঙ্গোয় লাংব ফংজদ ফংভম-থোকপা মোল্লাংন

শুইনজরি নয়াঙ থেক—শোকচয়োইয়ে মতানি ;
কাঙজরিয়ে চীংঙ্গুম সা মোল্লাং গোজিল অনীনা—
খুংশিবিয়ে কদৌনি—কাউরংনবা মওংনি ;
লোইবি-চীঙ্খাঙ সাজরি, চীংলাই-শাথেক তমজরি ।
খুজা-ওইবী মায়থোংন চীংঙ্গুম'নীগী লক্ত তা
অক্কবগী উরোং খিল হেজ্ঞারয়ে চীঙ্খাঙদা ।
থাগংলিয়ে মিংকম'নী মঙ্কুক্লিদঃ খোয়রবা
মিতাবনা খৌজেং পায় ওনিক-থগোল্পরবা

পাম্বোম নাম্ব জাজরি চয়ৈথক্ত অশংব
খুজা-হকচাং-তাইনবা—
থম্বৌ-হেন্না তাজরি ফীশং-থক্ত অহৈবা ;
তল্মি লৈশাং দৈশিনা শজিভুগী থাবূমদা
তনৌ তনৌ ইঙৌ ঙৌ হাজং-লক্ত লৈমায়থক ।
হুমাং-ঈরীক কাজরি মায়থোংলাংদ অহেনবা—
লিক্লা-মতম নীংথিরী হানৌ-থক্ত লৈমায়থক ;
তাজরিয়ে লিক্লাইনা ইরং-ইরং চোইনা তা ;
মিংম্না-থম্বাল অনীনা মঙাল থুপচিল উয় তা
খোয়েল-তুনথুল পামঙাই নীংখিজরি য়েংবদা
লৈরাং-মতম সনারৈ পুম্নুম-পুম্নুম উয় তা—
তুমথুজরি পোখা তাল অমম-খাজল থক্ত থল,
ইম্নুং মঙাল লৈথেং হাপ পাঙলুনি 'মুক মতানি

গিৎস্না 'নীনা নীংথিবা।
থম্বাল কৌবী লৈম্নুংশি লেঞ্জগনি কব্রি থল !
শম্লাং মাগী শম্নুংশি সনামচু-শীংনবা
হেদোৌজরি নিংশা লাং চীরু ঈপোম্নজবা—
তারি মুশিবা শক্তম অশিবগী
শগজুদা,
ফাওরি 'মুক থব্রায়গী মসি অচিকপা
নিংশাদা
থল্লি হেদোৌম্নিবোই থব্রায়না অশি
মকায়দা,
নম্নিবোই শিবনা অশি-মুক অমুক
থবায়দা।
থব্রায় মানা য়াকুমজৈ অশি মাগী
মকায়দা,
অশি মানা য়াথোকচৈ থব্রায় মাগী
মকাদা
চেল্লিবোইদো পাঙ মখোয়না !
নীংথিজৈদঃ ফজজৈ চঙব-শিবা কৌবনা
পলেম্মগী পীবুক লাং শাৎমিম্নবা অনীনা
হেঞ্জরিবা মায়থোং লাং য়াত্তারিজৈ মুজানা—
করি কিশি কিনদ পূম্ন য়াথোক্নিম্নব্রি,

মৌবানিমা থৌগল পু লুংশিন্নিবা কয়াদঃ
লুজা-শক্তম অহেনবা !
শিবা মাগী শেগা তাং থরায় ঐনা হিংজৈদো,
থরায় ঐগী ইরুম থুপ শিবা মানা থুপচৈদো
মালংদ,
শক্তিমন্নি অনীনা হরাউ-হরাউ কয়াদঃ !
শমু থাদা শুং তাউজিং তুম্মা তম্ন পানবা হৈ
শানৌ মাগী নীংথিবী—
তাউজিং মাগী হৈওংন লৈপুং মগুং ভগজবী,
হৈরাং মাগী হৈচুনা লাঙ্গোই য়াচু ভগজবী,
শংবানবা শিংলিনা তাউজিং মাগী চরৈ তম
চরৈ-থাউওগ্নজবী—
হৈরাং মাগী হৈথোঙদা কোলেটিনস্ নত্তনা
থোঙদাদ্রিবা কদৌম্মুং তম্ব কনা মত্তঃন
তাউজিং মাবু যাতোল তং তিল্লাংদ্রিবা অমনা—
মথংলেনগী কাদদঃ কোঁগোম হৈরাংজবা হৈ
চাকহেঞ্জবী লুজানা—
মিত্তাখিয়ে টারক্কিন মিতাখিয়ে পায়মন্নুং
হৈরাংনিদঃ থোয়রাংহৈ—
লোমথি পন্দোন মিহৌবা চনথি ভনিক থম্মোয়ন্নুং ;
শানৌনিদঃ শকহেনবী—সনা-কম্বাল অহেনবা—

শমু মখুৎ চম্লগে লৈপখি তম্ন অপাম্ব ;
লাঙ্লোইবনা ফম্বালগী লাম্নুমজবা মতানি ।

য়েংব নত্তে থকপানি শমু মিৎনা থৃম্ন থৃম ;
থৃম্ন থকএ কদৌনি ! হাম্লি তম্ন ঈখৌহ্নম ;
তাম্নবনা করিদা ! য়োৎকে নীঙ্খি পুময়োক্তৃম-
লাঙ্গোই য়াচু ঙমজবা ম্নুম্না মাগী ক্নচুনি ;
শংবান লিশিং-কাম্নবা শানৌ মাগী হকচাংনি ;
তম্ফা-মতম ঙাঁঙ্‌বা ম্নুজা মাগী চীনবাম্নি ;
উম্লাং-মতম পাঙ্গবা ম্নায়দা কুত্তক তাক্তবা
ম্নাশিনা থোগাই পুজবা শানৌ মাগী থদাংনি—
য়েঁঙে থকএ চূপ্লে য়োংলে—লোইরে মিংগী মথৌ.
লোইরে ম্নুঁঙাইজবা থম্মোয়গী—কারে লুত্তোল য়ো-
শঁঙে মথৌ নৌহৌননা হৌরে তম্ন অপাম,
লেপ্লে চীন্দম্মগে হৈ ।

পাম্ব কৈগী নতানি য়ারৌ লাকপা মঙংনি ;
য়ারৌ মাগী লুশমদা পাম্ব মানা য়াথোঙ লোঙ্
ঈথেং থৃম্ন থক অরাম মুংকে হুনবা মতানি—
শম্ন মিৎন মচাক হুল মপেম্নিদঃ ফারবা
মশানিদঃ পুঙমদ তনিক-থগোক্তরবা
অপাম্নিদঃ ঙাওব্নবা—

অপাম মানা লুতোল কা মকোক্কিদঃ তাওরবা
টারক্কিন্নি মশ্মবা—
কাম্নে তম্ন লৈমই ফম তাম্নে তম্ন লৈমই থক

মিৎকী কুম্মৈ পুরবী নীংথিজবী লৈমনি ;
মিৎলাং কৌবা মহাক্ক ফজ মাগী লোয়্যীম্নি ;
মিৎলাং মানা থকচঙৈ নীংথি মাগী মনীংথি
নুংগাউনথি মহাকপু ফজবনা মমুনথি
বাংলৈ মিকুপ থরদঃ তুকথরুব অপাম্ব
ঈথৌনিদি থাঁঙমদ বানা মতম তাইরুবা
তাঙ্গা মাগী তম্ন ফং ফুদোয়ক্লে মপাঙ্গল
হান্নদগী খুদুপ কা—
হৌরে লোইনা মতুং ইন শিংলিপুম্ব মকা-ফল—
পাল্লবনা শাওরবোই শিংলি-পাফল অপুম্ব
থক-থক থক-থক তম্ন নীক পুঙমথিদে মপাঙ্গল—
পান্থিঙ্বা ঈশিংন মথোঙ মাগী লাওনা ফং
পনথোঙ নম্ন ক্র-ক্র হাই চেম্ব্বরকপা মতানি ।

হুয়েল-লাম্নোই মতুং ইন লাঁঙম-লাম্নোয় থিযিন্ন
থম্মোয় নুঙ্গম্নরবা লালগী মৈথু চুবনা
নবা-ওইবা থম্মোয়গী থুকচরবা মীকপথোল
নাচঁঙদ থম্মোয়মুং,

মমা-ওইবী কয়াগী কাৱব ও ভেংথাথোল
করি হাপ্ত নাকোংলুং
হুয়েল-লানগী ময়াইমা লুত্তোন্নিদঃ তম্ম কা
মমিংনিদঃ পূম্মম গম
হুয়েল-লাস্তক্লয়কপা—লেম্মৈ উকায তক্লকপা,
পেনবা হৈত' মতানি ;
থয় অমুক লনথোম্ব থয় অমুক মীহাৎপ
ঈগী ঈথৌ কোকওমদ, অমুক হেদৌবা
লৈরাং কয়া নম্ম চিল্ল হৈরাং কয়া নম্ম চা
হেলাংনবা মতানি—

অমুক লাম্মৈ তম্ম তা নাইগী শীংদি পূম্বমা
পোত্থী-পোৎকুম মানঙ্গে করি নক্ত মিহৌনা
থংনজবা মতানি।
চোঁঙি থোমথা মিহুম্ম দঙ-দঙ দঙ-দঙ লাকান্নুং
থোরি তম্ম চঙশিল্লো নঙ্গী নঙ্গী লমথৈন্নুং ;
তথক্লরি মিংলাং'গী মিহুন-তান্দ তম্ম নেং
য়েঁঙি কোক্ক তোনগা অনী তূ—
শমু থাদা ওংব হৈ শানৌ মাগী মিহৌবা
শিম্মৈ খুবাং'নীদা তম্ম তু।
হেদৌনজে খুবাং'নী ফংজবদা তাউজিং হৈ
ফঁঙমদনা ফংজবা ক্লজা মাগী থোয়রাংহৈ ;

চীন্দম্মগে তম্ম নীং হৈরাক তমগে খল্লবোই !
কোঁগোম তাবা চরৈনি তাউজিং মাবু য়োম্মম্ব—
চরৈ ফিয়োম তাম্ম হাই তাউজিং হৈরাক তম্মক্লে ;
হৈরাং-হৈয়োল খূবাঃ চল হৈরাক্লিদঃ তোয়না তম
হৈরা নরি টারক্কিন—পেম্ম চাগে নীঙবোই !
খূবাং মাগী হৈরাক চা থম্মোয় থুক্লপ তনিক চল
হুয়েল লান্দারক্লে খঙ থাদোক্লম্ম তম্ম পল
শিংলি-তেঙ্গোল শংবানবা থুপখ্রে খঙদে করি খল—
মুজা-থাদা ওংব হৈ উনবি মাগী খোয়রাংহৈ
অপাম মাগী খূবাংন তাঁঙম চেঙখাউ ফঁঙবা
হৈরাক্লিদঃ চেৎন তম
হৈরাক খুদিং খুৎফম নাই ওল্লে মচু তাইনা তা ।
শংবান-তেঙ্গোল পুল্লুযে লোইনা লৈম মাগী কা
মুজা মানা য়াহিপা তম খোম্লেন তুমখুল পাল্লিবা ;
লান্দারক্লে লাক্লে লাল লৈমকোন্দ ইবেম্মা,
লাউনরুরে মিপাইনা পুম্লিল মবেম্মগী কা
খোম্লেল তুমখুল পাল্লিবা লকাগীদি লকাম্লং—
থম্মোয় থুক্লপ তনিক চল তাক্লবদা মিপাইখোল
খোম্লেল মঙলাল মঙফাওনা খঁঙে তম্ম মপাউখোল ;
করিনোনে হায়রিবা, করি ওইবা তৌরবা
কাঙজৈ তম্ম মিংকী নাষ্ঠে মিংস্না-থম্বাল'নীনা

মিপাইবনা তথক তথক খোঁঙুল য়াওদ থম্মোয়ম্লুং।
তুমথুম্লুবা মিংকয়ি মঙাম্লিদঃ শাম্মিবা
করম্মবু পুজানি মৈরা মন্তাল অচৌবা
থাজদনা থাম্নম্ব !
থকচথিয়ে মিংস্না'নী, উদে করি ভাংদাংব,
ঙমজখিদে লেপচবা শক্লেপকমদি তশেংবা
থ্রুক্রমগবা কয়াদঃ শানৌ মাগী থম্মোয়দো !
খোয়েল মঙলাল কিনা গঙ মঙকাওনবক কিনা কি
নিকচবঙম কনানা অমম্বদা কিনা কি
অহিংদ
শোরি-পারি পঙউ উ য়েঁঙ্ য়েঁঙ্ মায়ৈগোদা
দানম্ভ
মশা কৌবা ক্বাঙমদা নীকথিবনা কিবদা,
খোকথি জুজা মাগী কা ;
খঙবদঃদি খঁঙগে কিরে কিনা য়েঁঙগে
তিম্মু নশক অশেংব লাইমু মশক শোয়দবা
করে করে লাইবক্লি কস্রে কস্রে নোংদম্মি
লেপচথিয়ে মিকুপ্ত শানৌ মাগী পায়মল্লুং—
মিংলাংনদি মমী শাম খোম্মেন-তুংখুন মমি তা
তুক্কোক্লুনা য়েংকটৈ তাংদাং তম্ন খঁঙগে,
খঁঙে শঙ্কম-অশেংব নক্কে মঙলাল কয়িম্লুং—

অকিবনা লাঙ্গোয় চল্ লাংলম লিশিংলিশিং ফাং
অমগুনা পল্লোল খা পল্লম লক্কা লক্কা থাঙ
মুক্তা-চরম-তল্ল কং নীকখি থক-থক ক্যাঙমদ—
শিৱসিনে শিঙমদ হিল্লিসিনে হিঙমদ
থরায় মঙা তুনা লেং পাল্লবদা তেল্লানা
থম্মোয়দা
পোলোই-পুংফম ঙাইজবী তনিক-তনিক ৱানা থাঙ
পোম্বি মাগী পাম্খক্কি ।
মমিং শাঙসি পাঙমদে উইশিঞ্জরে কদৌনি !
অকি-অথং পুম্বনা থাক্কে 'মত্তঃ তম্নরি ।
অকি-তাশং নংঙবা থম্মোয় মানা মিতম্ব
শোৱি-পারি ঙাক্তুনি—উইশিল্লগা মিংলাংনে
য়েংদে 'খোয়ৱু উশম্তে হেন্ন শাউরংনাগনবা
কাঙবুনি ;
হেন্ন হেন্ন মকি হাপ থুক্রসমু খোকনবা
মখোয়নি ।
উইশিঞ্জটে থুকহনখি মিংলাংনিদঃ মুজানা
খোইনা খোইনা হেন্নহুম অকি মরোন মরোন্ন
অমম্বনা মতীং হৌ—অমুক করি হায়রুনি !

হৈরা নরি টারক্কিন মিহৌবনা য়োৱবা
খুদাপ চাউনা হৈরাক তম—

ঙাওন্ শাওন্ লাক্লৈজ মথুং ফুক্তে লৈমনা
হৈবা ঁঙিবা খুদাপ তম ;
ঈগ্লি কাওব্লি মুক্লি মুজা-ওইবী পাঙ্গম্নিদঃ
ফুক্ল ফুক ;
তাজৈ হাম্মোই ফমদা 'হুম হৌজৈ তম্ন সোরনিদঃ
মানা ফুক ;
মাজবদঃ মথংজৈ তাজৈ তম্ন অতুম্মক—
ম্যারো চাদি অপিথক মতু-শোনবী য়াউনিদঃ
চোংজৈ ফনা কদৌনি, কদৌজবা ঙম্মুনি
নুঁঙৌ-পন্দ কোরগী !
অরৌ মংব তম্ন তা তম্ব মাগী মকাদা
মঙৌনিদ লৈমগী
'হেম্না' মাখল মুংদ পোক 'অচ্চা' তক্লি তম্ন সোল
লেপখি মুংন মহাক্কী
মুজা-কোন্দ চঁঙগে পম্মোংনিদঃ নম্ন হাং ।

তাইখিবনা মকুচু থম্মোয় চাকখি তম্ন কা
ফিঙৌ-ফিদক মাম্ন ঙৌ, নঙ্কে, থোইনা তাইনা তা
মুকথেক্লনা ফম্মুংথক তাজমবী মুজা কা,
লাম্লোইনবী অপাম কা তম্ব মাগী মক্ষমদা—
চীঙ্গোয়রক্কই টারক্কিন শাউরং-থোনফম কম্লপ থা
লাজোই-পুখ্যোল তম্ন ঙং

করি তৌবা সারিবা, করি অমুক কল্লিবা !
খঙ, নীংথি খোঙকমসে ঙসি ঐনা থাঁঙকপা—
ভাঁভোই ঐদি অতৈ রা, ফজনসি হৈয়ুদঃ !
রাহৌখিয়ে মুজাদা করি অত্থক ফিঁভিবা !
ভস্ম মাগী মপাউ তা পাউইঙকই লৈমনা
মুজা খোনকম ঙংন ঙং—

করি রাথল কৌরিবা নংন ঙসি চঁঙকপা
মপু-পানবী মুপী কা চুম্মি নংবু খনবরা ?
করি হঁন্তি ঐভোন্দ ? নংন চিংব নত্তরা ?
চেংলো নশক নীংথিবা শাউরফাওদ মহেনবা—
কদৌরুনি থরোনা !

গোলাপ মানা ফজবৈ, ভাঁভ্রানবৈ কদৌনি !
কদৌরুনি নঁভোন্দ !

খঁভেদনা ফজবি, থম্মোয় ঐগী মপাউখোল
নঙ্গী মুংশি-মৈচারু চাকথেরুবা খোম্ন খোল !
লাকফম করি খোক্তি বা ! চিংবিবনি নশরু,
চিংবনিনে নহারু অপাম-কোজোই তম্ন হুক
পাথং ঐগী ইঙক্ত !
নিপা-মচানি লাইবক-য়েংলগে 'ভীং তম্ন ফুক
লারে ঙসি নীংথিবি, লোইচন্দ্রিবা মুজা-কোল

লৌঙগত্রিবা ফম্বাল্লাং কনানম্ভু পাঙ্কল
চঞ্জরগে ইথুত্ত ।
লৈক্ফে চৎসি চিংবনি মিংসা নঙ্গী থম্বাল—
কবি লাল্লি ঐহাক্ল ।
থাম্বু খোনকম অয়াকপা নরাম্লিনে নীংথিবি ।

ঙসি নোংজাসিদা ফজ্ঞ নংন থুরিবা লাং
নত্তে ঐনা থাকপা লাং ;
ফজ্ঞ নঙ্গী ফজ-না মশা নরোমদোম্ল লাঙ
থাকচবনি মশাই লাং—
থুজরেদো নশানা নশাই লাংদ নীংথিবি,
পীনৌ নীংব থুংজবা চীংন লেম্ল ফজবি,
কাইরমগেকো ঈংন লাং ।
মুংশিগ্রেদঃ তুংশিবি, পাম্মুগ্রেদঃ পাম্মুবি,
রোমকপুংদ নঙ্গুম্বী শাংলম্মরোই ফজবি !
শিরে করে লাইবক্লি চঙে করে নোংদম্লি
লাক্লবনি নঙ্গী কা—
তিল্লাং কয়া থকয়োংন ফাথজেনে ইবুঙ্গে
ফাথ ফাথ নহাক্ল চিংঙি তেক্কঃ থম্মোয়সে,
অশাউ-মৈচুগনি থঙ থম্মোয় কয়া ফারবা
খোঙফমনিদো ইবেম্ম !

গোলাপ কোৌবী লৈদুংশি খঙজে পাইম্ব ভিঙ্খংনে
লাংবল খোইহী অথুম্ব উজে শেম্বে মতুনা—
য়েঁঙবনি চান্ম খোঙ্ক মরম উরবনি
থঁঙবনি ইবেন্ম !
থঁঙে উরে কদৌনি হাপ্তে থম্মোয় মনাদা—
খোঙ্ নুংশাক মথক্ত লাইজ ঈশিং থিকপনি ;
মঁঙি নঙ্গী মায়খোংদঃ থম্মোয় মাগী থম্মোয়মসুং
কোইজে নঙ্গী রাখন্দঃ পায়মা মাগী পায়মসুং
লোঙ্কং খঙদে খৌগাই নীংসঁঙুদে থক করিগুং ।

রাকচ্ছরে ইবেন্ম, থরায় মাগী কাদন্তু—
থঁঙবনি ফজবি, অরান-মক্ক তাবনি ;
উরবনি নীংথিবি, ইকাই-মপাল থাবনি ;
লৈরবনি লোয়ুম্বি, অবা-মউ লিংবনি ;
থঁঙে খঙনা মঙমত্রে থাবা নংবু করিঙ্গুং !
হনবা কৌবা মরৈত্রে থম্মোয় মানা করিগুং
মৈদা নেৎপ মথোঙফম—
শিন্তরনি নোংম শোয়রোই ইবেন্ম, মিংকী পি
নীঁঙমদবা মৈথু লাং ;
মীচৈ কয়া, মীনোক কয়া, মীগী মীমু কয়া
চারগনি নোংমে শোয়রোই মীগী মতু কয়া—
কদৌনি 'ছুবু লাইবক্কি চাবা তারে নীংথিবি !

মাঁঙসম্নু মিংচৎ তারবসিদা কোক্ন য়ুং
পেল্লসম্নু থম্মোয় মাদঃদি অপাম মাগী থুং।
রারোইবগা লোয়ননা থম্মে ওন্ন থক্ত য়াল
রোমক মাগী থুংসু থাঙ ;
রোমক-থুংস্নু চীঙ্গোনবি লৈম-লুথুমথক্ত য়াল
লঁভি ইম্নং মৈঙাল লাং—
শাগন-তুফাং থল থক্ত য়েম্নাক্ত য়েংব থম্নংনি,
লৈম মানা মমি লাং থুকচরবা য়েম্লাউনি।
কোক্ন তাবা মচীল উ লেঁঙবদি শিম্নি
লেঁঙনদনা নীক্লবা পোম্বী মাগী পাঙ্খক্লি।
থম্নং-খোজেল তাবদা নিকচবগুম চেক্লানা
মালেম-লৈদা লেঁঙমদা
নীকচরিয়ে খুদাথক তম্ব মাগী রাঙাং তা
থুংস্নু থাঙদোন মথাদা পাথংপনা লেঁঙমদ
মকচত্রবী লুক্রেসি,
রোমক-চম্নু নীংথিবী চাকহেক্লবী মথংলেল।

'চীঙ্গম্নি ঙসিদি লিউক্রেসি নীংথিবী'
চীঙ্গোইরকই টারক্লিন, 'শানৌ নংবু মুংশিবী!'
হম্রাউ হম্রাউ হৈরাঁঙ, চামিম্নসি মুংঙাইনা ;
ভগপ ভগপ লৈরাঁঙ, চিম্নিম্নসি হম্রাউনা—
লৈম্নিক্লবা নহাক্ল লৈরাং নমজিন চিনগনি,

হৈরিক্লবা নহাক্ত হৈরাং নমজা চাগনি,
শোয়রোই বাশক কদৌম্নুং !
লোইনি 'চুনা খল্লুগ্ন বাখল-লৈবী নহাক্কি—
নঙ্গী ননম থীনব ঐগী ইনম কোক্লবা
লোইশিনগনি নহাকপু তম্ন খুদাথক্লিদা ;
মক্লম্বিনি নাই 'মা হাৎ ছিপফনগনি ননাক্ত
চন্নদবা নাইকোন্নুং—
লৈবাক পুংজাউ থীনগনি—কদৌরনি কনানা !
নাইগা কমদিন্নবিগৈ ফঁঙবনি ঐহাক্ল
রোমক ঈশেং মাঁঙনি লোইশিনবনি ইখুংন—
শরীরগা লোইরেনা, চিংনগনি কনানা !
ননম নঙ্গী নমথীবা রোমক-লৈবাক-লৈকোয়ন্নুং
লৈরক-কোন্সাং তম্ন শীন লৈহৌজনি মতম্নুং !

কল্লি ভারগদবা খম্বৌ মুগ্ন নীংথিবি !
নথংলেন্ন মুংশিবা মমায় ফিরুক খুঙ্কোবা
রোমক-লৈবাক মগাঙদা,
মুজা নঙ্গী নপীজা শানৌ নঙ্গী নপাচা
লৈরিবনা অপুম্ব—
মীমাঙ তৎত্ন ফঙ্কোবা, মীনোক তৎত্ন চাহৌবা,
লৈম নঙ্গী পীবুক ওং পোকচহৌবা নচানা

মপা মশক্ক খঙদবা লাম্ন-লীংদ চৎহৌবা,

অশৈবনা পেনা খোং অমম-খোঙকম নঙ্গী পাল
মত্তম পুম্ব শকহৌবা,
নাওরা-ওইবা খিবিক্ক নপাউ নঙ্গী অথীবা,
লৈরক-কোল্লাং চেলহৌবা—
করিবরা পুম্বসে থম্ম্রো মুম্ন ফজবি !

নংন রাথল লৈরবা মনিন করি নাইত্রবা
খোক্লোই কৈন্মু অমাঙবা—
লৈরে ঐ'ম মুংশিবি, নঙ্গী নরুপ লেঙদবা
থুপ্প মত্তম পুম্বদা ;
থুম্নবদা অরানবা পুক্কী রাগা অঙ্কানি ;
খিত্তং অম মাঁঙগা পঙ্গাউ অমা পাঁওবা
চংকদবা লম্বীনি থঙনৈ মালং অপুম্ব ;
হুনা মাঙনৈ থরায হিংনৈ অমুক মানা থরায়
হৈনা চল্লে হিদাক্ক হাপচৈ থরায়দা থরায়
খল্লু নপুরোইবগী থম্ম্রো নচা নপুগী
নঙ্গী শাগৈ-নাতৈ নরুপ-নপিজা পুম্বগী !
তৈরমগন্নু নমায়দা হামুক্কদঃ কোক্তবা,
কোক্‌রোইদৌবা কদৌম্নুংদনিংম্ন করিম্নুং !
নাইগী মায়দা নম্ব মুক পোক্কপ কোম্নরকপা চা-
করি ওইদে থঙু ইবেম্ম, হামুক মাগী কা !

মঙ্গে মখোয়দি মশা-মশাই মন্নালগী খুদম
মহৌনা শোয়রক তাক্তবনি মখোয়দা খুদম

সেমখি তাক্তা অসিদা ফিভম তানা মথুভম
চাগে মতম লৈম য়েং
কোকেট্রিস্কী মিংকম লৌ য়েনগী শাগৈ তুম্নকম—
মাঙ্খ খোঙ্গুল লৈমগী উরকপদা মমিংকম ;
ভম্ব মামা শেগা লোল তারি লোংন থাদা থং
লিউক্রেসি নীংথিবী অশেংবগী মথুভম—
গ্রাইপ্ কৌবা লাইশানা তরোইনবা মশাদা
থ্ম্ম য়ৈশিন মথুজিন তমথী' মখোঙ মরিনা
য়াখোঙ থ্ম্ম লোল্লবা য়ারৌ শক্তি অমোম্ম
মচুনিদঃ পাল্লবা স্তুজা মাগী পাংথক্লি ।
মিংল্লুনিদঃ ঈরা চেল নোংদমথীবি স্তুজানা
চীঙ্গোয়ঞ্জেয়ে হীক্ক হীক তম্ব মাগী মকাদা
মিংস্না 'নীনা তোম্ন য়েং—
হায়ঞ্জে লাউঞ্জে কদৌনি ! লৈবাক-নিংথৌ-পান্দবা উন্নুংদ
শারমচংম পথাপ ওই মনীং চংন পাম্নবা শান্নমদা
অশোন শারাক তম ঈথেং থ্ম্ম থক পুকথম্নবা লমদমদা
তানি কনা পাম্বনা শক্তি মাগী তেংথাখোল !

থোকথি 'তুবু অগক্তং—কোয়ৌ নোংন হৌয়কঙৈ
মায়থোং মুশিনরবা,
মালেম য়োংকে মতাপ্তম শুক্ল ময় নেয় থোল
লোইবি-চীঙ্গোল অপূন্ব,
মালেম-লৈম পীবুক্লুং—মুশিনব অসম-লোক
তপ্লপ্লবা নোংলৈ পোক তপ্ল কোয়ন হুয়কঙৈ
য়ৈথংপাগুম ওহাক্তং নোংন নোংলীক লূয় কোল
পনথি ওহাক মথোওফম তহানবা অগাংব—
মুংশুক্লবা থোঁঙানা শৈরাঁঙিঙৈ ওর ক্ষ্যজনা
মিংলাং মাগী তম্ম উই থাঙজথিবা মতানি।

থাদোকথিবা কদৌমুং য়ুমৈমনা করিমুং
নোংজা-চাকথি থোওফমদা
চিবা উচি মখুংফা ফনা থোংজৈ কদৌনি!
পম্বৈ অতুক ওহাক্তং মুঁঙাইতুনা য়েংবদা
নিংশা-থবেংনয়বা উচি মাবু অপিথক।
শিম্মুরিব পিরাং উ চায়ক্লং অনী চোংন তা
মুজাগী
পেঞ্জক্সিয়ে মবুক্ত লংজা-শক্তময়বা
জুঙ্গময়বা টারক্কিন।
লৈয়াই-হনবা লাইজনা পেনবা কৌবা নাইবরা
হনবদা!

ভাদি ভাবি মনাকোং পিম্নোয়নবা মরাইহে
লুক্রাগী
মবুক্তদি খনথিদে ইনবিরগে মরাইহে
শানৌগী—
নোংবাল লাঁঙ লাঁঙগা থৌহু নুংদি তুমশিল্লি
পিরাং খিক্ক খিক্কগা অপাম-নুংন কপ্লিল্লি—
ভস্থ মাগী মথম্মোয় কপ্লিনখিয়ে হেন্নচুম
পিরাংনিদঃ উরক শিস্থরিব চহুম চহুম
লুক্রা মাগী চাইক্লংদ ।

শানৌগবা কদৌগে নিজরিবা সিদদি,
গিংস্না 'নীগী মওংনি—
য়েংজৈ ভোম্ন মমায়দা টারক্কিনগী গুল্লবা
থৌজাল ঈরীক তাংকাও নুংদ মাগী পক্রবা ;
হকই লুংশি-মপাউখোল অরা-সোর-মপিনা
তাংকম তাংকম খু'দংদ ;
হাম্পি রাশি রাঙাংদ লুক্রা মাগী নীংথিবী—
লুংশি রাপু কয়ানা খোঙকম কয়া নাম্থোকচৈ
অপাম মানা লৌরকপা—
ভাজৈ মতং লচৈ তম্ন খোঙফম্ন লৌরকউে—
অনীরক্লি ভাকথোকপা মথাগীসি তাদ্রিউে ।

তিয়া শুক্ল শিদবা কুবিসন্নু নহাকপো,
কল্লুগবা খোঙফমসে ;
ঙাকউ সাজৎ পাধৌগী পাধৌনিদঃ নহাকপো
থাদোকউবা পুকচেল্সে ;
সনা লিকথাং অহেনবা রোমকীনি নহাকপো
ঙাকউগবা নপোক্সে ;
কোলেটিনস্ নরুপ্পি নীংসঙ্ঘুবা নহাকপো
কক্কল্লুবা লম্বীসে ;
মিৎলু 'নীনা পিরাং হৌ চায়রুংনিদঃ চোৎন তা
হীরু হীরু হায়জৈদঃ সেক্স্‌টস মাগী মফমদা—
মিৎকী পিনা স্তরং হৌ কপচৈ কয়া মঙোন্দ ;
মপুরোইবা চাকহেল পল হায়জৈ কয়া মকাদা ;
অশেংবগী মমিংদ অচুম্বগী মিৎঙ্খোদা
কপচৈ লাউজৈ মুজানা কয়া কয়া মঙোন্দ ;
কোরৌ-মালেম-মিঙ্খে পল থয়ুম কয়া মমিং থা
ঙাকউ ঙসি খোঙফমসে কপচৈ কয়া মঙোন্দ ;
ইপুরোইব-লৈবীনি নংনা ঐবু য়েংহৈদে
মপু-পানবী মুপীনা চাকহেল-খোঙফম কায়হৈদে
সনা-লীকথাং অহেনবা, রোমক-শাগৈ অপানবা,
কুম্মোগবা নহাকপো, নত্তিক-নঙান মকফদে ;

মুপী ঐগী ইহাকথং কম্নিনিঙ্গু লৈতবী
করি হামুক তৈগনি, হল্লোগবা নহাকপো ;
খুংলঙ্গীদি অহেনবা লম্মম্নিদি অমকপা
শিংফদেনা ইবুঁঙো !

ঈরোক মাগী ঈয়োল শং লাইজ ঈখৌ কোক্কবা
লৈনাং ঙানা তম্ন নৈ ঈয়োক মাবু মাঙহনবা
চুম্মিনব্না ইবুঁঙো !
ঙ স নংন মাংখোক্লো, য়াখিত্রনে শেংজবা
অমুক হম্ন ইবুঁঙো !
করম শোকে নীঁঙিবা অসিগুম্ব পোচ্ছকপো !
তেন্স্-হৈবা কনানা চাক্তাজবা উকোম্নুং
লীরি তেঙ্গা থোঁবগে মতাং চাদ্ কদোম্নুং
শাজি অগোম মকাদা !
সনা-লিকথাং নহাক্তি লোঞুংনাইব রোমক্ত
থারো লীরুং ইবুঁঙো—চীঁঙগম্নু অমুক হন ;
রারে রারে পুঙসদ্রে মুজা-ওইবী ইথবায় !

নক্তপ্নিদো চান্নবা ইথংলেন্দো ঐহাক্তী,
ঙাকউগবা মহাকথং !

অকনবনি নহাক্কি, মুপীজানি ঐহাক্ক
শোল্লবী,
লাংথাক কৱি তম্বিরি ঈতু-শোনবী ঐহাক্কী !
পাথৌ নঙ্গী নত্তিক ডাক কল্লুগবা ডসিসে
চওজরবী নকাদা ।
চেংলৌ নঙ্গী যেংবদা লৌনম চারোই খঁডিনে,
থাদোকউবা ইবুঁঙো !
অবাবগী সোৱনা থম্মোয় খোম্ল খোম্ল চিং
নোংলৈ-মুংশিং মতম ওই পাথৌ নংবু খঙ্জনে
লাক্কজবা হুমদোক্কে মুজা-চাকহেল পাঙ্গল চিং ;
মুজা-ওইবী মীকপ্প কম্মিমুংদ কদৌমুং
পাঙখিবা থোক্রবা নিপা-ওইবা থম্মোংমু
মুংশিয়ুবা ইবুঁঙো মুজা ঐগী মিংকী পি,
তাবিয়ুবা ইবুঁঙো মুজা ঐগী তেংথাখোল,
লাংবিয়ুবা ইবুঁঙো মুজা ঐগী সোৱখোল !
হৌৱিবসে অহুম্ন, পাথৌ নংবু খঙ্জনে,
লাইজ-ঈপাক মতম ওই ঈওল-ঈথক্করবা ।
ঈওল খুদিং ঈফুজ থোছ নুঙ্গন তুম্মি খঙ
লাইজনা—
মুজা ঐগী মাঙনক্ষম নুংথোক্রবা নথম্মোয়
পেংপিনবা হৌবনি পাথৌ নংবু খঙনে !

ঐগী মিংকী মি'সিনা লেংলোগবা থোছু নং
চানবিয়ুবা অমুক্ত ৱাঙ্গবী ঐবু, নং,
তোল্লবী !
তোল্লবগী তেংথাখোল য়োংকী খোঙজাউ চঙজেন !

নত্তে নংদি টার্‌ক্কিন, মশক মাগী সাবনি,
ঐনা মুল্ল খঙহৌদ নংবু ওকচক্কবনি—
সনা-লীকথাং নীংথিবা মাঙহনগেবু নীঁঙবোই
লৈবাক মীনোক ওইহল্লগেবু নংন থল্লবোই !
নত্তে নত্তাক টার্‌ক্কিন, খঁঙে মুল্ল, সাবনি !
টার্‌ক্কিম্বক ওইরবা নংন শাজং'সে চংলম্মোই
চংলম্মোইনে চংলম্মোই কদোম্মুংদ চংলম্মোই !
ওইর'দবু লাইনিনা নহাক্কি নিংথৌনিনা !
ফম্বাল লাংব শাগৈদি থম্মুম মাগী মতম্মি
খোঙফম খোঙফম খুদিংদ অচুম-অরান য়াংপনি ।
মতাংসিদা নশাগী অমক-মক্ক হল্লিবা
করিম্মুং !
নপাঙ্গম্মক চাউথ্রিবৈ ফত্ত মমী তম্মবা
লম্মোয়ম্মুং !
লৈরাং লোঞ্জিম্মগনি য়াক্লে নমঞ্জিম্মগনি

হৈরাং লোঙ্গানগনি য়াত্রে নমজানগনি
থোৱাঙবা !

হয়েং সনা ফম্বাল লাং নিংথৌনিদঃ ওইরবা,
পাথৌ নংবু খল্লুদঃ কন্নি ওইবা হৌনবা !
ঙম্ব তান্নদঃ ওস্থোক্ল !
অকায় লম্বী চৎলবা অঙম-অথৌ ওইবনা
চাম্ব য়াদে কদৌম্লুং ;
অৱাল লম্বী য়াল্লবা ফম্বাল-লাংব শাগৈনা
তাবা য়াদে লৈতুমুং ;
খঙু পাথৌ নহাকপু, তিল্লাং 'মুক্কঃ য়োখখো।

ঙসি নংন হুল্লিবা শাহুল্লিনা হয়েং তুং
নংবু মুংশিশিন্ননি কিবদগী লৈবাক্ল ;
লীচৎ-চুম্বা নিংথৌশিং—সোম্নজেনে মুঃশিনা
কিনজেনে মথোয়বু, মুশিবনা লৈবাক্ল,
'মুংশিখিবা ইনিংথৌ' কোল্লোইনিদঃ তম্ন থোল
মুমিৎ-থানা মুত্রিফাঙে— হয়েং অা জা-ফাওবা তুং ;
য়োৎলু তিল্লাং থস্তো 'মুক রাঙ্গোন নংবু হাখিমু !

ঙসি নংন লাক্লিবা মুজা-ওইবী ঐগী কা
তাউজিং নমজানগে তম খোঙফয়্নিদঃ অমম্ব,

মুজা ঐগী থম্মোয়মুং থাম্বি-মৈকয়রিবা—
থোক্লগনি শোয়করোই নোংম ৱাঙ্গোন নংগী কা !
শীরগনি অৱাবা লৈফেনবা কয়ানা
নঙ্গুম্ব
চাক্ল চাক্ল নথৱায় থাঁঙগনি নহাক্ল
নমজ্ঞানবা লীচৎশিং—থম্মৌ ৱাঙ্গোন হাথিনু !
কিরবাদ নঙ্গী তুং লেম্ন লেম্ন হন্দোকথো !
নিংথৌ-মচা নথোয়দি শকয়েং-মুংশেল মশক্লি
লাইনা থাবা লাইরিক্লি, লাইম্বিক মাগী তঙ্কম্নি—
তৈম্নে পানৈ নথোয়বু অঙম-অথৌ-লৈবাক্ল ;
ওইনৈ 'তুনা অখণ্ড-অহৈ য়াম্নৈ লম্বী খ্বায়না
য়াঙ্কফবা ।
নংদি কদায় কম্বিনো ? থল্লবরা তম্বিগে
মপু-পানবী লৈরাংবু নমজিম্নবা মথোয়দা,
হৈকোন-নাইবা হৈরা'বু নমজ্ঞানবা খিবিক্ক,
মিহৌবনা নীংব সা অঙম-তানবা চোইরোনবা,
মিতাবনা মুংশি সা অঙম-তানবা পাওথংব !
অপৈবগী ফিদম উৎ অচোম্বগী উরোং খিল
নখুৎমক্ল অমাংব নদোম তম্ন তৈবগে
নমায়দা
থল্লবরা নহাকপো, থম্বথোদা অমুক্তঃ ;

কাউগন্নুনে পায়মন্নুং শোয়রোই তিল্লিংনহৌবা
চায়োন্না,
য়েকহৌরনি নশক্তম মীনা তুক্কচনবা
মীরোন্না,
হাখিন্নুদা নহাকপো, বাক্তোন নংবু থন্থখো !
নিপা নত্রা নংবু ! চেন্দ্রবরা নিপাই লিংজেল
নশাদা !
ফাজিল্লুনা কদোংগে লক্কেল্লিবা নবুকচেল !
অরানবা য়োক্কৌ পীরম্ব নত্তে থাঙ নঙোন্দ ;
ফত্ত' তেম্মৌ পীরম্বা নত্রা নঙ্গী নফমদা !
হান্নু লিকথাং নংবু, থোঙফ'সি'ম মকখিবদা
নহাক্কী
হয়েং নিংথৌ-খুভম পুরকঙৈ শোয়রোই লাউরনি
অরানবা
ঙসি নঙ্গী অমকপা থোঙফমসিগী মকমদা
"চিঁঙু লৈক্ষে নিংথৌসে, লৈক্ষে-চৎপ নিপানি ।"

অমুক্কংগ থন্থখো—থীথরবা কয়াদঃ
নঙ্গী থোঙফমসে—ফম্নানবনি খঁঙু মীগী কা !
লাল্লি থঙবা মশাগী মরান তাঁন্তি মালংদ ;
ফীনা চেৎন কি য়োম্মৈ মরান তম্ন ফীরৈদা ।

চংলম্মবা শাজং'সে নশানৌনা নঙ্গী কা,
খল্লমগনি মতিক চাই লুরেল লৌবা নহাক্ক

অম্বাবনি খনবদা উশিন্নদ চংলিবা
মশা মশাগী মরাল মালং-ওংব পূম্বনা,
লাম্লে লঁঙে খঙনা খঙ খঙশিন্নদ চংলিবা ।

খুবাং-চাংজৌ চেপ চরৈ-ফিগাউনিদঃ সা নিরি
কনঙ্গী কা—
নঙ্গে ইবুঁঙো নীংথিবা নংমু য়াই তম্ন চল
চিরোল্লিবা অপাম মাগী কা !
অপাম মাগী মহাকথং অমা লোইফম তম্ন চল
লৈফঁডিবা মপুগীদি কা,
চঙজবনি ইবুঁঙো, চঙজবনি চঙজম্মি ।
কান্নক্লসমু লোই তম্ন নঙ্গী নিপা-লিংজেল,
নিংথৌ লোইদা লৈরিবা ;
ঙাল্লরসমু মশেক চাউনা নীংথিবা মঙাল
মথুভমদা মশাগী ;
কৃমগ্রসমু লোই তম্ন নঙ্গী মিহৌ-পুকচেল—
নতিক নঙ্গী নঙাল্ল অপুম্ব তম্ন হৃজিল
নশাদা

পীনররসঙ্গু নশাগী লেমজবা থাখল,
সুজা-ওইবী ঐগী কাদা মুংশিবিবা পুকচেল।

লোইররবরা ফজবি, হায়গদবা নহাক !
তারে তারে হায়রগা নপাউখোনবু মুংশিবা
কারি মথোই হেল্লতুম অপাম-ঈথক অকনবা ;
হনবা লৈতে করিম্নুং !
নংন খোঙফম হেক হেক থং ঈওল্লক্লে অপাম্ব
হাম্ন ঈথরুরম্বা !
থাম্বি-মৈফম মচাদি লায়না মুংপ ভম্বনি
মুংলুগনি কনানা থাম্বি-মৈফম অচৌবা—
মুংশিং লাঁল লাঁলগা মৈরি কম্বা হেনবনি
অম্বুম অম্বুম চাউশিল্লক লমজাউ খোম্ন চাকপনি !
থুম্মি-লাইজ-ঈপাক্ত লোইপোংনিদঃ হারিবা
নোংমনোং
ঈচেঞ্চাদি থিবিক্কী হাজিল্লকপা ঈশেংন
শদো থোং ;
হাপ্লে ঈখো ঈপাক্ত হেপ্লে ঈথরুবতুম
হন্দে য়াকপা থুম্মিদি ঈশেং মাগী মহাকথং
কদোনোং।

চীঙ্গোয় মপাউ টার্ক্কিনগী তম্ন তাজ ল্যুক্রেসি
থুমজরকই তফিং তফিং—

ঈকোম্নিদঃ নহাক্তি লাইজ ঈপাক অচৌবা
নিংথোগীদি নিংথৌরেল নিংথৌ'পুম্ব চঙনফম—
অৱাবনি অত্তুবু হাজিল্লিবা নকোন্দ
ঈচেল থিবিক অমাংব—
চোপ্প হাবা মুপীদা, ইশাই কজ য়েংদবা,
ইকাই-ইকি খঙদবা, পুকচেল লাকপা ঙমদবা—
ওঃ ঈমাং থাজিল্লগে থৌৱাংব ঈশেং নঙ্গী
ঈকোন্দ :
ইনাং তাবা ঈরোম্ন শংবান মঙ্গী লাইজদা
তিঙ্গবদি ফবনি ;
কদায় নংন তিল্লবা ইনাং তাবা ঈয়োক্ত !
নতীং নঙল লোইনা থুপ মাঙজরুবা মঙোন্দ
করিম্নুংগী অস্তুক ফিং !

নিপা-লিংজেল মখা পোল নাইশীংচনবা ঙাক্তংনি
ফক্তে খঙবা শাজংশিং ;
করি নংন লুদা থোং মথোই নাইশীং চল্লুনি !
চাউনা তোম্নে খঙজৌ নং রাঙ্গোন নঙ্গী নপোক্সে ;
কাহঙ্গরে লুতোন্দ তোল্লবদি পুম্ব'সে
নাইশিং চঙ্গ নশানা তোম্ন ঙসি কৌব নোং !
হাপ্লে থৱায় নীংথিব নংন ঙসি মথোয়গী,

তৌরে মোংক্ষম অমোংপ মখোয়শিংন নহাক্কী,
ভিন্সিংনক্ষম ওইরবা চারোন-শূরোন পৃত্থগী !
লৌরে নংন ইপণ্ড পণ্ড মায়খু-ফিরুক মখোয়গী,
কোকথেংনরে মখোয়না পঙ্জেং-ফিরাল নহাক্কী !
রাঙ্গোন নংবু থল্লুনে দেবদারু কুপ্পরা
হাজংন, নাপী-শীংবীনা !
লুরাক মানা য়েংবনি, কাণ্ডরবরা, নত্তরা ;
মরুম্মিদঃ মাগী লাং কংজবত্নম নত্তরা
তলা মাগী মখোঙদা !
নীংসঁঙ নঙল লুনশিল্লুনে নরুম্ম চাউদম
য়েংথো লুরাক হুম্ব য়েং মিৎয়েংন নঙ্গী রাংদম !
হল্লু হল্লু ইবুঁঙো চৎনদবা শাজংনি—
মুজা-ওইবী ঐহাক্কী মাঙহৈদবা পোচ্ছক্কি !
হি য়াইনিদঃ তুঁঙিবা মালেম-লৈম পীবুরুং
তম্ফানিদঃ তারিবা লাইজ ঈপাক ঈরোম্মুং
পুম্মক্ক মমন তম ফংবা য়ারোই কদৌমুং
মুজা-ওইবী চাকহেন্সে মাঁঙবদা ঙসি মুং ।
হল্লো হল্লো ইবুঁঙো, চাহৈদবা পোচ্ছক্কি !

রারৌরমু নীংপিবি, কাম্মরমোই ফজবি,
থয়ুম মাগী মিঙ্খে পল শরীজরি পাথংন

তাউজিং নংবু হৈরাঁদ হৈরাং নংবু চৌন্দমদ
পাথং কদৌ হিঁলরোই, কল্লু থরায় মুংশিবি !
কাঞ্জরি য়াইবি থরায় হৈরাং মাগুম শেংগা থোং
মুজা নঙ্গী নকাদা লৈরাং মাগুম লৈরোং চল।
হৈরাং নংন লিক্লবা বারোগমু খোয়দাবি,
নম্ম হানা হৈহেক তম হৈফোয়ননা চৌন্দম তম—
মুজা পুক্লিং বারোনি পাথং পায়মা শাউগনি ;
চৌন্দম মখোঙ মুংনবা হৈখোঙ শীংজং য়াতম চল
তম্ব কনাই মকাদা শগোল্লোয়দি অতোনবা
উরাং উকক চনগনি—শিনা শিনা লাঁগনি !

শীঁঙেল লৈহুম চিল্লসি তাউজিং হৈহুম চারসি—
চৌঙ্গোয় চৌঙ্গোয় মপাউখোল শমু খোঙনা মৈরা কাও
সেম্মে লম্বী অমম্বই অমম-খোঙফম মম্নবা।
থাম্বী মৈগী মৈঙানগা য়েক্কে অমম-খোঙফমগা,
শংনৈ তংত্থ অনী থাঙ ;
অমম-ফীরুক তম থুম অমম্বগী শুক্লবা
থুংশা হাইবা ঙমত্রবা
কাঞ্জে মথোই ইকাইবা ঙমঞ্জে মমায় পুজবা
হেদৌনঞ্জে হেলাং থাং
থুঞ্জে করি মথম্মোয় সাঞ্জে হিংচা-য়াতম্ব—

শারাক তম্মে কৈশাম য়ারৌ শাবুক লাম্মবা
মতু-শোনবী য়াউগী ফা,
য়াখোঙ থ্বুম য়াথোঙ লোল চিঁঙে ঈখেং অশাবা—
থিংসি কদায় থিঁঙমদ মতু শোম পোকুঙাই
থাঙসি কদায় থাঁঙমদ থাঁঙমদনা থোকুঙাই
শিঙমদনা লোংনা তা খৌলি লাউরি বানা থাঙ।
ছুগংলকপা মউম শমু চীন্দ তম থোং
অবা' মাগী তেংথাখোল ঙাঁঙ্‌া চীনবায়ুংদ চল
তাথি তম অহিকখোল হীরু হীরু শদৌ থোং।

হৈরীকচবী মুজানি হৈকঞ্জবী শানৌনি—
তম্ব মানা হৈহেক তম নম হানা হৈকোয়ুং
কৈফোয়ননা চীন্দমক মনীং তম তলাম্নং
কঞ্জবদি ঙমথিদ কপচথিয়ে মখোন থোক—
মকুমিনে মুজাগী হায়সি চরৈ মওইবা
চরৈমনে শানৌগী হায়সি মকু মওইবা
হৈজানবা মতম হৈরাংগীনিদি মকু থোক
ছুদনিঁঙাই লৈতবা মুজা মাগী চরৈ ফি—
মোনথাংনথি টারক্নিন্ মুক্তা চীন্দ তম থোং ;
শাহাংপনা শাজীন ফা শাখোন তম কাবগুম
মুংথি মুজা তেংথাখোল ঙাঁঙ্‌া চীনবায়ুংদ চল ;

ম্নায়ৌ ম্নাউনী কাঙলুপ ম্নাউকোম্নুংদ পুনবগুম
পুনথি মুজা মাগী মৈচাক অপুম্ব লুদা চল।
শানৌ মাগী মিংলুদা শিম্বয়কপা ঈরানা
চাকহেজবী মথংলেল,
মুজা-ওইবী কনাগী লুয়ে হায়বা ঈরানা
তানঙমত্রবী মীরম্নেল—
ঈংনবন্থুম খোকচরি বাজোম্নিংথৌ মকাদা
অপাম-মৈচাক্রবা;
পিরাং ঈচীক লোক্রিয়ে মথজাইনা মায়থোংদ
মুজাগী।
আঃ মাঙলেদো মাঁথোক্লেদো শেংজরবা থুদা
ঙমথিদকো অপাম্ব ফাঙমদবা নবুকচেল!
ঙমথিগত্রা চামজবা নোংদম-থীবী মিংকী পি,
থুনাম ঙসি তাথিবা অশেং নঙ্গী থুদাথক!
নীংজিবরা শিম্বগে পুন্সি-চুম্ন ফম্নেম্বক!
করি মাঙলে মুজাগী! মাঙলে লোইরে মাঙনঙাই—
তম্ফায়াইনি তম্ফায়াই ফংঙমত্রবা তম্ফায়াই;
থবায় মানা পোম্বা ওই তানঙমত্রবা পুন্সিয়াই
মুজা-ওইবী পুন্সিদা।
ময়োন-ময়ান তাকচরে, লৈত্রে 'মুক ফংলুনঙাই।
করি ফংলে বাজোন্দি! ফংলে মাদি পোচ্ছক'ম—

মাঙন-য়াইনি মাঙন-য়াই মচু-চাউবা মাঙন-য়াই ;
য়াই মাগী মহাকথং—পুক্সিনা থোংগ্রেংনজবা।
থাবুম চুম্ব কপচবা লুংঙাইজক মিকুপ'ম
মীমাঙ-থোকপা কীরুক থুম হেন্দৌজক থোঙকম্ম,
য়াইফরন্নু মাঙজরো মপোক্সি'ম ভন্নবা ।
অপাম মানা লৈথুন তৌ চাকহেন থোঙকম হুরুক্তৈ
চাকহেঞ্জবী কনাগী
উত্রবন্না কদৌনোং য়াইফজবা হিঁ লিতৈ,
ভাকচবদঃ নত্তনা মরোন-মরান নোংম নোং,
নীঁঙনদবা পি উত্রবন্না কংব করি নোং !
মাঙজরে চাকহেন তক্সায়াই থমজবা কীরৈ থোং
সুজাগীনা লক্কে মহাকথং ;
পায়জরে মাঙন-য়াই মাঙজগে মতা মথুং থোং
লক্কেগীনা সুজা মহাকথং ।

ভাউবা হুইজাউ কন্নাম্ব কান্নাম চাউনা মবুক হাল
তাজবগুম লৈমায়দা
নত্রে মিক্তা-চাউবা থরংন মবুক পেনা হাল
উইজবগুম লেঁঙমদ—
শাহিং নম্মে কদৌনি ভন্দে মান্দে মরৈবা,
ভানবা থোক্নে কদৌনি ভাল্লি অহুম মথোকপা—

ওসি কৌবা নোংজা'সে থোকখি অচুম টারকিন ;
তাউজিংনদি মহাউ ক হৈজা কাদি কারাম্মু
হৈরাংনদি তুমগদ্ম য়াদ হেন্নক মতুম্মু
মহাউ থিবিক ইরে লে মশা পুম্ব ইতে তে
তন্দে য়ান্দে লেংওমদ লেজি য়ানা অহিংদে ।

থোংগুন মানা লুবরা ঈরেপ-ঈথা-কংদবা !
অয়ান মানা মরুজে ঈরেপ-মপা-লৈতবা ;
পুজে মাগী মবুরুংদি থোংগুম্নিদি লৈতাবা ।
য়ুঙাওবদি অঙাওবা হেক্তঃ ত্তম ওথোকচৈ
থরুম্নিবা য়ু—থঙবনতুম মরাল মকোজে ;
অপাম মাগীনা অমনি চঙদে থাঙ ঙাওবিগে,
য়াদে খুজি কৌবা হাম্নবা মানা ফিংলিগে—
কঁঙাওনবা শগোয় মদোম লেপ্নে লেপচবা ।

তারবনা কম্নিদা—তুকথজবা মচু কা,
মমিৎ লুম্ন হুজৎ পু মমায় থোংলম তৌজবা,
মথোঙ থাংজ ফুকওমদা, হৈনিং কদি পোক্তবা,
তোম্ন লাম্ন য়াখল তৌ মদোম তম্ম কপচবা
চেম্নাউ-হাম্ন চাক্তি সা—শোয়দবনি শোয়দবা ।
মিতাবনা শিংলি হৌ লোয়পাম্বনা লাচ্ছোবা
কুম্নেনিনা মাগীদি হেদৌ-হেলাংনজবা—

মিত্তাবনা মরুক থুং ভাজ্জাদনা হুইবা
লাহৌ মরাল কিবনা খয়ুম-কাদা চঙজবা—
অপাম মাগী শাজংনি—শোয়দবনি শোয়দবা।

অরাবনি হৌজিক্কি য়োমক-নিংখৌ মপারি
তাউজিংনিদঃ মিতাক্ক হৈরাং নমজানরুবা
তুঙ্গী 'করি' য়েংহৌদ—
চৈজরিয়ে মরোমদোম মাঙজরেদো নহাক্নে,
ঙসি নংন নম্মিবা কোক্লয়োইদো মুকক্ষম'সে
মুমিং-থানা মুত্রিক্কাও—সোয় পাবোং লোঞ্জরি
পোথা পোথা খাঁওমদ।
কায়রে, অমুক অমনা, থম্মোয়-লাইয়ুম নীংথিবা
মহাক্কী—
নীঙ্খায়রবা লাইয়ুম কোয় অরাবনা তেঙ্গোল সা
পৈরি মশীং লাকঙমদা,
লৌরি মপাউ লৈমগী বানা চিংজ মনিংশা—
করি ওইরি মুজানা ফীজৌ-থক্ক তক্ষা মাও
মালং মাগী মালংখোল!
'মাঁজরেদো হৌজিক্কি মাঁজরেদো লোইরেদো'
মরোয়-মনাও খিবিক য়েং তেংথাজরি মুজানা—
"থুগায়বিবে পুম্মোই লোই লৌতুনবি নথোয়না

মুজা-ওইবী ঐহাক্তী খুভম্নিদঃ অশেংখ
থরায় মাগী পাম্খক ওই ঐনা ম্বানা শেঙ্গবা—
মালংনবা মালঙ্গী ঈথক্রবা ঈথক্র
নখোয়গী
লৈখোঙ তম্ন হন তুরেদো ঐগী চাকহেন-উম্বোং
য়োল্লে ঐবু নাইদ চল লুকমায়থক্ত তম্ন থোং
শিনা-লেনবা পুন্সিদা পিরোয়-পিথম্নজবা—
থঙহৌদেদঃ শরীসো নচুনিদঃ অশেংৰ
নখোয়গী
আঃ শিংহৌদেদঃ মাঙজরেদো ঐদে লোইরেদো !'
তারি মুজা-তেংথাখোল ।

মঙফম'সিদা টার্‌ক্নিগী মিংপাঙননা মঁঙবা
হুল্লি অরোন-খোঙদোইদো'ঞ্চুম নোংজাগী অমম্ব—
খল্লি মদোম পায়মম্মুং—ঐহাক লাঁঙম-লাম্জিনি
তোংন মাঙবা নিপানি ;
চুঁঙ্কি মতু থাঙফম চা ফবা কৌবা নাইদবা
ফরফাওদা মশাদা মফম অতুন মতাম্বা ;
খোম্ন খোম্ন লম্ন চীংদুম পৈ য়াওম্রক্তে 'মম্বঃ
মথুম্ত—
লৈমা মানা কপফোরি মিঙা-মথী জুদা থোং
থাঙমদঃ

চেম্বোয়ুকই মশানা অমাং-পুকচেল নমলা খোং
লেপাঙমদা ।

ভাউবা হুইদি তম সা লম্মাল্লুবা য়াউগী কোন
থোক্লে বাঙ্গোন নারোল্ফ হুংওইনধম লৈমই কোন ;
লৈম মানা ভারি লোং সোর পাবোং তম লোন
মতু-শোনবী মতম য়াউ লাকহল্লপ ওম ওন
শায়াক তম্বি হুপ্ল হন অবা খঙদ হুইথোমা ;
মমায়-মমিং শুক্ল শুক চৈরি মথন য়াঙ্গোম ;
লৈম মানা কমদৌয়ি ! ভাওরে থম্মোয় শোকপনা,
খাঁডি মশা হোং ময়া চিক হুঁভাইাখদবনা
চেল্লি বাঙ্গোন হুমাং-ঈরীক লাং থুকচখিবনা ;
মরানগী ;
ভাঙরি মুজানা হীক-হীক হীক-হীক কপ খাবনা
অহিঙ্গী,
সোল্লি পোখা পোখা 'মা'ঙেদো' সোর পাবোং লোল
সোল্লি বাঙ্গোন চেম্ন চেন 'ভোল্লিদকো মীওইবা'—
কৈদ মিতারুন্নিবা !
হোঁঙে মশক মচু মমেন ওল্লে মবুক পূমওল ।
লৈম মানা খুল্লাথক ভারি মতম পনয়োবা ।
য়েংন য়েংন চেল্লি বাজোল ইন্নুংদঃ শোয়রকপা ;

লেপ্লি মুক্তা মুংজ লাই ইমুংদঃ শোয়রক্তবা ।
ইমুংন শোয়রক কোয়োনা ওাজ থুকচল্লি থম্মোয়
থঙনবনি অহিঙ্গী থৌদোক লোইনা শয়া শন ;
মুক্তা-ওইবী মমিংকম চুমজংনবী মথোয়নি
উংন রাইনা কুপচবা, থঙজে মুক্তা, হৈজরোই
মরোৌ ভোনা মমায় পু নোংজা-থৌদোক অরাবা ;
হৈত্রবদা মথোয়না মায়গে তন্না শবা শল
উথিনি মমায়বা, থঙজে মুক্তা, থঙজরোই ;
পঙজরবী মথোয়দি থুপচবনা কগনি
অহিং-অমময়-কীজংমুং থঙ্জে মুক্তা মথম্মোয় ;
পিনা পাউদম্মকনি চহুম চহুম তন্ন তা,
য়োত্ত ঈকম থম্মগুম তম লাইজ ঈশিংন
পিফম্লিদঃ তন নাই মুক্তা-ওইবী চায়কংদ
কিজথিয়ে থম্মোয়মুং মুক্তা ওইবী থম্মোয়না

মশা মথন হন্ন য়েং তাঙ্গাসিদা লৈমনা
"থোক্লো থবায় নহাক্ত, কব্রি মুঁঙাইরিহুনা
লৈতাম্বিবা লকামুং পোথা-ঈচীক লাংহুনা !"
মুক্তা-ওইবী থবাক্ত—রাংলৈ পুংথীন মতম্লি—
কায়রসন্থু মতাঙ্গুম দঙ-দঙ দঙ-দঙ থুহুম্ন
মিংকী পিম্নাং নৌহৌনা শুজরকই কন্ন কন ;

"মাঁলখনি হুকচাংসে, শেংব অমুক য়াম্নরোই ;
থিরুম্নসি অশেংব ।" শুজম্নকই হম্ন হন।
অঙাওবীগী পাম্ধক্লি নীংথিজবী ল্যুক্রেসি—
অম্বুম অম্বুম নীংসঁঙু, নোংজাগীদি অরাবা
মালং কনা খঙদবা তাইবং কনা উদবা,
লোল্লি চোইয়োল কয়া, তাম্নি মপি কয়া কয়া
চোঁলি ফম্নি তাম্নি শুম্নি থবাক কয়া কয়া।

তমথিখিদঃ নোংজা নং হিংচাকোনগী শক্তম !
হাৎলেদকো নহাক্ত সুজা ঐগী য়াইফবা !
মিংজনফম্নি নহাক্কি অচোম্নগী শঙবানফম !
অরাবগী য়াখোকপুং মিহাৎপগী মিহাৎপুং ;
অরানবগী য়াতাফম মীমাঙবগী লাঙ্গোনফম,
শকথীব অমুব, মিংচৎ-থীব চঙনফম !
কোম্নি নংদি শিবগী শুক্ল শুনা মম্নবা !
মীমাঙ-শীনবা কয়াগা নাম্নচিক্ল রাতানৈ
নহাক্তি,
নিংথৌ-সেম্ন কয়াগা লোম্ন থুম্ন ল্লোতুনৈ
নহাক্তি,
হৈরাং-লৈরাং লোঙ্গানবম্নিংগী পাংই মতেং
নহাক্তি,

শকথীবা, ছুচেনবা, লৈচিল-নোংকাইনবা নোংজা !
লঁঙে নংন ঐগী কা মাঁঙে মুজা ইপুল্সি ।
খোম্মো ভেঙোল লৈচিল-নোংকাই পাম্রো কোম্রৌ মঙাল
ইমুংনা শোয়বদা লৈনবা নঙী পুংফম ।
কোম্রৌনা খোকপা তারকাও ঙাইকম্সু য়াচঙব
কুপশিল্লু সনা মচু নোংন মুনা পরেং লেং
ছুচেনবা !

মাঙহল্লো ইমুং-মালং নমথি-হানৈ মনম্ম
হাহল্লো নমথি-মালঙী নমথিবা নিংশানা
অশেংবগী হিংনফম কোম্রৌ-অঙান-পাম্লোইবা ।
ফুগংলো নঙী লৈচিন-মোংফাই কুংন,
কুংন অকি ফং,
চল্লো লাঙ্গোয় তম্ম কোম্রৌনা কোক্তোম্মকক্তে
মুংলসম্ম পুম্মুং মহাকী নীংথিবা মঙাল
শুক্ত অকি ফং,
তারসম্ম অঙানবা খোঙফম তম্মায়নত্রিক্তে
চঁঙসম্ম মালংপাল অমম্বগী ফীজংমুং
মম্মবা,
পাম্লসম্ম লেঙদনা অমম্বনা শম্মা শল !
ওইম্বম্মবা নহাক্ক অমম্মমক টাম্রকিন,

ওইরমগনি শোয়জনা পোকপনিনা নহাক্তি
অমম মাগী পীবুক ওং—
ওস্মোই মায়োক্সজবা কদৌঙুংদ নহাক্তি
শমু নংগী নমায় লোং
লৈমনিদঃ শকহেনবী ক্লপা মাঙম হেঙ্গবী
থৌগন মাগী ফজশিং তগুপ তরেং তনৌবী
অমম মাগী ফিজি কাঙ করিস্থু'দ চিংনদি—
ফংজগনি অচুদি ইরোয় কয়া মুজানা
অরা-পোকথোকচনবা—
লাইফম-চৎপ কাঙবুনা অরা-লমশাং থোঙফমউ
কোক্লবগুম অরাবা রারী-শীংবুন তম্ন তৌ

কোকচগনি ঐগীমু কোঙ্গায় অমা রারী তৌ।
য়াওরোই কনা মথোই লক ইকাই-ইকি সাক্ষম
লুরেল মকোক লৈদ লুক ফজ লোক্কৎ উৎশিম্ন
মবুক্কীদি অমাংব কুপশিন মায়না মরৌ তৌ
শমু খুবাং তিঁওবা মুজা-ওইবী ঐগী কা।
ফমজগনি ইরোমদোম লৈজগনি ইরোমদোম,
শিস্থজনি মিৎকী পি অতুং অথম লৈত্তনা—
থুম্মি-থম্মোয়-ঈকোন্দ শিম্বরকপা ঈরীনা
থিকচগনি মালেম-লৈ লিক্লাই ঈরী মাম্ন হৈ ;

তমজগনি ইপাউখোল মিংকী পিগা ঙৈরোয়না,
ভেংথাজনি অরাবা অবাখোনগা খোল্লোইনা—
ইরোমদোমদঃ ইরোমদোম ইরোমদোমদঃ ইরোমদোম
লুজা-ওইবী থম্মোয়গী পুক্নি কোম্বরদোবা
অরাবা
থিল্লসল্লু মনীং খুং উরোংনিদঃ মাঙদৌবা।
অসম্ব ওঃ অনম্ব, থাত্রেম্নিদঃ তমথিবা,
থাম্বি-মৈথু পোক্লফম শুক্ল মুনা নমথিবা!
উৎপিরল্লু নহাক্ল লুজা-ওইবী ঐগী মায়
কল্লক-চাউবি কোরৌ কা ;
থম্মো নংন লুজাবু অমম-চৈরে নাউহোং কোল—
উৎলসিগে কব্রম্ন লুজ-ওইবী ঐগী মায়
থম্বন-চাউবি কোরৌ কা !
থংলেন-চাকহেন নীংথিবী মালেম-য়াহিপ্পরিবা
মমায় হামুক তম্ন তৈ মালং মাগী মালংখোল
লুংশিয়ুবা কদোগে অমুক্তুঃদি নহাকপো!
নম্নাম্নিদো নঙ্গীস্ত য়োম্মুগবা অপুম্ব
নোংজা নঙ্গী পুক্নোয়ল্লুং থোকখরিবা থিবিল্ল—
লৈরসল্লু তাহ্লনা অশি মতম লৈরোন চল
নক্লম্নিদঃ নঙ্গী থুপ অমম ফিজং তম্ন থল।
নত্তে নত্তে অমম্ব, লাম্থোকপিল্লু নহাক্ল

মুজা নোংদম-থীবীবু মীরা-শুবা কোয়ৌ কা—
ভুয়ে চাকহেল ঙসি'হিং শেঙময়কপা মিপাইনা
শেংন নৈপুন-পরৈনরকচৈ ;
কায়রে রাশক ঙসি'হিং শকচখিবা খোয়জংন
চেংন লুহোং-পরৈনজচৈ—
চেন্নরনি রাকম'সে, কোয়ৌ মাগী মঙাম,
য়েকপিরিবা ইমায়দা নোংজা নংবা মুজা কা—
লাইরিক ময়েক চত্তবা, করি ইরি খঙদবা
লাইরিকশিংদ অশেংব,
তরাই তরাই পারনি ঐগী মায়দা তারিবা
কম্নানখিবা ময়েকসে তিন্সিংনফম ওইরবা !

লীরম্বনি মপীনা নাউরা মবুক তপ্পবা
মুজা ঐগী পুন্সি'সে ;
'টারক্কিন লাক্লে তোক্লোনে' নাউবা কপ্প ফনবা
পম্নরনি মম্নিং'সে ।
রাশুবনা রাঙাঁচৈ রাঙাং নৈথেং ওইনবা
শূম্নরনি মুজাবু কোংলরনি টারক্কিন ।
পেনা লুরেল থাদা খোং য়েংকী খুংন চৈজিং থিং
শমু ওয়না মরোল হাপ অশৈবনা শৈশকচৈ
হুরাউ-তয়াস শীনবদা

'লুজা ঐবু করম্ন কম্নানখিবা টারক্বিন,
কন্নি করম্ন ঐহাক্ন লঙজখিবা কোলেটিন,
থংলেন্নিদঃ লোয়ুন্ন'
শক্লরনি ঈশৈ পান মীয়াম মবুক কানঙে
ময়েক চুম্ন শৈরেং লেং শৈরো খুদিং শন্নিক্ক খিং
থুংলোল গুনা মরোল হাপ মীয়াম পুক্লিং তম্ন চিং—
নক্তে নক্তে অমম্ব, লাম্তোকপিন্নু নহাক্ন
নোংদম-খীবী ঐঙাকপু মীৱা পান্ন কোরো কা !

খম্মসিন্না অতুদে কোলোয় ঐগী নীংথিবা
মিংকম ঈথক্কজবা
কোলেটিনস্ মশুংলাং মাঙনিদঃ পাম্মুবা !
য়াবোই লাম্লে অতুদি চৎপ্রে য়াথল লৈফে'ম—
তলা উচেম্নন্নিনি পামেল উনম্নরনি
উশা পৎসিম্নন্নিনি শোম্নয়োই মাঙমিম্নন্নিনি ।
চৎচবনি শেংন ঐ কোলেটিনস্ মাগী কা
লুহোং-পরৈনরকঙে চেৎন পাম্মু মাগী কা—
শঁঙে ইচু ঙসিদি ওল্লে ঐদি ইচু'ম ;
কন্নি হামুক তৈক্লনি পাম্মু মায়থোং মুংশিবা !

আঃ তৈরেদো হামুক, নম্মেদো মুক পাম্মু নঙী
মায়থোংদ ;

তারগনি মগিদো, তাম্মবম্ভ তাম, মাগী
মমিন্তু—
চারবনি নংদি থাঙ, লান্দ নত্তে নরান্দ—
প্যার থাঙকম, কয়ানা, কয়া কয়া মালংদ
মশাগীদি মায়থুভম মশানদি খঙদবা ;
লোম্ন থাঙকম হকখিবা কাঙবুদঃন মউবা।
থাঙযাম্নিদঃ ফাওদবা, থাঙফম্নিদঃ উদবা,
শমু মায়দ থুপ্প থুপ মযেক লানা তাক্সবা,
হামুক্লিদঃ উদবা মুকফম্নিদঃ খঙদবা,
অবাবনি নহাক্সে খল্লুবদা অবাবা !

ও: কোলেটিনস্ পাম্মুবা, ল্যাক্রেসি মবুঙো,
তুরে চাকহেন পাঙ্গন্দ, থুরে নমায় ইবুঙো !
কাঁঙে খোইহি খোইরাদা হাম্মে ফিরেন খোইরৈমা
খোইগোন নজী শেন্দবা লোম্ন চঙক খোইরাম্ন
থংগ্রে খোইহি অপুম্ব মপাঙ্গম খোইবা খল
কঙ্গরকপা মতম পুম খোইরানিদঃ থম্ন খল—
লৈপাম্বানি কদৌনি ! তুংগ্রে খোইহি মরীক'ম
কমজহৌরে খোইরৈম হুপগ্রে লোইনা খোইথৌনা-
ও: কোলেটিনস্, লোইরে ল্যাক্রেসিগী মুঙাইবা,
লৈত্রে লোইরে ইবুঙো, 'সিমঙায়রে মুঙাইবা !

কঁল্লে কারে ইথম্মোয় তাক্তরিয়ে ইঙাল শাম—
কোক্লরোইনে ইবুঙো মৈ-ঈশিংন ক্ষনা চাম!
ওঃ থুরেদকো নমায় মুক্তা-ওইবী ইহাকথং!
য়ারোম্মুকো পাম্মবা মুক্তা-ওইবী ননাও কা!

থংলেন নংগী কাইদগী পাইরকপনি খোইরান্দো
তাক্তনীঙুই ননাঙনা মুংশি নঙ্গী নপাউদো—
ঙম্মুগনি করম্ম লংনজবা মুক্তানা!
চঁঙকপনি মহাক্কো 'য়ারে খোঙকম লগশাঙ্গী;
শীনৌ নংন ঐঙোন্দ য়ারেক নোংজা'সিদংগী।'
হৌন' থঙদে তায়ননি, চোম্পি মুংশি ইহাকথং,
পাম্মু নঙ্গী নমায় য়েং ওকউবনি ননাওনা!
মপাঙ্খোংদ কক্তমন থঙ্কহৌজ্রে মবুক মুং
চীনবাঙ্খোংদ লুক্তমন থঙ্কহৌজ্রে কত্তমুং!
থঙজক্কনি করম্ম পঙজরবী মুক্তানা
মচুনিদঃ অশেংব শোয়েনগীদি 'সিগুম্ব!
য়ারৌগম্ম মুংশিবা, পঙজবনা খোকথিবা!

শীঁঙেন মাগী লৈকাদা তীল্লাং করি তোঁঙিবা
লৈয়াং মানা লৈমি তম্ম লৈশাং তমগে তম্মকউ!
ইকাইদবী কোকিল্ল চেক্লা চাগোক তম্মিবা
চেক্লান-কোন্দ করি চঙ!

লাইজ চাদি হুঁঙোইনা কয়ি ঈয়োক নৈরিথা
লৈনাং তানা তানবু লাইজ মাগী অক্কবা!
শাখিরবা অপঙবা কয়িগীনো থুম্লিবা
কজ-থম্মোয় মরুম চঙ!
নিংথৌশিংন কয়িগী মহুম থুগায়জরিবা!
অমক মমি তাদবা কদৌম্নুংদ কদৌদৈ
উথরবা মালংদ নীংথিজবা নীংথিবা!
সনা রূপা চৌংদুম থিন কদৌনজৈ হন্নুবা!
মশা-পুম্ব লোইনা কেম অয়ো হেদৌ তম্ম চল
তৌরাং ফক্ত লোংন ভা লেঞ্জে পুন্সি য়ানা থল;
হম্ম মক্ত: য়েঁঙমদে লম্ম লনগৈ পারিবা
মরৌশিঙ্গী পাজম্ম য়ানা য়ানা ভাঙ্গবা—
টেণ্টালস্কী মতম ওই সোর য়ানা য়ানা চিং
লৈজৈ তুমিন কাজুম লাং য়াওন থুদিং শদৌ থোং;
থম্বু থম্মো জুঁঙাইবগী বাক্কমদি মাগী কা—
বানৈ লম্ম মঙোন্দ কোক্কদেদঃ অনাথা।

কাম্মরিদৈ ফঁঙমদে, ফঁঙেদনা কাম্মদে
'সিনি লম্ম মাগী কা।
অমরোমদা মচানা মপান মাগী চাহৌবা
মাঙহনবদঃ মথঁঙি লনগী মমল থঙ্গদে
নাপন মথোই তম্ম কা।

অফ-শীংদ চল্লুসি ফত্ত-শীংদ মতাবা
ফত্ত-শীংদ থম্মসি অফ-শীংদ মতিনবা
মরন-মথুম মখোয়গী লোইবি চীংজুম থিল্লবা—
শোনথিবনা মপানা মপু কুইনা ওইখিদে,
কম্মনবনা মচানা মপু শাংন ওইজগদে,।
অথুম-অহাউ খিবিক্ক থনবদদঃ তিনয়োৎপ
শীঙ্গ লোইবা ঙাক্কঃনি ;
থুত্তঃ হেক্ক চনবদা মিকুপ্তুগী মন্নুংদ
কবো অয়ায় তাবনি।

নৌজবুবী লৈপাক্পা খোঙলোয়নজ্জৈ জকনবা
নোংলৈ-নুংশিৎ তমথিবা ;
শীঁঙেল লৈয়াং নীংথিবী হৌমিল্লজ্জৈ শাথিবা
নাপী-শীংবী ফজ্জবা ;
চেক্লাখোঙ্গ নিনবা লম কাম্পি থু থু তাঙজ-লিল ;
অচুম্বগী চাগোক্লিং য়োৎলি তম্ম অপৈবা ;
অফববু করম্ব লৈবগেনে মালংদ,
কদোম্নুংদ কনানা চনখিবগে মথুত্ত !
ফজ্জবনা পুবা ভান লৌয়ে তম্ম মরৌই
অক্ক মাগী মথরায় ; সেম্মে তম্ম মসেম্মি
অক্ক মাগী মশাক্তম—লৈতে মচু ওন্দবা।

চাউইদঃকো চাউইদ: ওঃ তাঙ্গা নঙ্গী নয়াল !
শীনবনিদো নহাক্ক লাল্লুম্বগী লাহ্লৌ তাল ;
শীনবনি কৈশান্দ নংন য়াউগী শাল্লাক তাল ;
লম্ফে চংকে নীংবনা ঙাইজৈ তাঙ্গা নঙ্গী তাল ;
ঙম্মি নংন ঙম্ব'সি অঙকপনি নঙ্গী তাল—
থুগাই নংন তান্দ নেং মীগী বাখল মীগী হুক,
মীগী লোঞ্চং থোঙ্গাওনৈ—ক্ষাবা ঙমদে নঙ্গী তাল।
অন্নানবনা লাল্লুম্মি থুপ্ন নঙ্গী নরুম লাং
থম্মোয় তম্ন ক্ষাওম্মি হাইদোরকওঁ ননাক লাং।

*

তাঙ্গা নংন ঈশিং চঙ থানৈ চাকহেন লুজানা
চাকহেঞ্জবী মথংলেল ;
অচিক-অশা অনীদা অশাবনা নম্ব উ
থাম্মি তম্ন মৈকাম্মি হোৌই মৈজাউ নহাক্ক ;
অতিংবগী মঙক চপা অচুম্বগী থরায় লো
সাজৈ শঙলেল তমথিবা তান্দ নেংন নহাক্ক ;
মীবু থীনা সেমদোকই, লম্ফে লাম্ন চিংথোকই
হামুক তৈবি মমায়দা, ক্ষজ লোইনা শীদোকপি।
লৈরাং কয়া নমজিন্নৈ হৈরাং কয়া নমজানৈ
থুভম কয়া হাম্তোকই মীপুম কয়া হুইসেন্নৈ
তৌই লৈথুন কয়াদা তান্দ নেংন নহাক্ক ;

খগেনজৈ শীন্ন শীন নংন লাংব খোইহিদি,
পিন্নোইনজৈ কপ্ন কপ নংগী থৌজাল চানদি!

নোঙ্খিন্নরে নহাক্ক স্থুঁঙাইরুবা মপাল তাং
মীমাং খোকপনা মহাল্লি;
চামিন্নরে নহাক্ক হৈরাং 'মত্তং লোঞ্জানা
পুক ককখিবদঃ মথংঙি;
কোলোয়নিদঃ মিত্তাবা নংন থোনবা স্নুংশিনা
চরৈ কিমন তন্ন হোং কদি-কন্না নমদা থোং
লম্বী থোকপনা মহাল্লি;
চীঙ্গোয় নপাউ স্নুংশিবা খম্মোয়নিদঃ শুন্নবা
তাঙজ হূহুম মঙল্লি;
নঙ্গী নাপন তহাবা লৈতে করি তুঙ্গোইবা
হুঙ্গোইনফম নহাক্কি ফত্তবস্ত্র লময়োই—
ফুজিন্নজৈ অহুবু মীপুম থুদিং নঙ্গী কা।
কন্নি মত্তৌ কৌসিগে করিনিবু হায়সিব!

চঙজরকপা নঙ্গী কা ফঙ্গে মন্নম অফ' তান
মরুপ্পিনি কদৌস্নুং পীনি তাঞ্জা নঙ্গী তান!
পীনি নংন কদৌ নোং হুয়েল লাঞ্জাউ লোইন-তান!
অরা-নঙ্গী কৈশুম চঙ স্নুংশুক-স্নুংজা লেপ্পবা

তম্ব মাগী মকাদা পীনি নংন কোক্ল-তান
কদৌম্নুং !
তৌরাং ফক্ক তারবা অয়ো নাহে তম্নবা
তম্ব মাগী মকাদা পীনগত্রা ফন-তান
কদৌম্নুং !
মীপুম লীশিং লীশিংন—খোংতেক-মিত্তাং কয়ানা
যানা খোংন শিগৈ চন মালং-কৈশুম তারবা
কৌরি নংবু হম্ন হন পীনৌ নঙ্গী কোক্ল-তান,
খোঙলোম খুৎলোম কয়ানি ঙাইঙ্গরিবা নঙ্গী তান ;
ফংব কৌব লৈতে নংবু কদৌম্নুং মখোয়না—
তমথিদঃকো তমথিদঃ তাঙ্গা নংবু ঙমথিবা।
অমাইবনা ক্ষুম্মিঙৈ অনাবনা মশিজৈ ;
লম্মুনবনা চারিঙৈ পীদৎপনা মতিংজৈ ;
লুকহারিঙৈ রায়েম্ন লুগ্রাবীনা মকপচৈ ;
পাউজেল্লিঙৈ অখঙনা অনাবনা শন্দোকচৈ—
ফমনবা লম্বীদি পীদে নংন নঙ্গী তান,
য়াইফ-শীনব ঙম্বদা হাপ্তে তাঙ্গা, নংন তান !
নঙ্গী পুজোয় তমথীবা, মাঙন-শীনবা নঙ্গী তান
থজৈ তম্ন মীনাই সা
মীহাৎ-মীপুল, মীনম-শোরি, নমজা-হাজা মকায়
কল্লক-খম্বন, লোথুপ-মুংথুপ, অঙাউ-অরঙ খন্নায়
পুজৈ থোগাই লোইশং কা ;

অচুম্বনা থিজউ অফবনা মাংজউ
অপন লীশিং লীশীংন খুয়োনিদঃ তম্ম থাং
ফংদে নতেং নহাক্কী তোকচৈ নামৎ তম্ম মাঙ
অফবদি শেল কোংজৈ নঙ্গী নতেং ফংনমল
ফত্তবদি শেন্দিংদে লেম্ম নংন তৌজমল
থজবনা নশানা !

লাকথিবনি টায়ক্কিন কয়ি তিংদ মশানা
তাঞ্জা নংন খল্লুমল ;
থুংল্‌ থুংথিবনি মবুক শীনথিনিঙাই নংনা,
ফুংঙাইহৌয়ে নংসু তম্ম মাই চোইরোল পায়োলতা,
তাহৌয়ে শীনবিরুমল !
লাক্লমগনি কোলেটিন মুঙ্গা-ওইবী ইকাদা
শীয়ম্মবা নংন তাল
ফম্লাল্লিউ টায়্কিম নোংদম-থীবী ঐঙোন্দ—
শীদে 'ঘুবু নংন তাল।

নয়াস্তঃন নহাক্কি কোকথোং নঙ্গো ফায়বা—
মীহাৎপদা য়াওই নং মীপোৎ হুউ শরুক য়াই ;
লফৈ চৎলে মচিঁঙি, মাঙন শীল্লে ময়াঁঙি ;
নিংথৌ সেম্মে মতোংঙি, মীনম্মসি মনম্মি ;
মীশী মরল হাৎলসি শরুক হেক্কঃ নংন য়াই ;

লৈরাং কয়া নমজিন্নরিবা নংন শীনবনি ;
হৈরাং কয়া নমজ্জানরিবা নঙ্গী খুজিন্নি ;
তুককৈদঃ খনবদা করি শাজং কৌব্রিবা !
মাঁঙোইনবা মতমগী অন্নান-থোঙকম খুদিংদ
করম্বদা নহাক্ক য়াখিদবা নশরুক !
তুংঙোইনবা মতমগী লাক্কদোবা খুদিংদ
করম্বদা নহাক্ক য়ারোইদোবা নশরুক !
মাঙনহৌরে এহেল্লৌঙৈ নমজা নমজিন কয়া চা !

মতম কৌবা শকথীবা তমথি-নোংজা মরুপ্লোয় !
পোত্থাংলোয়নি থোঙয়াঙবা বাথনগীদি অবাবা ;
পাউজেল কনবা নহাক্কি থোঙথাং কুপ্ন থোঙদোই ছল
মুজা-পাখং ক্ষয়াগী ঈচুপ্পনি নহাক্কি,
মুঁঙাইবগী অফানবা দোলাইরেংনি নহাক্কি
মীনম্ব ;
নরৌ তৌনা মিশেল পুই অবা-অনং খিবিক কা ;
পোংপু-শগোল হেক্কঃ সাই অরান-অহুই মাগী কা ;
অচুম্বগী কাদনা খুরো লাংনি নহাক্কি !
য়োকই হাৎলি নহাক্ক লেঁঙি-পাল্লি' অপুম্ব—
তারো'ছুদি মুজা ইপাউথোল মাঙন-শীহ্লেবা,
নশা-কহ্লেবা !
নোংদয় মাগী নোংদমথোন নম্বে মানি মালংথোল—

লৌরো থবায় নহাক্ কায়রে চাকহেন পুন্সিগী ;
ফারসন্থ নরান্ন নপোৎনিদ নশাগী !

নোংজা-পুঙ্গোয় অচিকপা পোথানজৌ নহাক্
নত্তুবরা তম্মশ্ব !
য়োম্বোকপিরি করিগী তাঙ্গা কৌবা মহাক্
থৌগল্লিদঃ নহাক্কী পোথাজটৈ ম্নূজানা ।
অরা হূইগং ঙক্ত থাং শীল্লি করি মহাক্
পুন্সি চুপ্প রানবা !
মুজা-ওইবী পুন্সিগী হাৎলি করি মহাক্
মুঁঙাইজবা অপুম্ব !
মালং কনাগুম্বনা হূফুম্মবা কনা কা
মরল কোংব য়েংথিমল মতম নঙ্গী নশিন্নি ;
অথঙ-অহৈ মরোল খোম অরান-অহুই য়োচ্ছিনবা
মালেম ঈংন পাহ্লনবা মতম নঙ্গী থৌগাইনি ;
লুহোং-ফম্মুং ফয়ানবা ফমগী অঙন মাঙহনবা
নস্তে, মতম, নথৌগাই—অরানবনি নঙ্গী কা !

নিংথৌশিংবু চুমথোকপা রাক্মবা পায়মম্মুং
মতম নঙ্গী সিংফম্নি ;
মীনম্ববু মশায় হাং মীমাঙনিদঃ ফম্মানব'
মতম নঙ্গী সিংচৎনি ;

অচুম্ববু লিখৎপ মশেক চাউনা মঙাল তা
মতম নঙ্গী থোৗগাইনি ;
অয়ানববু ৱায়কপা মবুক তন্ন চুমথোকপা
মতম নঙ্গী নশিন্নি ;
ইন্নুং মাবু য়াকায়বা নোংজা মাবু মিশেনবা
মতম নঙ্গী নয়েংনি ;
অরি অন্নি পোচ্ছক্ত চুন্নেন নঙ্গী তাবিবা
মতম নঙ্গী নতিক্নি ;
সনা শঙ্গায় শীথবা ৱাংলৈ পুঙ্গোয় তন্ন থা
মতম নঙ্গী নঙন্নি ;
উংফুল লৈরীক তন্ন চাই ফুৱা তোন্দুম থুমজিনবা
মতম নঙ্গী নঙান্নি ;
নীংসং-ফুৱা নীংথিবা তীল্লাং মকোন ওইথোকপা
মতম নঙ্গী নঙন্নি ;
পোৎলম থুদিং তন্ন তক অকাউ চৗঞ্জাক হুনবিবা
মতম নঙ্গী নহক্নি ;
অরি লাতম তন্ন চাম অনৌ ময়োল শিঞ্জিনবা
লাইরিক্ত,
য়েনবা মতু অরিবা য়েন্দু খোর্জে সানবা,
পামেন উরি ময়োন কম তলা মপান য়োকথৎপ,
নুংথং-চাবা য়োথোগী মতীং তন্ন মুকথেকপা

মথোঙ-শাংবা লাইবক্কী কাংথোঙ মমায় লৈথোকপা
মতম নঙ্গী নথৌনি।

মমা-পোকপী মবেন্দ মশূ পয়েং শীনবা,
নাউবা মীরেপ ফাহনবা, মীপুম নাউবা মদম্ব,
শাহিং-চাবা কৈশী খুং শমু খুংন লোইশিনবা,
নোংশা চিবান লাক্লিনবা, নোংশা তম্ন তেহনবা,
হৈমনবনা লাংদ চঙ বাজ কাঙবূ পাউত্তাকপা,
য়োংলম-চেনবা কাঙবূদা মহৈ-মরোং হোঙবিবা,
থৌক্ল নূংজাউ চাথোকপা লাইজ ঈম্বীক তম্ন থা,
মতম নঙ্গী শিনফম্নি।

করি নখুং থাম্নিবা সেমজিন-ঙমদ' পোচ্ছক্ক
মতম নঙ্গী খোঙকমদা!
য়্যাওল খোঙফম অমদা মতম নংন শিঁলবা
বাংলৈ মিকুপ অমই কা মখোঙনিদঃ থাঁলবা,
'পুমগদবা মফমদা লল্লঙ্গু' তাক্লবা
লৈনি মরুপ নহাক্কী লীশিংনবূ থূজিংব!
ওঃ তমথিব্রবা অহিং, বাংলৈ পুঙ্গোয় অমত্তং
হল্লক্লবা নহাক্ল—
থিংঙমগনি নোংলৈ'সে, লুপ্নম্মোইদঃ বাকয়ৈ'সে!

ও মতম, মতম কৌবা, লেঙদবগী থোগল্লোয়!

থাকউগবা নংন শো টার কিন্ মাগী মকাদা
চেল্লিভৈদা লম্মুথাং ;
লাক্লো 'মুক্কঃ মহাকপু য়োনা মতাং চাবদা,
মশাই ময়ান নীংসংজ থোকখন্নিবা ওসি' অহিং
কপকল্লুবা কদোগে থম্মোয় মাগী পুণ্ডমদা
নীঁওমদনা ব্বানা থাণ্ড ;
থুক্লসন্নু মথম্মোয় অকি-থংন লেপ্প শীং
থোণ্ডথাং শুদিং মহাক্কী ;
তিন্মু-লাইমু তম্ম সা হাপুং-মোংশোং খিবিক্ক
লণ্ডখিবগী মন্নাম নোংদম-খিবী ঐগী কা
মওং শুনা কিবা উং লেপ্পসন্নু মগাওদা ;
চিক্লসন্নু ব্রাথম্ম ক্ষম্মাল্লন্ব মুজা কা
থম্মোয় থুম্ম মহাক্কী ।

চণ্ডক্লসন্নু পোখাবা পোখা-পুঙ্গোয় লাকপদা
মাগী কা ;
ফাওৱসন্নু অকি-থং মতম পুম্ব মমিশু,
কপ্পসন্নু থোংন লাউ অহিং-চুপ্প খুদাদা ;
ৱাৱসন্নু থোক্লসন্নু অৱাবা অনংব
মাগী কা,
লেল্লসন্নু মপুল্সি পিৱোয়ননা মথোণ্ডফম,
মুংশিরুন্নু মহাকপু মতম নংন কদৌমুং

লুজপ্পবা থম্মোয় থিবিক্কী নুংছল পান্দম্ফম
ভম্ম ওই কংব লৈত্রসম্নু মপি কম্ভিনুং ;
খুজা কনা শেগা লাং পাম্ত্রসম্নু কদৌম্নুং—
নীংথিজবী চম্নুরা ঈংজব্বী মশানা
পাম্ব অমোম ভম্ম লা ঙঁলসম্নু মাগী ফা ;
লৈরাং কনা লৈচিন্দ হৈরাং কনা হৈজাদ
পাপ্রা মতম বাজনা লেল্লসম্নু খোয়রাংন
পুন্সি চুপ্প কপ্প কপ য়াইফ-মঙাল লাংঙমদ ।

হিংহনখো মাবু মশম-মনা ক্র-ক্র ফোই শিব
য়োবফাও ;
লৈহনখো মাবু মদোম মুরুম মুরুম সোন ঙাওবা
ফাঙ্গাফাও ;
হিংথিসম্নু বানবদঃ মাগী মতম নংম
শীল্লফাও ;
লৈথিসম্নু নাইরোই-থীবা মীনাই গুইনা লৈবা
মতমফাও ;
হিংথিসম্নু চাক্কিবগী লূথাক খুন চাজবা
মতাংফাও ;
য়ুমথোঙ খুদিং য়ৈন য়ৈ চাক্কি-ফিনি হিংজবা
তাংফম্ফাও ;

ঙাইখিসনু জুখাক লংশিন-লংশিন লক্লবিবা
মতাংকাও !
চাম্লজবা মরুপ্ল ওল্লকাওদঃ তমখি লাল
হিন্খিসনু মহাক্তো ;
মীনা মুঁ ঙাইথোকপা পাম করেম্লবিবা মরাল
ফন্খিসনু তম্বদো ;
অরাবগী পুঙ্গোয়না কয়া তপ্ল পুঙ্গোয়বা,
হেদোংবগী পুংফম কয়া থুনা পুংফম্ব,
হেদৌবগী তানফম কয়া য়াঙন য়ান্সিনবা
খন্খিসনু মবুক্তো ;
পুঙ্গোয় মাগী মহাকথং লফৈ-খোঙফম্লখিবা
কপখিসনু মরান্দো !

মতম, ওঃ গতম কৌবা, তম্বিবনি নহাক্ল
অক্ষ-ফত্ত'নীগক মালংদ !
চৈগে ঙসি কৌবা নোং মুজা ইবুক পেঙ্গনা—
ফংফম থোকই মীচৈ মা, তম্বিবনি নহাক্ল
ফত্ত শাজং অসে মঙোন্দ ।
ঙাওরসনু হুরানবদো মমিদা তম্ল থং
খল্লসনু শিরগে মিকুপ থুদিং মৈচাক ফং
তোল্লবা ঈদো মশাগী তাজফম থোকইনা
মশাই মথুংমক্ত:দ তোল্লবা !

অতৈ কনানা কয়ামুক তোম্ন পোক্লহনা
লৌকগনি মাগী ঈ তোল্লবা !
তোল্লবা মীমাই মাগী মহাকথং শংলেন শঙকম
কাবগুম হামুক কনা তৈগবা !

সনা ঈনি মহাক্তি ফজ্রবনি অম্বুক হেল—
কোয়ৌ নোংন থল্লবা থাজ মশাক উদেদো ;
থবান্নদি কুপ্পবা নোংবু নম্ব মরৈদো
পরেং তম্ন সায়বা।
ক্বাক্ল ঈনাং লুপ্প,বা মোংবি পোইনা খঙদেদো
মতু মোংন পোকপনা শাগল মৈতান মচু মাল ;
কাংঙনবু লুপ্পবা ঈনাং হেক্ত: মউইদো
মতু পাম্ন পোকপনা রূপা ফুদোংবা মাল ;
নাইকোল ওংব কাঙবুদি নোংজা মাগী পাম্থক্লি
মিৎফম-য়াত্তবা ;
ফম্বাল লাংব শাগৈদি কোয়ৌ মাগী মতম্নি
মঙাল-চেল্লবা ;
কৌজেং-হায়ৌ পাইবদা য়েংব মালং কনা লৈ !
উচেক-নিংথৌ পাইবদা য়েঁঙোইদোবা কনা লৈ !
অচৌবনা ফরবা মপা লৈত্রে ফবদা ;
অঙম্বনা লাল্লবা মথৈ লৈত্রে লানবদা ;
অচৌ মাগী মঙাম্ন অমম-অঙান চাউনা তাই

তাইবং-মিংলম খুদিংদ মরুম-মণ্ডাল হেক্কং নাই।
ঐনা চোইরোল লোল্লিবা করি অমুক কাম্নরি।
চৎলো, বারেম, চৎখরো, বারেম-শূবা মথোঙলোয়,
কাম্নদবা খোনফমও, ফিদা-লৈত বায়েল্লোয়!
চৎগ্রো নঙ্গী নখুভম—মরৈ তম্ব লাইরিকশঙ!
লোনরুরো মরৈশূবশিং পোথা পোথা শঙ!
খঙ্মোয়-তনিক চন নঙ্গী পোইরৈ য়েং লেপচরবা
মকাদা
মরা মথোই তম্ন পু সাজরুরো বাযেল্লোয়!
সুজা ঐগী কাদদি লৈত্রে নঙ্গী কাম্নবা—
হনবা অমুক ঙম্মরোই মালং-বায়েল লোয়শংন;
হল্লো চৎলো লৈবগী করি অমুক কাম্নরি!

অরেম্বনি অরেম্ব, লোইজরেদো ঐহাক্তি—
মাঙজরেদো পুন্সি'সে, লোইজরেদো ঙসিদি।
তাঞ্জা মাবু থর চৈ, মতম মাবু থর ঙাং
টার্‌কিন মাবু শিরাপ তৌ, নোংজা মাবু তেংথাজ
কদৌরুনি ঐহাক্ন করি অমুক কাম্নরি!
মাঙজরবী ঐহাক্তি মাঁজরবী হকচাংনি—
মনিন কয়া শুদোক্লে তেংথা-নাওই কয়ানা
কোক্লরোইনে কোক্লরোই ঙসি ঐনা নঁঙ্বা
অমাংব—মাঁঙবনিনে ঐহক্নে মাঁঙবা!

পুণ্ডমদরে হকচাং'সে, পুক্নুহনা কদৌনি ;
শিজরগে ঐহাক্তুঃ হিঁলুহুনা কদৌনি ;
থাঙলেল খুত্ত পায় থরৈ ফীরাক থায়
দোংদম-থিবা পুন্সিদা থবায়-হকচাং তম্ন থাই
কোকচরগে মৈচাক্সে—হিঁলুহুনা কদৌনি।
নোংদম-থীবী খুবাং ও থুক্লি করি তনিক চল !
হিংহল্লুনে মুজাবু থবায় ঐগী লৌন কল !
মুজা কোলোয় নীংথিবা কল্লু নংগী নখুৎ চল !
ঐনা অস্তুম হিঁলবা নমায় নঙ্গী খুরনি !
লাল্লবনি নহাক্সে—নঁলবনি অহুনা,
মুজা-ওইবী নতীং হৌ করি মায়োক য়াহৌদে
তমথিরবা নঙ্গী লাল !
মুজা ঐগা কোম্নমা করি থয়ায় থাহৌদে
মায়োক তন্ য়া হুয়েল লাল !
লৈফংবনা নতীক চায় নথৌনিদঃ তম্ন কাউ
লালগী মথোঙ কোল্লুবা ;
শিজবনা ইতিক চায় ইতিক-ইঙন তম্ন কাউ
লান্দ খোঁঙা থারুবা ;
শিজরো শিরসি কোক্লসি কদৌনি ইরাল !

লোইজল্লগে নীংলবোই মুজা নোংদম-থীবীদো,
থাদোকচরে চেপ্ল-কম থক-থানিদঃ ওল্লবা—

কোয়না কোয়না চং য়েংঙৈ করি লৈবা কান্নুংদ ;
থিরিমাল্লে পোচ্ছক'স য়াইবি থরায় লৌনবা !
মুক্তা-ওইবী মকানি, শাহাং-শঙদি নক্তেদো৷
ফংজখিদে মুক্তানা পামজরিবা পোচ্ছক্তো ;
সোর লক্ষ্মী ফাংনবা মুক্তা থম্মোয় ফুল্লবা
খুংলাই 'মন্ত্ৰঃ ফঙ্খিদ্রে নোংদম-থীবী মুক্তাদো।
মবুক থনবা নোংগৈনা কামথোরকপা মৈথুনা
নত্রে ইট্‌না মৈহৌডৈ ফুগংলকপা মৈথুনা
মাঙজবগুম মরোমদোম নোংদোন-মুংশিং ভম লাং
মুক্তা-থম্নুং ফুল্লবা সোর মপৈ মপৈনা
রাজরবী মুক্তাগী নাতোন চীনবান অনী লাং
ফ্‌ইনা ফ্‌ইনা হাইদোক্লক মদোম হেক হেক মাঙজরি

"আঃ হিঁলিদকো অরেম্বদা থিরিদো খুংলাই
লোইশিনবদা খুংলোয়বা মুক্তা-ওইবী ইপুক্তি"
সোঞ্জে ভম পুঙমদা কায়র' থম্মোয় ল্যাক্রেসি—
"কিবা সারুই গিম্ভ তা থাঙলেন মমি টার্‌কিনগী,
ঙাওরি কদায় হৌজিক্কি হৈজ্রাং মচা অমগী ;
য়োজনীঁলে হৌজিক্কি কিজখিবা ঙসাইদি
অমম য়াথোঙ কৌবদো শিব মাগীনিদি কাই।
কিরুবনি কিকম থোক ভালোয়-খোঙকম কায়ভ্রিডৈ
ভালোয় ওইনা থংলেল কা—

করি ক্ষায়রে হৌজিক্তি, কায়রুক্তিনা হৌজিক্ক্ !
য়ায়রোই মাগুদি, থোক্নরোই করিস্সুংদস্ন,
হো'অবনি ইশক্সে টার্‌কুইন মাপী মমি লাং ;
মাংলবমি ইশা'সে জীমাংনিদঃ তপ্প কাং ;
হিংফম থোকপা থরায়দো থাফম থোক্লে হৌজিক্তি ;
করি অমুক হিংনগাই লৈত্রে শিবা কিনগাই ।
শিবদঃন চাক্কনি অমকপ'সে হৌজিক্তি—
শিনা হিংব পুক্নি তান হিংন শিবা পুন্সি মুং
খিক্লম্মগে কদৌনি উরোং মুকফম্নিদঃ মুং—
আঃ তম্ফায়াইনা চুখিবা মহাপ ওইবা কেপ্প
মরাল লৈত মৈম্নাংব,
জাগদৌরি তায়েদো নোংদমথীবী ঐগী কা !"
কোলেট্রিন ওঃ কোলেটিন, লুংশিদকো থরায়না—
লুংশি লয়াক্লম্মরোই ননাও লাইবক-থীবীনা
হৈগাও'সিনা হৈশেং সা লুংশি-হৈজীংনিদি কা
পাম্মু নঙ্গী নফমদা করিস্লুংদ কদৌস্লুং !
লুংশি চিরোল্লম্মরোই ফিমাংথক ফীশেং থোং
মাঙ্গ নঙ্গী নকাদা কদৌস্লুংদা করিস্লুং !
হৈজাখিডৈ পক্লোবা তাউজিং হৈক্ক টার্‌কুইনগী
য়াক্নৌ-শারম্-খোঙদোইবা,
হৈরাং হৈয়োল চোংফরোই ননাও ঐগী পীবুক্লুং

তাউজিং হৈরেপ ফাফরোই কদৌঙ্গুংদ করিঙ্গুং
হৈরাং হৈখোঙ-শেংন্ত্রবা ;
নাপনফরোই শারমখোক মহাকথঙ্গী শারমচং
হৈকোন নঙ্গী মাঁলিবা পোঙজঙ্গনা মরমচং
"থুখানিদো ঐহাক্কী হৈপাল চার লিংলিবা
কোলেটিনস্ মরানয়ায় তাউজিং হৈরেপ তাল্লিবা—
পহেল্লোবনি হৈক্কদো লৈম মাপ্পী পীবুক্কুং
তাউজিং হৈজ্জামিন্নরৈ ঐগা নোংম কৌব নোং।"
করি মানা নোক্কনি পামু নংবু ফজ্জপ য়েং
মদোম লোম্ন নঙ্গী কা !
করি মুঁঙাইনগনি মমাঙ্গবা কোয়না লেং
মিৎক নাগা রারী সা !
খঙবদঃদি খঙবিহৌ, খঙবিহৌকো পাম্মুবা,
চঙবা নঙ্গে হৈখোঙদা সনা-রূপা মমন থা,
হৈরাংবনি নম্ন হেক হৈখোঙনিদঃ লোম্ন তা।
ইশাগীদি থঙ্গন্ত্রে কদৌরুনি মুংশিবা,
শিব-চঙবা কৌবদো মুজা-ওইবী থুত্তনি ;
তম্ব মানা হৈখোঙ চঙ হৈফোইননা চীন্দমচৈ
থরায় মানা তনিক চল হৈজ্জা চগৌ য়েংহৌচৈ
লঙগ্রবনি নঙ্গী কা—
থরায়'সিবু করিঙ্গুং থাদ্রোইদৌবা ঐহাক্কা
ফংফম থোকই লৈ মতিক চপ চাজবা মশানা।

"লাংহল্লরোই কদৌম্নুং নচু নঙ্গী অপানবা,
য়োমশিল্লরোই কন্নিম্নুং ইরাল ঐগী অশোয়বা
থাহৈ ফীরৈনিদঃ থোং অথম্নন সেম্মবা,
মক্লবা ঐগী খুদা শিজন্নবও মচু
শঙজররোই শঙজন্নরোই নৌনা অমুক মচু,
লোচ্চন্নরোই লোৎলরোই ইশাই অন্নানবই লীখুল
নোংজা লৌনম থোঙকমদা হুনখিবা ঐগী শাহুল।
খংলনি লৈয়েং থাকপা তৌন্নরোই কন্নি'মক্তঃ
লাইজ ঈহাথবগুম ঈখোঙদগী তম্বাক্ত
লোইবি লোক্ল ঈহাপ তম অতৎ-অথম লৈতনা
মালেম তম্বাক লোইনা থুম লাইজ মাগী ঈরীনা
শেংদোকপগুম লৈমায় থুং মায়গৈ-কারল লীন্থুংন
হাথন্ননি মিংকী পি লুজা-ওইবী মিংলুদা—
তন্নং মানা অক্লবা শেংদোক্লনি মিকুপ্ত
তমথিন্নবা নোংজাগী মোৎল' থান্নী পুমশেং শেং।"
মিংলু লাইজ তন্নং হো কল্পি লুজা হীক্ল হীক,
অহীক অহীক খুদিংদ থম্মোয় মন্নি হেক হেক চৎ।

লোমে শৈরোই হৌজিক্তি চেক্লা চাদি থোন্নুংশি
কোলোয় লুংশি ফিলোমেল—
তেংথা-নাওই নোংজাগী শৈরোইশিল্লে শৈম্নুংশি
তাদ্রে অমুক অহিকথোল।

চীংন লৈরা খোঙদোই হুম ভংশ্রে নোংজা অমম-লোক
শুকচরবা ভক্ত শু ;
চীংন্থুং লোক্তি সমম্লোক সনা ঈশ্বী চেনবা লোক
মঙাল লঙ্গে মতানি গিৎস্নাশিংজ মিংন্থুংশি
ন্থুদোরক্লে মঙাল শু ;
ঈপুং-লৈম শকহেনবী ঙাঁ ঙোই শক্তম শক্লুংশি
হেঞ্জরক্লে মঙাল পু ;
ইন্থুং মঙাল তম উ খোয়জেংজখি ল্যাক্কেসি
জার-লৈচিল মায়দা কেল—
মদোগ মশা তম্র য়েং হঙ্গোইজখি মরোমদোম,
খঞ্জখিয়ে পায়মন্থুং লেঞ্জরবা মরোমদোম
নোংজা-ন্থুংদ মকাই ওই হিঁঙমগনি মপুক্সি।

ফাওজিল্লক্লে অসুম'সুম মঙাম্নিদ, শঙ্গায়ন্থুং—
কিজখিয়ে শুজানা ন্থুজা-ওইবী পায়মন্থুং
থিরিগাল্লে তম্র খল তাক্লগাল্লে তম নীং
খঙনরকপা তারে কি কপচরিবা তুমিন্ন
মদোম লোম্ন কগজাউ থক—
চীঙ্গোয়রকই হীক্ক হীক মঙান মাবু চিংন য়েং,
"করি মুনা য়েংলিবা ন্থুজা ঐগী খোঙনাঙিদা,
মাঙ্গং-মিৎলম পুম্বগী মিৎকম ওইবা মহাকপো ?
য়েংবিন্থুনে মুনা মু।

নশেক্লিদঃ থুম্ব লৈং পুক্তমত্রবা লাইবক্তি
পীম্নি কম্নি চৈনাখোল !
চাম্নি কম্নি থম্মোয়না মরাল কম্নি লৈরুদ
লাম্থাক শোগী চৈনাখোল ?
নোংলৈম্ব অমুক তা তাজারবা হকচাংদ
তাথু'ম্নদঃ লুনা লু ।
নোংজা মাগী মখুংফম ওম্মোই কোম্নৌ নহাক্ক
কম্নিজুংদ তাইজবা ;
নংন কম্নি কাম্ননি, কম্নি অমুক শীনবিনি !
অরেম্বনি অরেম্ব— !"

অঙাওবীগা পাংথক্লি নক্তে ঙাওজরবীনি
মুজা নোংদম-থীবীদো ।
চোইরোল্লিয়ে তত্তনা উরু' পোংলম থিবিক্ত ;
অম্নাবনা য়োরবা—অৱা' মাদঃ মকোম্নৈ,
নাউম্বা মাগী মদম ওই অম্বা' মাদঃ ময়েংজৈ ;
খোঁঙ্গুন তাদ ইঙাউ ঙাউ নত্তবদঃ মশূজৈ ।
অহল ওইবা অম্বাবা পুজৈ তুমিন মৈচাক্কো,
নাউম্বা ওইবা মহাক্তি কম্নিজুংদ ঙমদেদো ।
কুইরে কুইম্নে ঈংথজৈ অহানবগী মথম্ম,
হেজৈচ্চেয়ে অজুম'সুম্ন অকোমবগী অসিনা ।
লাকথবগুম মশাম্বু ইম্বু খুদিং মশানা

ঈরোম্ন্ংদ অস্তুম'স্তুম হৈজদবা কনানা
ঈপাল লাংন ঈরোঈবা
থোকচৈ কাদা অয়োবা থম্মোয়গীদি অরাবা।

লাম্রিঞ্জরে ল্যুক্রেসি মদোম লাইজ ঈরোম্ন্ং
অরাবগী ঈপাক্ত ;
খোঁগ্রেংনরি অপুম্ব—পোৎলম খুদিং উরুবা,
অরা-মৈশা খাঁঙমদা ;
অরা মথল শুনা খন পাঙ্গে গদোম মশাদা,
রাশিনবদঃ মথংঙৈ—কারি রাবা মথোইদঃ—
পোক্লি অরা' খুদিংন মথং মথং অরাবা ;
পুঙমদরে অমুক হল অরাবগী কোকথোংদো
মুজা-ওইবী লুদা থোং ।
তাঙৈ অমুক তুমিন্ন মুংবংননা মুজাদো
লৈয়েং খৎপ ঙমজদ রাখিবনা মথম্মোয় ;
লোঙৈ অমুক পঙলোন্দঃ চোইরোম্নিদঃ নহাক্তো
ঙাওখিবনা খোঁশুন মাঙ মুজা-ওইবী মথম্মোয় ;
করি হায়নি মুজাগী ! লোম্মে পন্দোল রাবগী
লৈত্রে মথং তানঙাই, য়োরে লমথৈ লমথৈগী ।

তারি মুংশি চেক্লাখোল ইমুং তিয়া মকোয়মুং
কারি গথোই অরাবা মুজাগীদি শীবুরুং ।

তুকথজবা মশিঙ্গি অবাবগী পুক্ৰীংন
হরাউ-ভয়াম মতমদা ;
অয়ো পানবা থোদাংনি চিঙ্খাইরবা থম্মোয়না
লৈবাক্কীদি হেদোদা—
পোখ্বা লাংজৈ অবাবা শাগাম্নবা অমা কা ;
ভাইশিন্নজৈ থম্মোয়না চিঙ্খইরবা খাইবোক ভা
শাগাম্নবা থম্মোয় কা চিঙ্খাইরবা অনী ভা।

ঈরাক্লবা চাংজোগ্লুং মীশি অনী থোল্লিদো ;
অরাম খাঙবা চগো য়েং লাম্ব তম্ন হেক্লেদো
শরুক তরা হান্নদে ;
লায়েং মপোং উরগা অয়ো পানবা হেল্লিদো
অশোকপদা হান্নদে ;
পঙ্গাউনিদঃ অবাবা মথোই তম্ন কাজৈদো
ফন' মরম উরুকঙৈ ;
ঈকায়কপা ঈশিংন তপ্ন তপ্ন ঈকা তম
লাঙ্গবগুম লোনস্বাল
ভুঁঙাইতবা অয়োবা ঈংন অস্নুম ঈকা তম
পাথৈ থম্মোয় লোনস্বাল।
অবাবৰু খুংপায় ওই শান্নরবা হন্ন হন
লোইজরগে লাঙবনি—লোইরবনি থম্মোয়দো—
চঙক্রে মীয়োল মঙোন্দ, লৈক্রে লগথৈ মাগী কা

চেক্লাচাদি থিরিক্ল খোংব তাক্ল মখৌ পোঙ
করেম্বয়ে নীঁঙবোই চীজোয়্যরকই ল্যাক্লেকিসি—
"চেক্লা করেমগলা, থোঁঙগন্থু নখৌ পোঙ
করেম করেম মুজা কা !
লেপ্লোগয়া শৈরোংর মীংজা ফুরে নাকোং'সি
থম্মোগবা শৈরোংদো ফুবোন নখাঙ্গুংদ খোং
ফারোগবা নখোঙ্গেল পুঙমদরে থম্মোয়'সি !
মুজী মৈচাক কল্লবা মুজা-ওইবী ঐহাক্লী
ঈংজবম্থু পামজদ্রে পামজদ্রেনে মুচ্চবা—
কনা য়ুমগী মবেল্ম অরা-অনা নঁলবী
পুঙমগনি কদায়দা মীচং—মীথোক হয়াউবা !
চংলো পাইরো চেক্লাশা, খোংজরো য়াইফ কা,
লাক্লগন্থু ঐগী কা !
খুদাং পিফম তম্ম নাই মিংলুনিদঃ পিয়াং চেল
লেঙবনা পক্লজে অয়াবদি মরোমদোম !"

লাকউ য়াতা য়েক্মো জাউ প্রোম্বি নংদি ফিজোমেল,
শম্লাং ঐগী চোইরবা খোক্লপনি নহাক্লী
নীংথিরবা তেংথাকোল ।
তেংথা নজ্জী তারদা শিম্বুমঙম য়াজেন
লীক্লা ঈরী লোংজাদা

শিন্নজনি ঐহাক্ত মতুম মতুম মিংকী পি
শৈরে৷ নঙ্গী খুদিংদ ;
পোক্ষী নঙ্গী তেংথাখোল মুজা ঐগী অহিকখোল
কায়র' থস্মোয় অনীগী শৈরেং 'নীনা শৈদিন চেল
চেল্লগনি ইপূং ক্ষা অরাবক্ষী তেংথাখোল—
পাল্লসন্থ টার্ কিন্দ তেংথাখোয় খোংন লাউ
নংন পাংঙৈ ঐঙোন্দ ;
য়ৈরসন্থ টেরেস্থজ খোইনা হেন্ন খোংন লাউ
ঐনা পাংঙৈ নঙোন্দ
লাকউ লাকউ ফিলোমেল কপমিন্নসি লাকউ লাউ!

চেক্লা নংদি কায়দোংজৈ কাউদনবা চৈনাখোল
শায়দি তিল্পং মথক্ত !
কদায় মুজা ঐগীদি কাউরোই কৈনা চৈনাখোল !
থল্লগে নহাক্ক খোঙফম্নিদঃ মান্ননা
নোংদম-খীবী ঐহাক্তি কদৌক্ননি থন্দুনা !
থরৈ ক্ষীরাক খায়ন্ননি শন্ন খুংন থাঙবু পায়
থোরবা,
থুক্লসন্থ মিংলাং'নী পাংঙসন্থ মিরেন পাই ;
পাঁঙমদরে কদৌনি জায়সন্থ উইনা তা।
চৈজিং পেনা সেম্বনি ছুংশিন্নজনি খোঙ্গাং তা।

নঙ্গা ঐগা অনীগী থম্মোয়নিদঃ কায়রবা
খোল্লোয় চানা খোম্থাং পু শকচগনি অরাবা ।

নোংদম-থীবী চেক্লাও খোংজদেদো নহাক্স,
কোরৌ নোংন লৈরিউ
কিজবনা, কনানা, উখিগনি নহাকপু !
থিগিম্লসি ইবানী লগদোম্নিদঃ লমদোম্পোক,
অা রাংম মীরম্লেল, লমজাউ লম্মাং লৈঙোইপোক—
ঈংদঃ ঈংবম্ নচ্চদবা শাদঃ শাবম্
লমদোম্মদা চীক্ল থৈ
শক্লুরসি ইবানী অরাবগী শৈরেং পু ;
য়েঁলুরসি ওস্বা শাবুক্লিদঃ ওহুলনবা—
ওয়্রগনি করিনো, কগি ওম্লোই ওমগনি !
মীরমপাম হুমওাই য়ারৌ শাগী শারমচং
লৌফম থোকই শারম্পাল তাইবং মীগী মীরমচং ;
শাথিরেনা মীরম্পাল ঈংফম থোক্লে শারম্পাল !

মাঙদা য়েংঙি তেম্ব থান নীং য়েঁলুই লাংন খল
চেনফম থঙদ খোঁগুন গাও তিংঙক তিংঙক তনিক চল
লেপচবী য়ারৌ চাদি শজিনা লৈম মাগী
পাম্বক্লি ;
শেনবি মীয়ম কোম্বনা লম্বী লম্লোও তাকউ

স্নায়গৈ শলাই লেপওমদ কোয়ঙাওননা কোয়রৈ লৈ
খোঙফম ফুক্সি ফুকওমজ মুংবংবনা মুজাপী
মতম্নি ;
হিংসি কদায় য়ায়খুরে গাঁওবনি মপুক্সি,
শিনীংবনা অমুক্সু, তক্সিন্সিয়ে শিরসি—
শেস্থো-কনবা শেনবুনি তক্সি 'শিঁলো ল্যুক্রেসি !'
মশাদক্সি অশোমদা থবায়-হকচাং অনীদো
য়ানজক্সি হৌক্সিস্নু ;
শিব-চঙবা অনীদা চঙ্গদবা কনাই কা
তানজক্সি করিস্নু ;
করম্বনা ফরিবা, করিবনা কৈদনো
লেপওমক্সিয়ে অহুস্নু ।
"শিরো ফরে শিরসি" খঙ্গে অমুক পায়মল্লুং,
"শিরগনা কৈদোবা" সোঙ্গে অমুক লকাম্নুং
"অবাবনি থনবদা !"
"খঙে হকচাং'সিবুদি মমাঁলে, মাঁলবনি
শোয়দবা ;
থম্বায়'সিদি করম্ন মাঁলুগনি—মাঁগনি !
খম্নমখৈ মাওবদি থাওনৈ মালং অপুম্ব,
তুম্ন মাঙবা কাদঃনি মীওইবনা ঙাওনবা—
পারি অনী শাংদৈদা মমা-ওইবী কনাই কা

লাইগী নোংদম থীবনা তাখি অমা খায়াম্ভ
শিবগী
বাখিবনা থম্মোয় কায় থমজরবোই ইচাদঃ
ঐহাক্কী
লৈহৌববু লোইশিনবা চুগপদরা করিম্নুং
অঙাওবনি বাখল্দো হায়রোই ফৈয়ে কদৌম্নুং ;
শাথিপ্রবা শাজংনি—মীগী মচৎ কৌবোইদো"
মতোম্নিদঃ অম্মুম্ম ভাজৈ তম্ম ল্যাক্রেসি ।

"ফম্নে 'দুদি য়েঁলসি করম্ববু থোইনা হেল
মুংশিজবা ঐহাক্ক থবায়-হকচাং অনীদা ;
থবায় মানা কাজবা থয়ুম মাগী মথুভম
নম্ভবম্না হকচাংন ওইরুবনা অশেংভম !
থবায়-হকচাং অনীবু মুজা ঐনা কোম্পঙৈ
কোলেটিনগী দমক্কঃ থবায়গীদি মবুঁঙো,
থয়ুম মাগী মহাকথং মালঙ্গীদি মবুঁঙো,
চানবিবনা অনীনা অনী'সিবু ফুননা
নকচবনি মথোই নাক মুজা-ওইবী ঐহাক্ক—
তলানিদঃ বাংদম্ব শামেম্নিদ: চাউদম্ব
কোলোয়নিদঃ নীংথিবা দেবদারু অহেনবা
উকুনিদঃ থোক্লবা করি ওইবা হৌনবা !

পামেল উনা লোইনা ক্বং উয়োম্নিদঃ লোইনা শি
মাঙজবনি মাঙজবা—শোয়দবনি শোয়দবা।
মুজা ঐগী কাদম্ব থোক্লে 'তুমক অম্বাবা—
থবায় পামেল ঐহাক্কী ভলানিদঃ পাম্মুবা,
থোকপ্রে ভলা মুংশি নঙ্গী নকুদো নীংথিবা ;
করি লৈরি হিঁনঙাই তারেদঃকো মাঙজবা !

লৈরি করি হৌজিকপো থবায় মাগী য়াইথিবী।
কায়রে ময়ুন, মাঁঙে মচাক, তাক্লে মরোন-মরাল,
তারে নশা লাল্লক্ত—য়েঁলু থুদিং লানগী লাল ;
কায়রে মাগী মথুভম, মাঁঙে মশাই অশেংভম,
ঈশিং চঁঙে য়েরুবা লৈজদরে থোঙদাভম ;
খীথরবা মিংফম্ন কোয়রবনি মাগী কোল—
রাজরবী মুজানি নংজরবী থবায়নি ;
থোঙলম অমা তম্ন ফাৎ শমু থুংন থাঙলেল পায়
থবায় মাবু কনবদা করি কিনি করি কায় !
কনফম থোকই শোয়দনা—মুজা মাবু কনবিনি।

থবায়মক্তি থাখিরোই—থানীংদরি থানীংদ্রি ;
মুংশি মাবু উদনা শিনি করম শিনীংদ্রি ;
তমজখিনি পিরোয়না খম্মোয় মাগী মপাউথোল—
মনাও-ওইবী ঐহাক্ক পাম্মু মাগী মাঙদা থা।

নীঁঙমদনা অসুক চাক য়াইবি থল্লায় থাল্লিবা
করিনুং ;
চেংলৌ মাগী নুংশিবা থোয়দাজবা মুজানা
য়েংজখিনি অরোইবা থঙ্গোয় মানা পেঙ্গনা ;
পাম্মু মাবু য়েংন য়েং লৈরাং মাঙুম চোইনা তা
নুংশি মাগী মকাদা তম্নমখিনি ইপাউথোল ।
তাহ্লৌসনু পাম্মুবা মনাউ ঐগী মংশঙ্কো
মনাও ঐনা মাঁঙিবা তম্ব কাদা মহাকথং
পাম্মু পাম্মু নুংশিনা মুজা-ওইবী ইপুন্সি
থংলেন মাবু থাঙমদনা থা মনাওন ঙসি
কৌবা নুং ;
ফংজহৌরসনু টারক্লিপ্ল—ফংফম থোক্কইনা,
মহাক্ল ঐগী ঈমাঁসে—মাই মশরুক্লিনা—
ঈচু মানা শঙবনি লোকফম থোকই মশানা ।
মাগী ঈনা ঐগী ঈ চুম্মি তাকফম থোকইনা !

শিল্লরগে থাজী কা লেমজবগী শরুক্ল
ইশাগী,
মায়থুব্রবী থরায়ঁসে মুজাগীদি মহাক্ল
ঙসিগী
পরৈনিদঃ ফীরাক থায় কনবিগনি জুংশিনা ;
তাঙজনিদঃ ফীরুক খুম কদৌননি হিংহ্নুনা !

লোইজবনা লেমজৈ লেমজগ্রবা পুন্সিদি—
অচোপ মানা ভম্ম মাঙ অশ্লেম মানা হিঁহৌই,
অচোপ্পগী মংফমদা অরেগ ময়োল চোংহৌই
মপুং মরেপ ভম্ম ফা মিংচৎ-উয়োং খিহ্লোই ;
থোক্লোই করি অত্থমক মুজা-ওইবী ঐগী কা!
লোয়না লোয়না মপান থোক থরায় মাগা অথীবা
লোইজরনি ভম্ম 'হুম ;
মিংকম্লিদ: নীংথিবা কোলোয় ঐগী অহেনবা
পোক্লগনি হেক্ত: 'হুম।

মুংশি নঙ্গী শরুকপু ননাও-ওইবী ঐহাক্
ভম্মসিবা করি'হুম!
পাম্মু নঙ্গী নশরুক মুজা-য়াইদি ভক্ষায়াই
মুঁঙাই-য়াইবি থোঙফমগী তাঞ্জরবা য়াইক্ষয়াই
মাঞ্জরেদো মুংশিবা লাইগী নোংদম থীবনা।
মাঞ্জিবনা মাঞ্জরে করি দৌনি য়াহ্না,
ভম্মগনি নশরুক মুজা-ওইবী ননাওনা—
মুজা-ওইবী ইথয়ায় থাগে ভম্ম শরীবা
মাঙ্গ নঙ্গী নহাকথং নক্তবয়া পাম্মুবা!
শামাম্নবা মকাদা লেমজনিঙাই নক্তয়া,
লেংমাম্নবা মফমদা নাপম্লিংঙাই ওইদরা!
পাম্মু নঙ্গী নশরুক লৈরেদনা মুংশিবা!

নতালোয়দি ল্যুক্রেসি শিরবনি নহাকথং
টার্ক্বিন মানা য়োনবনা মাঙ্গ নঙ্গী নকাদা
তাল্লোইদরা মংশকপো নরান মাগী মক্ষমদা
নহাকথঙ্গী থারিবা থরায়’সিগী মহাকথং ;
লৈরেদনা নশরুক তম্রেদনা ননাওনা !

লুজা-ওইবী থরায়না নোংদাইরগে লুংশিবা,
লৈতাইরগে হকচাংন মালেম-লৈদা পাম্মুবা,
ঙাক্লরগে ইমায়না থাঙলেপ্লিনা লোয়মুম্ব
লুজা-থরৈ তম্ন থায় ;
তম্নম্নগে মশরুক মায়থুবনা মায়থীবা
টার্ক্বিন মাগী শারমচৎ হামুক্লিদঃ তৈথিবা
লুজা-ওইবী ঐগী মায় ;
পাম্মু নঙ্গী শরুক্তি তমথ্রে হান্ন অসাইনা,
ওইহৌবোকো নশরুক মংশক্লিদঃ তানবনা—
লোইরে ঐগী অরোইবা ইরম্নিদঃ য়েঙ্গবা।
মিংচৎনিদঃ অতুগা লৈজহৌবা অপুম্ব
ওইহৌসম্ন মথোয়গী লুজা ঐবু লুংশিবা
মায়থীবনি থন্দবা ইহাকথংদ কনানা।

ঙাকউ নংনা লুংশিবা, ননাও-ওইবী ঐগী বা—
খঙজরনি নশাস্নু কয়া লায়না উথিবা

হুজা-ওইবী ঐহাক্সে তম্ব মাগী মমিত্ত ;
চাম্নগনি ঙসিদি ইশাই ঈনা ইশাই মুক,
শেংদোক্লনি ইন্নমচং থাঙলেম্লিনা থু্ম মূক !

করি থুক্লি থম্মোয় নং কিপঞ্জবী তনিক চল,
হুপী খোকউ খুমজোনা অত্নমক্লি তৌদোবা !
লৌন্নো থাঙখিন নথা লোং চঁঙো খুত্ত নরায় লুক !
থাঙলেনম্নীদি ময়াদা তুগিম্নন্নো অনীমক
উন্নোংনিদঃ খিল্লম্মো নীংখিরবা তম্ন মক !
পায়মনুংদ ন্নারেপচ হুজা থন্নায় খারগে
মিংলু পিরাং তৈথোক্লে লিক্লাই মতুম য়াল্লিবা
শিম্ব শিম্ব পন্নেং লেং মিংম্নানিদঃ থম্বাদ—
কংলবদি খোঞ্জেম্ন থৌগম্নিদঃ কৌরক্লে ;
মবেম্মগী ন্নাথং তা তফিং তফিং চেল্লক্লে
থৌগম্নিদঃ খৌখঙবী লেপচররে লৈমই মাঙ ;
ন্নাথন-মতু তম্ন খিং শাগন-তুফাং তোয়না খপ
পাইজবক্লে থৌগাইদো মবেম্মগী মনা মাঙ—
মবেম্মগী মায়খোং উ পিন্নাং ঈন্নী চেল্লবা
লৈমায় মতম উল্লাংব উনবাম্থাগী ইমুংদ
হুমিংন তরং হুন্দোকঙৈ থম্মোয় থুক্লপ তনিক
চল

মাঁঙে করি মতৌনো তৌম্লিব'সিদে ভম্ম
থল
শমু ময়া কাহ্না থৌগম্লোনবু উচ্চবা
ঙমজদ
মবেম্মবু য়েংজরম মালেম লৈদা মিংকম তা
থুদক্ক
নিজখিয়ে ময়াথং মনাই-ওইবী মুজানা
কিনা নৌনা তপ্লপ্ল য়াতোম্লিদঃ থিম্ভঃ কা
সনা মায়থোং নীংথিবা অরা মনি করিম্নুং
লা ঁ ঙিবা,
মিংস্না থম্বাল অক্ববা ঙাংঙ্রা কোরৌ ঙমজকা
তরংনিদঃ হৌম্লিবা তং-থম লৈত করিম্নুং
কুচুনিদঃ অপানবা অম্নুক তাইনা করিম্নুং
উম্নিবা
হুংসি কদায় হংঙমদ হঁলম্নুসি হংজনীং
লেপচখিয়ে থৌগন্দো হুইঙক-য়েঁঙক তম্ম চা
নীংদনিদঃ অম্নুক হন মাঙদা ভম্ম অম্নুক চিং।

য়াচঁঙবা কোরৌ য়োং কপচবগুম মালেম্ম
মিংস্না-লৈরাং থিবিম্মক ঈম্বানিদঃ তম্ম চেল
লিক্লানা,
কপচরিয়ে থৌগন্দো লৈমগীদি তুমিম্ন

মবেম্মগী মায়থোং য়েং মিংস্নু'নীদা পিরাং চেল
স্বাজনা—
মায়থোং য়েংভি লৈমগী য়াচং-তিয়া মতম্মি,
লাংলেদো ;
য়েংভুই কদায় মিংস্না'নী য়াচং-কোয়্যৌ পাংথম্মি,
শাম্মোদো ;
মিংকী পিনা শিস্থরক মতুম মতুম ভস্তনা
থজিল্লিদো মিংস্না'নী—
য়াচঁঙকপা মতমদা ঈঙল্লকউঙ থুম্মিনা
লোইবি চীংদোঙ পয়েং সা ঈথক্কীদি ময়োম্ম
ঈথক-চীঙ্গোন মমি লাং মঙাল শাম্ব কোয়ৌনা
মিংস্না'নীগী মতম্মি ;
উরুবদা মওংদো লৈমগীদি অয়াবা
কম্মোক্ট কনা থম্মোয়না লৈমা মাবু মুংশিবা !
কপ্রি 'তুনা কপচম্মি থম্মোয় শোক্ক খোগন্দো,
ঙাওদে বাদি অমম্ভঃ ফুনথিবনা থম্মোয়দো ;
মিংস্নুদদি পিরাংন—লাইজ ঈহৌয়কপনি,
শিস্থরিয়ে তরং হৌ—
কপচবিয়ে নোংজানা লিক্কা ঈরীনিদঃ চেল
মিংস্না-লৈরাং তরং হৌ ।
ফজজবী লৈমনি, নিংথিজবী খোগম্মি ;

ফজ-নীংথি অনীনা শম্ন মায়োক্লৱিদো—
ফজ থম্মোয় হীকচৱি, নীংথি পুক্লীং নৌৱিদো ;
শিম্থনজৱি পিরাং চত্নম চত্নম লৈরাং'নী
লাইজ ঈৱী কাপ্পিয়ে শামু-ময়া কোঞ্জিল্ল,
হৈথৱিয়ে লীক্লাইগী খুদেং-থক্ত ঈৱীনা ;
ৱাংলৈ মিকুপ ফনা য়াম মতয়িদঃ ফনা শাং
লেপচৈ থোগল ফজবী ফজজবী লৈমই মাঙ ;
লৈমা মানা কপ্পনা কপচবনি কপফম থোক ;
কপচবনা থোগল্ল লৈমগীনি থম্মোয় শোক—
মৱম কৱি থিরুদ অত্নম হেক্তঃ কপ্পনি ;
মদোম অত্নম মিৎকী পি শিম্থবনি, তাবনি ;
ওইগী শাগৈ কোবী'সে থম্মোয় নৌনা পোকচৈদো,
কপচ-নৌজ কোবদো নোংদম্বনা উনবিদো
নৌজজবী মথোই কা ;
উবদঃবু উৱবা মীনা বাবা কোবদো
কপ্পদঃবু ফঁলবা চেংলৌ মশক থায়দেদো,
শাগৈ মশক থিরুদে, মরুপ-পিজা নাইদেদো,
নৌজৱবী মথম্মোয় তম্ম হেক্তঃ হীকচৈদো—
ঙমজদ্রেয়ে কদৌত্নং খামজবদি মিৎকী পি
মশাগী,
পিরংজৈয়ে হেক্তঃ পি উজবদা অৱা' পি
কনাগী,

চিংখাইজৈয়ে হেক্তঃ শেৎ মুজা-ওইবী মথম্মোয়
উরুবদা কনাগী চিংখাইরবা মথম্মোয়,
কেমজৈ মশা তম কা।

য়েংকী শাগৈ ওংলুবা থম্মোয়নিদঃ খিবিক্সক
থৌক্ত নুংন সাবনা কম্থা কল্লেমজৈদো ;
খোইরু-ব্রাক্স হৈবনা ওয়গী ওইবা লোইনমক
খোচৈ নৌজৈ মশানা মোম মেওনা তাজৈদো—
অস্নুম অস্নুম অহুনা মুংদ তাবা অপুম্ব
মখোয়গী
কন্সিনখিয়ে অয়োই তম ব্রাথল থঙদে নীংখিবা
লকাগী ;
পাঙ্গন নত্রে লৌশিংনা নত্রে মীনম-শোরিনা
লাকথুবিঙে তুশোনবী পোকই মখোই পায়মম্নুং
ব্রাথল কয়া ফৈরেংব ঙকথরবা মালংনুং ;
শীঞ্জে মদোম মাঙনবা মশানিদঃ মশানা—
মরাম্নিদঃ মশাগী হায়রুকদে কদৌমুং ;
থঙজরুনি করম মখোয় মুজাওইবীনা
মরান্দো !
শোরেনগীদি চুম্নিদঃ নম্বীরগা মথামুং
খোইরু-ব্রাক্স হৈরবা,

থওনুসিগে করয় মখোই কাদা করিগুং
নোংদম মাগী নোংদম্বা অমুক শাথিরিবা !
চমজবনা মথম্মোয় মখোয়গীদি মশানা
লমজাউ-লম্মাং মতম্মি—তৌল্লাং মথল খুদিংনা
মনীং তয় চণ্ডবদ অপন করি পীদনা
খেলোংননা ওকচবা মখোয়গীদি মশিগি ;
নিপা-ওইবা থম্মোয়দি উমংগদি পাংথক্লি
শুক্লনিদঃ মংলবা ; তমথি শায়ম কয়ানা
য়াতাবগুম উকোম্নুং লোকচপ খুদিং তস্তনা
তুঙ্গি মখোই থম্মোয় কোন ক্ষত্ত কয়া কয়ানা—
মকোক্লিদঃ তয় কাঙ মূনা তাপ্পা য়েংহুনা
নাথুপ নাথুপ লোম্ন তা থুপ্নরিবা লকানি
থৌহু নূংথৌ চল্লবা ;
লোৎপ ওয়ৈ অহুবু মায়থোং হঞ্জিন তরাইনা
মরাম্নিদঃ শাথিবা নিপা-ওইবা শাগৈজি ;
কদায় করি হায়রুনি মুপী-ওইবীশিংগীদি !
কদৌম্নুংদ ওমজদে মরাম্নিদঃ মশানা
লোচ্চবা—
চেংলৌ মায়থোং তম লাং ফোঙৈজ মরান তম ফোঙ ;
লাদা ময়েক তাবনি—পাথোকপনি ইফোং ফোং
অপূম্ব
করি থাক্ত মমুংদ ইকোম কোয় হেক্তঃ লোই

লৈরাং মানা লৈমল চল কেল্লে তম্ন লৈখোক লোঈ
চৈনৈ কনা মাললন শী ঙেল-ওইবী মাগী কা !
তমথি নিংথম মহাকথং কেল্লবনা লৈথোক লোঈ
মহাক্ল
শাউনৈ তাইবং পুম্বনা শাথি' মতম মাগী কা ।
তুম্নে তুশোন কনানা অকন' কনাই শারাক ওই
শীদে মরাল শোল্লবী শারাক-ওইবী মাগী কা
কনানা
মরাল পুম্ব থঙজিন্নৈ লাক্লুরিবা অকন' কা।
শোয়না ঙাম্ম মশানা পোক্কচরব মুশীনি—
মাঁঙবদা মপুন্সি নিপা-ওইবই শয়্নৌ চা
মরাম্নংনি মপোক্কী লোইশিনকদে কদৌন্নুং—
মথক-খোংব ঐখোয়নি কৈদৌজনি মখোয়না
লঁঙুরিবা মুজা কা মথা-থাবী তরাইনা
লঁঙুবগী মরান্দঃ চাদে মখোয় করিন্নুং ;
চেম্নদবা লৈত্তে থক মশা মশা কদৌন্নুং
মাঙৈজে মশা তম্ন লুপ চায়থবগী ঈরোম্নুং ।

লিউক্রেসি য়েংলগা থঙলগনি হৌজিক্তি
ৱাফম'সিনা ভারিবা তম্ন লোইনা পুম্বদি—
নোংজানিদো তাংলৌনা মীচিক-মীখোন তাক্ৰবা ;
লঁঙবনি মঙোন্দ তান্দনিদঃ শাথিবা ;

শিবা য়াবা খোঙফম্মি লৈম মাগী থুদক্তে
লমদঃ থিঙ্গুং হেল্লুবদ-
য়ারিবনি লৈহৌবা নমথি' মনম মালংদ
মতম্মিদঃ আ-তুং-ফাওদ ;
শিবা থোক্লো লৈমগী মতাংতুদা থুদক্তে
মাঁঙবনি কোলেটিন পাখৌ মাগী পুন্সিদা—
লুখিবনা মত্তাংন শিসি কৌবা ঙমখিদ
শিরবদি অপূম্ব মাঙহৌরনি থনবদা
মবুক্ত—
শিরুরগা মহাক্ত তম্ব মানা খুদোং লৌ
মশাই মরাল অপূম্ব থঙলম্বনি মরৌ তৌ
থনবদা
লানগী মায়রোংনিদঃ য়া লেপচখিবা ঙমজদ
নীকখিবনি শিবা কি মশানিদঃ পুঙমদা

মুজা পুক্নীং লাঁকপ ফা নোংদম-থীবী ল্যুক্রেসি
থোগম্মিদঃ চিংন য়েং মুংশি-নোংদম্মরবী
মবেম্মগী মতৌদা অবা নৈশা লাংলবী,
চীঙ্গোয়রক্কই মপাউখোল মুংশিং খোনফম্মরবী-
খোয়নৌ নংবু অচানবি, করি মতৌ কৌম্রিবা,
মিংলু লাইজ তরং হৌ মুজা নংনা কম্মিবা !
লাইবক-থীবী ইহাকথং কম্লমক্তঃ ওইব্রবা

তোক্লো কল্ল অচানবি, কম্রি কান্নরুগবা !
ওম্মবোইকো করিম্নুং নঙ্গী পিনা ঈংহনবা
ওসি ঐগী থম্মোয়না চাকথেক্কুনা কাব্রিবা !
ওম্মবদা নঙ্গী পি থম্মোয় ঐগী ঈংহনবা
শিঙ্গ্রিবা কুইরেনা, কুইরে তাবা মিংকী পি
ঈঁওগনি অসাইনা য়াম্মে শিঙ্গ্রিবা পি !

তোক্লো খোয়নৌ তোক্লসি থেম্ম থেম্ম ল্যুক্রেসি
নোংশিল্লকই মপাউথোল—
হায়ম্মু তাসি অচানবি, চংগ্রবরা মহাকপো !
মতেক ওইনা রাহংলগ লেপখি থংলেপ লৈমদো—
রাংলৈ মিকুপ খরই তুং থম্মোয় শোক্ল থংকপ কপ
'টার্কিনবুনি হঁলিবা' তাখি মতোল তম্ম তপ।
লৈগ্রে অমুক লৈদা য়েং মতোন তাদ নুজাদো।
মবেম্মগী য়াথং ফং থম্মোয় থুক্লপ তনিক চল
পাউথুমজৈয়ে মরুলুক শাউরক্কদ্রা তম্ম থল
নীক্ল নীক্ল মপাউথোল—
হৌজবনি ননাই য়াক য়েন্দাদদি অহানবা
য়েঁওুবদা লৈরমদ্রে হৌগ্রমাল্লে য়েন্দা মাও—
সনা য়াথং ফংবনি লৈরিঙৈদা থৌগুন মাও ;
ননাই ঐনা শোয়হৌরে ঙাকপিগনি ইবেম্ম !

মবেম্মনা থাঙাঙবি পাঙ্গল থিত্তং ফংজবোই
থোগন্দো—
য়োল্লবদা ননাইনি লাল্লবদা কনবিনি,
তাকপীসিবা ইবেম্ম চানবিগনি ননাইনি,
অরা-লৈচিন তম্ন লাং সনা সায়থোং লাংববো
রাখন তুরৈ করি চল পুক্লিং মকা লামজ্রিবা !
গিংস্না-থম্বাল অনীদা পিরাং তম্বং হৌববো
লুঙাইতবা করিগী থাম্বি মৈশা লাঁলবা !
তাকপিয়ুবা ইবেম্ম, হঙ্গচ্চেয়ে থোগল্লোয়
মবেম্মবু চিংন য়েং চানবিগনি থঞ্জবোই
রাখন্দো।
চীঙ্গোয় পাউহঁলগন্থু খোয়নৌ নংবু অচানবি,
পাউথুমথিয়ে লৈমনা—
ভম্মরোইকো লৈয়েংন ফনা হৈনা লুংশিবি,
পাউদমজবা লোইনা ও করিন্নুংদ লোন্দুনা,
মহেল্লনি মৈচাক্ক।
রানবত্থম থোক্লনি তম্মুবদা অরাবা—
তম্মে তম্মে হায়রগা অরাবনা য়োরবা
মৈথৌবগুম থোকপনি—কাজবদঃ হেনবনি !
রাহৈ মানা মরাংহৌ মৈচাক মানা মহেনথি
তাজবনি থম্মোয় উংপুং গুই তুম্ন চাকথেকপি।

মচীন্নিদঃ সূম্ন থুপ অরা-মরম মশাগী
চেংলৌনিদঃ চিংন য়েং পিরোয়নবী মনাইগী
ৱাফম অমা তম ওল চীঙ্গোয়রকই লৈমনা—
পিরঁওম্নু অম্নুক হল কান্নরগ্নোই অচানবি,
চৎলু অদুই শরুক্তি লৌরু তম্ন মুংশিবি,
মপোৎ-মচৈ ইনবা লাইরিক 'মত্তং অসিদা,
ইগে মরোল অমত্তং নবুঁঙোগী মফমদা !
চে মুং খোর্জ্জৈ হুনবা উরু তম্ন লৈরম্ব
"ও লৈরে লৈরম্মে অসিদা লোইনা হুনবা
ৱাক্তরমু অচানবি !" তাঞ্জে মতোল লৈমনা,
"ফরে খোয়নৌ, অদুদি খোঙদোইনিদঃ য়াংন হুল
তমবা নিপা অমত্তং মখোঙ য়াঙবা কনানো,
লোয়শঙ মচা মরক্ত থাজ' য়াবা কনানো,
য়োক্লনবা মবুঁঙো তম্ন অদুক শীল্লুচো—
য়াড্রে তম্ন থাদবা ইবুঁঙোগী মফমদা
থরায়গীদি মবুঁঙো মাঞ্জ মাগী মকাদা—
চেংলা চংলো চান্নবি, তম্ন 'মত্তং কৌরুচো :
লোইরম্মনি লাইরিক'সে, লৌরো তম্ন হৌজিক্মক,
পনবা য়াড্রে মতাংন, চেনবা তারে তম্নমক !"
মবেম্মগী য়াথং ফং খোকথ্রে থৌগল খোঙদোই হুল
পায়রে থুক্ত খোর্জ্জৈদি—ৱাখম্নদি মরম ফুল

ইভম থঙদ নৈংগদো শুরি খোইজ্জে চেবাংথক—
খোঁগ্রেংনরি থম্মোয়হুং রাখল্লিদঃ মশাগী
অরাবগা লাম্বা তৌ নোংদম-থীরী মপোক্কী ;
তাইজে তম্ম মরোন'ম মুজা-ওইবী রাখম্ম,
ফক্তেদনা অতুদি ককই হেক্তঃ পুক্নীংন—
ফজমল্লে 'সিমদি, মরোন তাজ্রে 'সিমনা
শোয়রে শোয়রে 'সিনা হেল ফনা থীনা শোয়রেনা-
ইভম থঙদে করিমতঃ রাখল্লিদঃ পুম্ফুল ফুল ।
চমম্নজে নৈংগদো য়াম্মনবনা রাখম্ম—
ঈম্নবগী মতানি কিরিক কিরিক মীয়াম্ম
খোঙফম'মদা অশুবা ।
কম্নি হাম্ম ইরগা মতোন তাবা করিনা
ঙমজরুদে লেপচবা ;
নীঙ্খায়হুনা নল্লবোই নীংজখিদা মকোক থক
অতিংঙানা থক্কগী থল্লুবদা মুজানা
ইদৌরিবা মরগদো নীঁঙমদনা খোকথ্রবা ।

থল্লে থল্লে অস্তুম মম মমশিনবদঃ মথংলক
তারে তম্ম খোইজ্জেদো শম্ম হেক্তঃ মমশিল্লক—
"নোংদোল ওংব থাজনি পাম্মু নংদি ম্নুংশিবা,
ননাও-লাইবক-থীবীদি থীকনেম্বীনি লোয়ুম্ব,
খুরমজরি তাম্ম নৈ লে ম্নুংশি নঙ্গী নফমদা,

থয়ুম মালা অপানবা কুবিসন্নু নকাঙ্গা,
তুরৈ ঈরৈ চন্দবা খুরৌ লাংথাক চাদবা
পীনসন্নু মহাক্ক পাম্মু নঙ্গী য়াইঙ্কবা—
লুক্রা-ওইবী থবায় কৎ লুংশিজবী ননাওনি
মাঙ্গ নংবু লুংশিব !
পুক্নীং অনী লোওদনা নীংজরকপী লুক্রানি
থংলেন নংবু পাম্মুবা ।
লুংশিরবা ননাওবু লুংশিজমন ননাওনা
লাবা খোঙ্গাপ চাউগান তম অহিং-লুংথিন নাইদনা
তম্বিব্রকউ নরানয়ায় ;
ননাও লাইবক-থীবীবু উথিগনি থীল্লবা
থল্লুবন্নু নরানয়ায় ;
পাম্মু নংবু য়েংন য়েং পীনৌগবা লুংশিবা
লুক্রা পুন্সি লোমজবা ;
লোইরে ঐগী লুঁঙাইবা করি অমুক হায়রক্নি,
নোংদমখোম্নি কদৌনি করি অমুক রাক্নি !
উবদঃদি উনীংঙি লুংশি-চেংলৌ নশক্কন,
চেক্লা মতম চীল্লোক্ক তাজনীঁঙি য়াহিপ তন ;
তাদ্রে ছঞ্জ রারৌম্নু থবায় গাগী অরাখোল
ঙাইরি রানা থাম্বিথক লুংশি নঙ্গী য়ারাখোল !
মতাং'সিদা লোইশিল্লে ইথজদ্রে অতৈ'ম—"

ময়ম 'সিনি তারুদে ইজৈ তম্ম রাযদঃ 'ম ;
কিজৈ মুজা পায়মগুং মথংলেম্ম কবিমুং
সেরাম্মনা লৌথোকখি !
ইজৈ 'তুনা লৈমনা মবুঙোদা রায়দঃ 'ম,
লাকপিয়ুদঃ নিজখি ।
নমজিম্মখিবনি লৈ নমজানখিবনি হৈ
তশেংন
মুজা থরৈ ফীরাক থায় ঈমাং রাথৈজদ্রিতৈ
মশানা
ফোঙজনীংদ্রি ফোঙনীংদ্রি অরা' ময়ম করিনো
মথংলেন্দ লৈমনা মপুরোইবা উনা উ
খল্লি মুজা পায়মম্মুং কুমগে অমংগী য়াথোঙ

অসি'মম্ভু অসিনি, লৈরি 'মম্ভু উনগোই
মুজা মানা নীংজবা—
মিংকী পিনা মশা শেং শেংজবীনি মথম্মোয়
শেংদোক্লীংজৈ থংলেল কা ;
কনখিবনা মৈচাক্ক চেংলৌনিদঃ কারবী,
হীকখিবনা রাবনা য়ারা মখোল শেল্লবী,
অরাবনা পম্বেং য়ো মুংবঁঙবী মথম্মোয়
পাম্মু মাবু মায়োক থা
কপচখিনি অয়োইবা অমুক্তংদি পেঙ্গনা,

ভমজখিনি মপাউখোল চেক্লা মতম চীম্লোক্ল
নীংজম্নিয়ে লৈমনা মুক্তা-ওইবী লকাম্লুং
লাঙ্গদবী মহাক্কি থোঙফম্মক্তঃ করিম্লুং
মালং মাগী মালংখোল,
থোকখিবনি থোক্লঙাই নোংদম-থীবী পুন্সিম্লুং
নোংদম মাগী নোংদমখোল,
শরীনিদঃ পম্দোল লোম মশাই ঙনা রাথৈরম
চিংনিঁঙাই অপুম্ব লোইনা তম্ম কোকচরম
চিংনগনবা গালং কা
অমং থরৈ তম্ম কুম নীংজম্নিয়ে পায়নম্লুং
মুচ্চগনি মৈচাক্কি লমজাউ লৈম্মে তম্ম নম
থম্মোয় থোম চাক্লিবা—
অরা-মৈচাক অপুম্ব পুরি 'ত্তনা থম্মোয়ম্লুং—
ফোংজম্রিয়ে থংলেল কা কিজবনা লকাম্লুং ;
ময়েক লানা তাশিল্লু অচুম্বনি তম্ম হায়
লাইরিক্ক,
চুম্নিদঃ তাক্কদা তাক্কবত্থম য়াই মক্ক
মরোন্দ,
ফক্কবরা হায়বব্ ফংলুদবা থোকপা য়াই ;
চীম্লোক্কনা মশানা তমজরবা মপাউখোল
ঙমজগনি শেংজবা মরোল ঙ্ঙনা তম্ম লোল,
থুপচৈ 'হ্না মুজানা ফোংদে মরম লাইরিক্কুং ।

শম্মু মিংন উরুবা অম্বাবগী অরা' পাউ
থম্মোয় তম্ম পাল্লিদো ;
শম্মু নানা তারুবা অম্বাবগী অরা' পাউ
থম্মোয় অত্তুক য়ৈদেদো ;
মিংক নাগা অনীদা মিংন অম্বা' হাকথেংনৈ,
শম্মু মিংকী মপাউ তা নানা অরা' পাউফংজে ;
অবাবগী শরুক তা যেম্মরকডে ফিত্তুপ্পুং
নাকোং মাগী শরুক্ক থক্তিক্কুঃম মতাজে ।
ঈরেম্মিদঃ অরুবা চীরু ঈচেম্মক্কেদো
ঈথেনবদা ঈরানফম লাইজ ঈখোন থোকইদো ;
অরাবগী ঈচাউনা ঈমায় লৈজে করি লাং ।
লৈজে ঈমায় শোয়দনা রাহৈ-মালং শউম লাং !
ইবা মতোল খোপচিঞ্জ চাত্তুম্মিদঃ তম্ম নম
ইরে পুথক মথক্ক মবুঁডোগী মিজ্জো থা
আরদিযা লাল্লং পন মত্তোম্মিদঃ তম্ম তা
ঙ্গুংশিং মমাং তম্ম থা তেজ্ঞে খোঙজেন তম্ম নম
চংকদবা পাউফম্মি ।
শগোল-পাউদা চিংন য়েং লেপচরিবা মনাক্ক
মায়থোং ফরুপ কিজ্জনা
চাত্তুম্মিদঃ তম্ম পী তম্ম মাগী মথুম্ত্ত
চীঙ্গোয়রকই লৈমনা

চেল্লু চেল্লু অচানবা নবুঁঙোগী মফমদা ;
অয়াংলৈম শেগা তাং লঙ্জোরকপী অরাং লম
নোংদোল যৈফাক লমথোবা চেক্লা পাঙ্গন তম্ন নম
কোরি শাজৈ কারল লাক থারো লাঙ্গোই থঁগোল মাঙ
লানফম্নিদঃ তম্ন তম ইবুঁঙোগী মকাদা—
ঙাইঙমজ্রবা মতাংনি ।
নীঁঙি নীঁদে ঙসিদি য়েঁঙগেদো নঙ্গী চাং !
চেনবা শাইবা অপুম্ব থোকথরেনে তপ্পদঃ
মুজা-ওইবী মাগী কা ঙসি কৌবা নোং'সিদা ;
লৈত্রে থুবা কৌবদো লৈত্রে য়াঙবা মঙোন্দ—
থোকই পম্লেং 'সিঙম্ব ঙাইঙমদবা মতাংদ
হাথিবনা পুক্লীংন মালং-ওংব মকাদা ।

ঊচৈ লোক্কং থোগান-পাউ মকোক্লিদঃ তম্ন নোল
মবেম্মগী মফমদা—
লোম্লবম্ব ভোজদে হোয়নি মাইনি অমত্তঃ ;
মমাম্ন ঙাংলপ কিজনা মিংফম চিংন হঙ্গোইনা
থুবাং অনী তম্ন য়া লৌজৈ লাইম্বিক মথুম্ত
হুজৈ খোঙদোই মমায় লৈ মকোক নোম্লম তেন্ হুং
মবেম্মনি কিজক হঙ্গোইজক্ক মনাইনা
মমায় ঙাংলপ হকাইথাঙ মিংফম চিংন য়েঁঙম্ব
থল্লুরবোই ল্যুক্রেসি থঁঙেদনা লোইনবা

থম্মোক্লুংদ লাউখি খ্বাই শিজখিয়ে মরোমদোম্ম
ইকাইবনা মবুক্ত—
মাঁলবদা মবুক্লুং মালংপান্দ কনানা
মাঁ লোইদোবা কবিদা !
য়েঁলবোইদঃ মনীংবা ভিরবোইদঃ মথনবা
খোঙথাং খুদিং মঙোন্দ মালংনিদঃ পুম্বনা
রাজবদঃ মথংব অরেম্বদা মরোমদোম
থোকই তম্ম মাপী কা।

মহাক্তুদি শগোল্লোয় মীঙমদবা পাঙদবা
লাইনা থাবা মীতাংনি মতু শোম্ম চচ্চবা ;
মাগী হায়বমক্তঃবু ইচুম চুম্ম চচ্চবা ;
পাঙনবদঃ মথোদাং তুমিন অতুম হোৎনবা
পাঙজবনা মথোগাই লেমজবনি খঞ্জবা
চীরোল থায়োল অমক্তঃ মীতাং'ডুনি হৈতবা ;
সাঙদা হোয় হোয় হায়রগা অমা হেক্তঃ মতৌবা
মায়দঃ খিত্তং লৈবদা ইকোম হেক্তঃ মকোম্ব
মীতং'ডুদি নচ্চদে
অহল-ওইবা মনাইদি মপুই থোদা ক্বংবদা
থোইনা মরোল লোঞ্জদে য়েংজৈ তুমিন মপুদা
মুঁঙাইসম্মু মতাঙম চানবিবনা হিদাক থা
চীরোল থায়োল তৌজদে।

অবেম্মগী য়াথং ফং মমিং তম্ম হুঙ্গচ্চ
য়েংজৈ মুম্ম মবেম্ম তৌজরুনি থঙহজ্জ
মরোম্মিদি লোক্সদ মথৌ-থঙবা মনাইনা ;
লৈম মানা কমদৌরি ! কম্মি থুম্ব তাজনীং
শম্ মিংক্ষম কুপচদ য়েংঙি মনাই চিংল চিং ;
য়েংঙে মিংক্ষম হোংদনা কম্মিনোনে মনাইম্নু,
মরোল লোন্দে কম্মিনো য়েঁঙি অজুম লৈমস্থু ;
ঙাংনাথিম্নে মমায়'নী মরোল কম্মি তানদা ;
ঙাংশিম্মরক হেম্ম হেন মিকুপ থুদিং অস্তুম 'সুম
লৈম মানা মাংনঙাই থজ্জাথয়ে পায়মল্লুং
মিস্তাখিবা টার্কিম্ম থঁঙবোইরে ঐভোম্ম
উরবোইরে অশোয়বা মোম্ম্ ঐগী ইশাদা ;
অস্থুক মুম্ম য়েংগবা নক্রবদি কয়িম্নুং
মদোম তম্ম শিজথি থম্মজরু অস্তুম' সুম ।

মথৌ-থঙবা শগোল-পাউ পাইখিবদঃ মঙায়রি ;
লৈমনদি অসোমদা লাকথিম্রেদঃ থজ্জরি ;
মিকুপ থুদিং রানা লেল ঙাইঙমদনা ঙাইজরি ;
কংখিবনা মথম্মোয় কঁঙে কপ্সি মিংকী পি ;
লাউসি কদায় লাউওমদে কাখিবনা মথো[illegible] শি ;
সোর চিংই চিংঙমদে কঁঙে চম্নম লোইনা কং ;
ঙাইসি কম্মম শগোল-পাউ, থাঙথগনি ঙহাক্কুং ।

করি করম ঙাইসিবা শগোল-পাউনা লাকপফাও
করম দৌনা হিংসিবা ইবুংঙোনা লেঙলকফাও
থম্ম থম্ম পায়মন্নুং নীংশিংজখি লৈমনা
পোচ্ছক অমা অয়েকপা শঙ্গায়ম্নুংদ থেৎখিবা—
থক্কায় পানবা তুরিগী তুহাই থবায়-হান্নানি—
নিংথৌ প্রিয়ম হাক্কী ট্রোয়গী বারী য়েকপনি ;
লৈম হেলেন বাথোক্নি—
পৈরি গ্রীক্কী তেঙ্গোম্ন কোম্নুং মাঙদা ইলিয়ন,
চাউদম বাংদম লৈচিল খেৎ লেমজববী ট্রোয়ীগী পন,
তকথায়রগে মতানি ;
থুংহৈবগী থুংকমদা তারি মমি নাপানগী
থোয়না চাউনা পাম্নবী ট্রোয়গী সনা-কোম্নুংগী—
তারি তিম্না কোম্নুনা কোয় হাইথ হাইথ কোম্নুং-থক
চুপচরিবোই নীংভিদো ফুরা-খিবিক ঈঙাই-থক ।
মঙং মত্তৌ লীশিংনি থুংফমতুদা তারিবা,
অয়েকপনি কদৌনি, পান্নৈ থবায় লোইনবা—
মপুম্নোইবা লান্দ তু তারি মুক্না মিত্ত পি,
অয়েকপনি থম্নুদে, শিঙ্গৈ তরং অতুম পি ;
ঈঙাং পাক্রুক্করিবা ঈদঃ ঈনি, ফোক্ত-ফোক্ত শাই,
ঈথেং ঈওনরিবা মনিন ফুং-ফুং অতুম কায় ;
শিরমদাইগী মিৎকমদা তারি অতুম শিরমদাই,

চেঙ্গুপ্পিদঃ শীরিবা উরি তরং লোইরমদাই—
নোংজ্ঞা চুপ্প মৈদা ওম মৈতান মতম শিরমদাই
মপুম থিংন লোরবা উরি লক্লক লোইরমদাই।

লোয়রান-চেনবা কাঙবুগী হুমাং-ঈরীক তাদঃ তাই,
উফুল-লৈরীক থাঁলিবা থাংদঃ থাংন অহুম তাই,
মশা-মউ মোৎলিবা চঙন মোৎন অহুম তাই ;
কোম্মুং-পল্লোম্মুংদগী তাল্লক হূনা য়েংলকপা
নিপা-ওইবা কাঙবুনা হৈনীংলুদ থোইদোকপা
গ্রীকী তেঙ্গোম্নদঃ ভগ ঈপাক ঈথক্লরিবা
অরা'মগী মমিনা মিৎকমশিংদ তারিবা
মিকুপ'মগী মল্লুংদ থোকপা য়ানা লৈরিবা
থম্মোয় থুক্লপ তনিক চল পোলোইগীদি থঙদবা
তারি তরং হিংন-হিং থরায়-মঙাল ফূং-ফূং তা
অয়েকপনি থল্লঙাই লৈতে তুহাই অহুদা
অঙকপগী তুহাইনি মুংগাউনবা উবদা !

তোমথিন তোমথিন ভেঙ্গোল্লক লেপ্পি লালোই-লানকোক্সিং
পাথৌ মঙাল ফূং-ফূং ফাউ চীংন লেম্ন মায়থোংশিং ;
তগপ তগপ খিং-খিং লাউ নহা ওইবা লাল্লোয়শিং
শিস্তোঙ থঙনা থৌগাই পু পাংঙি শিল্লম হৈনা শিং ;
মীকিথীদি মীপাঙদঃ থুকচবনা তনিক চল

পুরি খোঙফম তুরোই থাং—
লাঙ্গোল-য়ানবা চোক্রব লাঙ্গোম্নিদ লেংদঃ চল
ঈগুবনি য়ুমদ পাং ;
উরুবদা তুহাইদো হায়নগনি হায়গনি
য়েকপরা 'সিবু হাই তো তো লেঁগ্রে লেঁঙক্ননি ।

অকন-মথৌ থুযেক্ত অঙকপনি অজাক্স্‌কী
অজাক্স্‌ মাগী মায়োক্ত অমুক ইউলিসিস্‌গী—
উনবদা অনী হেক কানরি ফুঁ কোকচাউবি,
ঙম্নহৌদে থাম্নবা হায়নরিয়ে শ্বাই লাউ ইস্‌— ;
অঙকপগী তুহাইনি, তারি মমি অজাক্স্‌গী
মায়থোংদ
লৈতাদবা অশাঙবা কম্মন মদোম চাকচবা,
ফ্‌দোক্সগু মপাঙ্গল পিশূম তম্ন নীঙ্খায়বা ;
ইউলিসিস্‌গীদনা তারি মমি থোঁগুনগী—
ঈংন মেঙনা মিংফম পু থুম্নি মবুক অশিংব,
কংননিদঃ নোকফেচ্চ উংলি লোঞ্চং ফজবা
লানফমদা
শামাম্নবা মকাদা করি উক্ত অশাউবা
লান্দ মকোক ঈঁলবা পাথৌলক্ত অথোইবা ।
অহিংবনি লোইনমক হিংদঃ হিংব অহিংব ।

অমুক অমরোমদনা লোইরি মতম লেমজবা
অহন মতম গুইরবা লেপ্পি নেষ্টর্ অথোবা
থৌগৎলিয়ে মখৌ শঙ গ্রীকী তেঙ্গোল অপুম্ব
লাঞ্জঙলমদাই শৈরেং শক কোরৌ-নোংদম-ঙম্মবা।
চেংলৌ মাগী মশক য়েং শমু চীনবাল লেঙনা উই ;
অরেং থুদিং চীনবাম, লেঁঙিবোইনা উরবা,
অহন-মতম-গুইবনা অমু' মস্তঃ য়াওরবা
কোইগী মপৈ খিবিক্ক রূপা মচু শীংনবা
লেঁঙি তন্ন হাইনা হুম—হাইদঃ হাইনা অহুম উই ;
সোর হোন্দোক হোঙ্জিনবু হোন্দঃ হোনবদৌনা উই।

লেপ্পি তেঙ্গেল পূম্বনা অকোয়বদা ময়া কা ;
নীংদ' ঙমদে উবদা তারি শং-শং ময়া কা ;
কামিন্ননা য়েকপনি লোইনা তেঙ্গোল অপুম্ব
পুনৈ 'হুবু মাযথোংদি অমগমদি লোইনবা ;
ঈরাইলৈম অমা ফাও শৈরাংলিবোই নীঁঙিদো
মীপুম য়ৈনা সুম্মবোই সুম্মবোইদো খল্লিদো ;
বাংন বাংন কোঙ্গায়'ম নেম্ন নেম্ন কয়া'ম
মরুম পরেং পরেংদ কোক্কী পরেং কয়া'ম
চোংদঃ চোঁথংলক্লি নীংব মীকোক কোঙ্গায়'ম
অঙকপগী থুয়েক্লি ঙকই তন্ন হেক্তঃ'ম।

কোক্ক কোক্ক ঙানরি খুৎক খুৎক য়েৎনরি
হকচাং হকচাং তক্করি কিরিক কিরিক ঈল্লরি—
থিনগৎলিয়ে অমনা মকোক মীগী শেগ্রাক চঙ
লুম্মি অমই মনানা মাগী নাতোন মাঙদা থং
তকখায়বিরক্ক অমনা নীংদ হল্লি চপ্প চপ
মমিৎ নমায় ইঙাং ঙাং
চপশিনবিখি অমনা অস্থুম অস্থুম চপ্পিল্লক
সোরনিদঃ তপ্প থিং গিরেপ্পিদঃ হাপ্লোইরক
হিংলবদি শরীসো ঙসিদঃবু হিংলবা
মীরক কৌবা তিল্লরোই শক্তি রাশক অকনবা।
মুংঙাইতবা অশাউবা খাঙনৈ 'মুবু তপ্প তপ
কিজ্জবনা তাহোরোই নেষ্টর মপাউ পাম্মুবা
তাঙমদনা তারবা ফঁঙমদনা ফঁলবা।
নক্ষত্রবদি শোয়রম্মোই শাউনরিবা ময়ামদো
থম্মোয়নিদঃ থিংন থিং পৈনরিবা পুম্বদো
রারোইনবা থাক্ক থাঙ।
কুক-কুক মচানিদি তা হাইরি তুরি তুহাইদো
খুয়েক পম্মেং য়োরবা রাখন চঙবা ঙাক্লিদো—
একিলিজ্জগী শক্তমদা উৎলি তারেল থুত্ত পায়
মথুক্তুগা মখোঙ নাম্ মফৈ নাম্ম কোক্ক মায়;
তারেল থুৎপায় অচুদা তারি মঙাল পাথোগী
পাথো ফিভম অপুনবা থম্মি শরুক রাখনগী।

লাঙ্গোয় চনখি লায় পন ফুদোরকইঙ হেক্টরনা
পাথৌনিদঃ অথোইবা ট্রোয়গী পুক্নিং লুয়ফম
লেপ্পি পয়েং পয়েং সা মমা ওইবী কাঙবুনা
মচা মচা মঙোৌ য়েং থম্মোয়গীদি চিন্নফম ;
লুয় লুয় মথম্মোয় তারি মমি সিপাইবা
মমা-ওইবী মায়খোংদ মচাই ঙুংশা থীজবা ;
লুজরবা পোচ্ছক্ত তারি মমি অমকপা
নীংথিরবা মায়থোংদ কারি লৈচিল জব্বাবা।
লুয় রাইচিন মচাগী লেপ্পি তশেং মমাশিং
য়েংন ম্রেংন অমম-ঙান মমি লাংব মায়থোংশিং।

ঈনা লৌথোং চেল্লিয়ে দর্দ্দান-খোঙবান্দগী হৌ
লানফম্লিদঃ অকিবা ;
তৌনা পোপ্প্রেক লৈরবা শীংন নাছই লোল্লবা
সিমবা তুরেন খোঙবাম্মি তায়শোঙনা উরবা—
চেল্লি ঈগী ঈচেন্দো ঈথক্লিদঃ তম্ম হৌ
ঈরাউখোল্লোয় অকি ফং তুরেন মাগী খোঙবাল য়ৌ।
কল্লে কল্লে লানফম্ম ঈনোংনিদঃ তম্ম কা
ঈপাল কম্ম ঈচেন তম সিমবা খোঙবাল য়ৈরু'ম্মক
তম্ম অমুক ঈহল্লক দর্দ্দান-খোঙবাল য়ৈর 'ম্মক
অকিবগী ঈচাউ ন অঙকপগী ঈহৌনি—
চেল্লি শং-শং অকি ফং ঈগী ঈচাউ জচোবা

তরং তরং মিংগাঙদা, নত্তে নত্তে অয়েকপা ।
তুহাইনিদঃ অঙকপা !
য়েঙ্, য়েঙ্, খুদিংদ থবায় ফুংফুংনবা ঙাক
উরু উরু খুদিংদ থাঙমদবা মিংন পাক— ।

খোঙদোইরক্লে ল্যুক্রেসি লায়ুম'সিদা তম্ন তম,
থিজরকই শক্তম্ম পোখানিঙাই মিংফম থম ;
উজৈ শক্তম কয়াদি তুহাইনিদঃ য়োরবা
খোইননিদঃ তাদবা অরা মমি অপাম্ব ;
মমৈথংদ উরক্লে প্রিয়ম নিংথৌ তুরিবা
পাথৌ পিকসু খোঙ্খা থা নাপল্লবা লানঙম্ব,
ঈঙাংনিদঃ পাক্তরু ঈমুনিদঃ পাম্ফেয়
পাথৌ য়াহিপ তম্ন তম মায়থির'স্থ নোংদম্ম ;
উরে অমুক হিকুবা অহন-ওইবী নৈমনি
মপুয়োইবা তুবা উ মুজা মুংবঁলবীনি ;
অরাবনা পস্থে অ পুন্সি-পোলোই য়োরমজাই
পুঙমদনা লেম্প্রিয়ে তনিক তনিক মথয়ায় ।

শাথিরবা মতমগী তমথিরবা খুংফম'স,
ফজবনা চোয়থখি লোইজরবা শকফম'স,
অরাবনা থম্মোয় কা কেমজরবা মায়থোং'স
তম্মি শরুক তুরিনা হিকুবগী শক্তমদা ;

হুরি কুয়োল থজাই'নী থুইয়ি পুনথুই মহুকচাং,
চপ্নি চায়রুং অনীমক চাঙি মশা লোইনা চাং ;
ঈখোংনিদঃ লোইনা কং ঈনৌ-ঈনোং তম্ম কাং
ওল্লে ঈচু সনা-ঈ চেন্নি মুনা শিংলিদা ;
ফজরম্ব মতাংদো মুজা-ওইবা পুজিগী,
কাজরম্ব ইচুদো সনা-ঈদা ঙংবগী,
ত্তাজরম্ব মঙান্দো ফম্বান-নাপ্ন য়াবগী
তাদ্রে মমি অনফাও মুজা-ওইবী শক্তমদা ;
থরায়দঃদি মুৎস্ত্রবা লক্লিনরি মশাদা
শিরবা—
থোক্লি মতম অরাফম লৈফংবগী কৈস্থমদা
মম্মবা ;
অঙকপগী তুরিনি থরায়নবা তুহাইনি,
য়েংলুবদা খুৎফমদো মিংফম করম হোঁগনি।

তাখি মিংফম ল্যুক্রেসি শক্তম'সিদা অরাবা,
লৈখি কুইনা মিংয়েং তা ;
তারি গুনা খুৎয়েক্ত অরা মপাউ লোইনবা,
য়ারা থোন্দঃ রাংপনি অভুদঃনি রাচ্চবা ;
থয়ুম মতিক চাউবদি নত্তে মীনি লায়েকপা
গুম্মুগনি করম্ম য়ারা থোনফম গাম্ন্বা !
ঙমজদেয়ে অত্নুনা লৈম মানা তমজবা

য়াম্বা খোনজম য়াক্ক থা তমথিবা য়েক্ক'পুম্ব ;
লৈম মাগী অৱা উ পোকখি ম্নুংদ অচাকপা,
সোনখি তম্ন ল্যুক্রেসি, "তমথিখিদঃ লায়েকপা,
শরুক্লিদি তম্ন তম অম্ক য়াম্বা অৱাবা
লৈম শক্তম অসিদা
হাপ্পমদবা করিম্নুং য়াম্বা খোনজম মশাদা ;
কন্মল্লিদঃ মথম্মোয় নুজা-ওইবী মকাদা !"

"য়াম্বা খোন্দম্বিদ্রবি নোংদমথীবি মমিও,
কার'থম্মোয় নপাউখোল তম্নি ঐনা লৈমও
অৱাবগী লৈয়েং খং খোনজম্লিদঃ তম্নও"
সোনখি মংদাম ল্যুক্রেসি নুজা-মখোল হিক্কও ;
"নুজা নঙ্গী নথংলেন নিংথৌ থ্রিয়ম নুংশিবা
ঈস্তাং পাক্তক খুংলাই চা হুয়েল লান্দ তুম্বিবা
য়েক্ক মাগী খোঞ্জা থা
ঈংজগনি মথম্মোয় অশোকজমদা য়েক্লিবা
নাদয়াইদি তম্ন তা ;
নীকচগনি মথম্মোয় পিরসুকীদি লংলিবা
নিংথৌ মাগী মকাদা ;
মুৎনৌ ঐগী ইপি তাং লৈবায়রিবা নঙ্গী ট্রোয়
কোৎনৌ মসিৎ গ্রীক্সিঙ্গী লৈচুরিবা নঙ্গী ট্রোয়

লৌরো থাঙসে লৈনও কল্লো তন্ন নশাইগোল
সনা-লীক্লাং চোইহ্নিব' থুল্লো মুজা চরৈ খোল !"
তাজৈ মতোল ল্যুক্রেসি থম্মোয়নিদঃ তন্ন শোক
লৈম্ন মগি য়েংন য়েং য়েক্লম্নবা লোইনা শোক ।

কদায় নঙ্গী মুপীদো ওক্লবীদো শাম্নমচৎ
মুপী মাগী মহাকথং লৈবাক কাং-খোং চাইহ্নিবা !
শকফজবী লিন্দাউবী ঊরাংবাইদি ব্রারমচৎ
খোস্তুৎকেনে মশক্তো ফজৈ হেলাংনজবা !
করি থোক্লে প্যারিস মীতু নংন মিতারু
মীশাউ লঁঙু নহারু কারি ট্রোয়না মৈশাউ পু ;
মৈহৌরুরে নশানা য়োচৈচ কান্ন লম্নাল্লু
মৈচাক্লরে নশাইগোল মরোম্নিদঃ লোইন হু ;
লাল্লুনিঁঙাই মিৎয়েং'ম তুরে ট্রোয়না মকু হু ;
তৎলে লীক্লাং, চোইরে লীকথাং, ভক্ষা মাঁলে লীক্লু ।

খিরুবনি মশাগী মুঁঙাইজবা মরোমদোম
চেম্নহ্নিবা কন্নিগী অন্থক য়াম্ব মীপুম খোম !
লক্ষৈরুরে কনা'ম রাজসমু মরোমদোম
অব্রা-কোকথোং লুদা থোং করি পুনি ময়াম খোম !
মরাল লৈত কন্নিগী মরাল শরুক য়াগনি
অমহৈ দমক ময়াম্ন করি চৈজানগনি ।

নিংথৌ প্রিয়ম তুরিদো হুয়েল লান্দ থবায় থা—
সনা লীক্লাং অহেনবা ট্রোয়গী তংলে চোইনা তা ;
মপুরোইবা তুবা উ কপচরিয়ে হিক্সুবা—
লৈখোক তেক্লে লৈরাঙ্গী কয়া কুইনা থাঙ্গবা ;
তুরে হেক্টর লৈমায়থক পাথৌনিদঃ অথোইবা
পাথৌ মাগী খোঁগুন মাঙ—
তুরে উজাউ য়াহিপ তম চাউদম শাংদম লৈমায়-থক,
লাউরি লালাউ ট্রোয়লসূনা লাঁঙম-ঈরাং-হেদৌথক ;
তম্মি য়াহিপ মরুপ্ন মরুপ্নিদঃ নাক্ল থা
লানগী ঈথোং তম্ন লাং ;
থম্মি থাঙফম লান্নখি মরুপ'মনা মরুপ্ত ;
মীগী মুপী মিতাক্ল নীপা'মনা ঈথক্ল
তারি ময়াম অবাবা মরাল লৈত মশাদা ;
মচা বারক হৈরবা ট্রোয়গী মপু প্রিয়ম্ন
মিতাঃ খোঙফম মচাগী খিঁলম্মনা মহাক্ল
ট্রোয়গী মিংচৎ মাঁঙম্মোই তোম্লোম্নম্মোই কদৌম্লুং
থাম্মী মৈরায়নহুনা, ভাল্লমগনি মতমুং ।
ট্রোয়গী মপাউ তুরিনা লায়ুমথক্ল তারিবা
য়েঁলুবদা ল্যুক্রেস শোক্লুরবোই মথম্মোয়
শিন্তখিয়ে মিংকী পি, ঙমজখিদে শিন্নরোই—
ঙাম্মি করম মিংকী পি মুজা মানা থামজবা !

শরীক মখোয় অরম্ব কয় 'মুক্তং হাইগ্রবা
য়ৈজ্জে মদোম হৌনা হৌ শরীক্কুংদ হাইনা হাই
লোইজ্জে মখোল ঈংন খোম অরোইবদা ঈংন হাই ;
অরা মিতয়রিবা খুংহৈবগী খোরিনা
মচুনিদঃ লোক্লবা তুরিগীদি তুহাইনা
খোন্দম্বীরি শক্তমশিং লৈম লিউক্রেসিনা
হিক্ল হিক্ল কয়া কপ মুরুগ মুরুম কয়া সোল—
শক্মান্নখি অস্থুম 'স্থুম তুকথজরক সোম্ন সোল ।

কোয়না কোয়না অস্থুম য়েং লায়ুমহুগী মমুংদ
শক্তম খুদিং তেংথাবজ্জে পিদোম্ন উরবা ;
মমৈথংদ উরুরে শক্তম অমা য়াইথীবা
য়োহ্লিং-ফলাং-চল্লবা তমবা মাগী মশাদা—
মিৎফম্নিদঃ তুথনা পিদোল্লবা মিৎয়েংন
য়েঁলি তম্ন ফ্রিজিয়াক য়াউরোই-য়াউশেল-কাংলুপ্সিং ;
রানা-রানা মবুক্কুং তারি মঙান নুঁঙাইবা
মগায়দা ;
থাঁলি মখোঙ খুঙ্গঙ্গী লোয়নহুনা মীপুমশিং
কোম্নুংলোমদা ট্রোয় ;
মতৌ মাগী উবদা ঈংজরবা মশানা
অবা' কৌবা চঙদবোই থয়ে তম্ন অঊ'শিং
মবুক্ত,

য়েংনৈ মাবু চিংনচিং মতৌ'হূদা মীপূনশিং
মিৎয়েং তোয়না তোয় ।

হৈনা তাবা শক্তম্মি খুৎহৈবনা লৌশিং তৌ
মম্নৌ তৌনা য়েক উচ্চরবা কয়া হৈনা লো—
লৌনম-পুকচেন তম্ম থুপ উৎলি মতৌ অতিংব ;
ঈংন উবা শকফম্মি মিৎফম পিদোম্নজবা ;
হাপ্লি তম্ম মতীংদি অরা মায়োক য়াবদা
উনবি পুক্নীং হুন্দবা ;
ঙাঁঙি হায়সি ঙাংদবা তাই হায়সিনা তাইদবা
হৈনা থম্ব মচুনি মচু অনী তিম্ম থা—
মমায়নিদঃ তম্ম ঙাং লাল্লুবগী ইকাইথাং
নত্তে লাল্লে তাক্কনবা ;
লৌনম্বগী হৌনবা মমায়নিদঃ তাইনা লাং
নত্তে থুক্লে তাক্কনবা ।

ফত্তবনা শিঙ্গাং ওই করি নাচুঁ লুপ্রবা
মরাম্লিদঃ লায়না থুপ মমায় লোংন পুঙম্ব
অচুম্বদি তম্ম সা মীগী পুক্নীং সুমঙম্ব
কল্লক-য়েংথিবনা ফাও চিংনবদা ইকাইবা
শক্তম্লিদঃ তারিবা ;
লাল্লমগনি থনবদা কল্লকপনা বারবা

লম্ভলমগী নি খনবদা য়োংথিবনা থুক্লবা
শকফাম্লিদঃ য়েক্লিবা ;
নোংথাংদবা ভিয়াদা কিনি কনা তানি নোং
লাইনীংবদা শেঁলবা চিংনকুনি করি নোং
চৎলমগনি ফন্তবা ।
শকফম'সিনি তারিবা তনবা মাগী শক্তমদা
খুংহৈবনা মম্বৌ তৌ পুথোক্তুনা লোইনা লৌ ।

কনা নক্তে শক্তম'সে মরৌ-চাউবা সিনোম্নি—
তনবা মাবু থাজক প্রিয়ম নিংথৌ মাণ্ডবনি
লৌনম মাগী মম্বানা শজিবু লাকয়েন মৈবাউ চেন
লমজাউ মৈরা তম্ম চু থাখিবনি মৈরম চেন
নীংথিজবী ইলিয়ন চাউদম্ব র'ংদম নোংদোল খোন
তিয়া মাগী শকয়েং শুই ভাঙ্গম্বম্বী ট্রোয়ী কোল ।
তিয়া-শুংব থবানগী কোম্মুং মানা শকয়েংনি—
খাম্বী মৈরা মৈচুনা উংপুং শুইনা ভাজৈ
থবাল কয়া মাঙ্খিদো শকয়েং মাঙ্খ্রে থিক্তৈ
মশামম্ম অতিঁঙা মহাকথজী কল্পনি ।

য়েংজথিয়ে ল্যুক্রেসি য়াথম্লিদঃ তৌনা তৌ
সিনোন মাগী শক্তমদো—
খনথি মুজা পায়মম্মুং "শোয়রেদঃন খুয়েম্মে

শোয়রে শোয়রে 'সিমদি ফনা থীনা শোয়রে'সে ;
শক্কী মফজ'সিদা করি লৈফম থোকপা লো !"
ভাস্তুম মুম্ম য়েংশিল্লক উথি মতৌ অতিংব
অচুম্বগী মঙাল লাং অাঁপবনা নাথৈবা ;
থনখি তম্ম পায়মল্লুং "লাল্লে শোয়রে শক্তম'সে"—
থোক্কে লৈফম করিম্লুংদ শকফম'সিদা মরৌ
হায়গে তৌজে মুজাদো—
খুদক্কুদা নীংসংলক টারকিনবু পায়মল্লুং
থৈখি তম্ম মরোন্দো,
"থোক্কে খঁঙি লৈফমদি মরৈ'ছুবু মালংল্লুং
তৌঙমদবা লৈতবা মান্দ মান্দ মরৌ তৌ"
লাকখিবনি সিনোন্সে প্রিয়ম নিংথৌ মফমদা
মশাই মচু তম্ম লোং শকফম অমা তম্ম পু
অসাবা
ঈংজরবা তপ্পবা চোকথরবা রারবা ;
লাকখিবনি টার্‌কিন্স্‌ মুজা-ওইবী ইকাদা
মপান্থোংদ তিংব সা মবুক্কনা অমা পু
অমাংব—
মুজা ঐবু মথূং চন থুঙ্গে মবুক অসাংব ;
সিনোন মাবু থাজরু মাখ্মি প্রিয়ম মাগী ট্রোয়
ঐনা টার্‌কিন্‌ থাজরু মাঙজবনি ইশাই ট্রোয় ।

'য়েঁউ নিংথৌ প্রিয়ম শিন্থৱিবা মিক্ত পি
উরুবদা সিনোনগী তাশিন্নবা গিংকী পি ;
পাঁউদকো নিংথৌরেল, করি অচুক পাঁউবা
অহল ফনা মওইরে করি ৱাখল থেল্লিবা !
মাগী পিরিক খুদিংন কোল্লি ট্রোয়ী অমমম,
য়েংঙু ঈঙাং পান্ত্রুক্ক তুরি নৱোয় অমমম !
ঈরা নক্তে মৈরানি শিন্থৱিবা মাগী পি,
লিক্লাই মতম ইৱং লং শিন্থৱিবা লৌনম পি
মতুম মতুম মমিক্ত
তরঙ নক্তে খঙ্ঙুনে মৈবুম্নিনে অমমম,
মৈৱায়ৱরে মিকুপ্ত
নিংথৌ নঙ্গী নশাইগোল তারগনি উৎপুং ওই ;
করি অচুক পাঁউবা অহন-মতম অচুক ওই !

অশিকোন্দে অমমকোল ফংনৈ পাঙ্গল ফক্ত'শিং মাগুম ;
ঈংশিননা অচুনা থিক্লি সিনোন মৈরীক্লিং লৌনম ;
কাঙ্লি তম্ম ঈরীক মা মবুক্তগী মৈরীক্লিং ;
পিরিক মৈরীক তুনা কোল সুমৈ তুররিংবশিং,
চমৈ মথুৎ লৌনমশিংন থাঙগনবশিং ;
তাশিন্নরি মিক্ত পি চতুম চতুম সিনোম্ম,

পিরাং মাগী তম্ন উ পঙথরিয়ে প্রিয়ম্ন ;
লম্নৌ হৈনা লম্নৌজ শীল্লি মৈচুনবা ট্রোয়,
মাঙবা তারি প্রিয়ম্ন পাম্মুরবা মাগী ট্রোয় ;
পুঙমদরে মথরায় লৈম লিউক্লেসিদো
ফাঙমদরে মবুক্ম, মুজা লাইবক-থীবিদো ;
টার্ কিন্ মাবু নীংসঁঙ্, মুজা-থরায় প্রোক প্রোক চাক,
কোক্কদোবোই নীংবরা থম্মোয় মাগীদি মৈচাক
শেগায়রকই প্রো প্রো খোং সিনোন সাগী মশক্কম
মখুজিন্ন খঙহৌদ ;
ঈঁঙ্গনি করম্ন নীংসংবদা মশক্কম
মুজা সাগী থম্মোযদা !
মহাকথংনি যুঁলিবা লোইশিল্লগে ইপুন্সি
হঙ্গোইরিবা হিংবদা পাম্মু পাম্মু মপুন্সি ।
নোক্নীঁঙক্লে মমৈদা মদোম্নিদঃ মরোমদোম—
"নাবা ফাওনি নত্তেকো লৌনম মাগী মশাদা
অরা কোক্লি হায়বম্নু নত্তেদকো ইশাদা ;—
পাঁন্ডিদকো শরীশো" ! নোকফেচ্চথি মরোমদোম ।

অরাবনা অস্থম্ন ঈকা-ঈকুম শারম্নি
মুজা-ওইবী থম্মোয়ম্নুং ;
শানৌ মাগী তেংথা তা মতম মাম্নু হম্নম্নি
বাংলৈ মাগী খোঙফম্নুং ;

ঙাইরি মুজা য়াচঙব, নোংজা খোঙদোই হুল্লকপা
ঙাইঙমদনা লকান্নুং ;
থল্লি অমুক নোঁঙানবা চীথৈ ক্ষিতুপ হুল্লকপা
থাঁঙমদনা পায়মন্নুং ;
চন্দ্রবোইদঃ নীঙ্খরে মতম মাগী পুংফমদো ;
থাংদবোইদঃ থনথরে বাংলৈ মাগী খোঙফমদো ;
অরাবগী পুংফমদি শাংদোকপোইদঃ মনী ঙি
ঙাইঙমজদ পুক্নীংন,
খোঙফম কায়দ চংলিবা মতম মাবু মথল্লি
থাঁঙেদনা খৌঙইনা ;
পুথৈ অরা-কোকথোং লুদা থোং চঙদে তুম্নীংব
করিন্নুংদ কদোম্নুং ;
চোক্ল চোক্ল মিশেল থাঙ থোমজৈ তম্ন অরাবা ।
মীকুপ খুদিং চৈশীং থা মতম খোঙফম ঙাইঙদ
থল্লি ফমশিংনরবোই য়াইথীবনা মকাদা ।

ঙহাক পুঙ্গোয় কাউরুরে মতম মাগী অরাবা
অরাবগী মপাউ তা লায়ুমথক্ক তারিবা
লৈম লিউক্রেসিদো ;
অরাবগী খোঙফমদা উক্লরগা অরাবা
মশাই অরা তম্ন কাউ কোকথোংনিদঃ পুনা পু
অরা-মুঁ ঙাই অতোপ্প রাথল অমা তম্ন পু

ওহাক তম্ম পোত্থানৈ থম্মোয়নিদঃ অৱাবা ;
খৱদঃনি অচুবু খজিক্তঃনি কোক্লবা,
পূমকোক কোকপা নম্ভেদো ;
ঐদ নত্তে মীসু রায় 'সিনি ওহাক য়াঁলুবা ;
'চুবু হুন্থরকপদা অচুস মৱায় অৱাবা ।

হল্লক্লে হৌজিক্তি থুনা য়াওনা থৌগনপাউ,
উরে লাকপা মবুঁঙো মরুপ মপাং লোইনা য়াউ ;
চরৈ ফীমু তম্ম হোং অৱা-ফীজোম্মরবী
মিংসম্না-থম্বাল অনীদা পিরাং-পিকম্মরবী
মপুরোইবা লাকপা উ থম্মোয়নিদঃ থুক থুক লাউ
শিন্থজাখ মিত্তু পি খল্লুবদা খ্বায় লাউ—
লোইরে ওসি কৌব নোং পাম্মু মাবু মাওদা থা
মুংশি-থোঙফম্মজবা মুজা-ওইবী পুন্সিদা
নৌহৌ নৌহৌ তরং হৌ মিংসম্না থম্বান মকোয়মুং—
থাল্লি চুমথাং নেম্ম হৌ খঁগোন তিয়া মকোয়মুং :
নোংহৌ নোংবাউ চেল্লিয়ে লাক্লগনি মিকুপ্পু,
হিক্লি থম্মোয় পাথৌগী "উরবোইকো কম্বিমুং" !
মশানৌগী মায়পোং উ থম্মোইনিদঃ থোম্ম চাক
হায়ফম খঙদ করিনো য়েঁলি পাথৌ লাক্ল লাক ;
মিংসম্নানদঃ মুজাগী পুমজে পিনা কদৌনি,

তাম্বি ওাঙনা ঈথেং কাপ পোম্মি মিংফম লোইনা হৌ,
ক্বুচুনিদঃ অপানবা মিহৌনবা ইনৌ নৌ
তাইরে পূমতাই ৱাবনা করি অমুক হায়রুনি !
ওনজখিদে মথংলেল শম্বু ময়া তম্ব কা
পাউহংজবা হংনীংন কদৌরবা শানৌ কা ;
থেংনবগুন মরুপ'নী থাজদনা লমদম তাম
য়েংনবগুম মুম্ব মুন ৱাঙাওদনা শকফম লাম
য়েঁন্নি থংলেল শানৌ কা থম্মোয়নিদঃ পুঙমদ,
য়েংজৈ শানৌ থংলেল কা চিংন চিংন নীঁওমদ ;
হুঁওমজদে ৱাফম'ম পাম্মু মানা মুংশি কা,
হায়ওমজদে ৱাহৈ'ম মুংশি মাম্মু পাম্মু কা,
তিঁওক তিঁওক লেপ্পজৈ পাম্মু-মুংশি অনীদো
অৱাবনি অৱাবা য়েঁঙ্বদা মতৌদো ।

মুংশি মানা ৱাবা উ পাম্মু মানা খাঁওমদা
খূবাং মাগী তম্ব লাল মুংশি-খূজেং পাম্লোই চল
য়াবা থোনফম নীরু নীক চীঙ্গোয়জৈয়ে মুংশি কা—
"চীম্লোক্সি চাম্নবি, য়েঁউ মায়থোং ঐঙোন্দ
অম্বা করি তুরৈ চল মুজা-থম্মোয় তনিক চল
তনিক তনিক নহকচাং লেপ্পি করি মায়থোং কা !
থাম্বি করি নৈশা লাং মায়থোং-লৈরাং লৈমন চল
শীঁঙেল লৈচু ওম্লিবা হায়যুগবা থংলেন কা ।

অরা-ফীজোম্নরিবা মিংস্না ঈরা তম্ম চল
মুঁঙাইতবা করি লৈ তম্মু মুংশি য়াম্বাখোল !
লৈরিদনা নদাই ঐ করি ৱাবা মুংশিবি,
কোক্কনিনা অম্বাবা থৱায় কংনা চাম্নবি !
মুংশি নংবু তাবরা চীম্লোক্লসি য়েঁউনে
মুংশি নংন ৱাবা উ পুঙগদরে থৱায়'সে
তম্মু তাসি নপাউখোল মুংশি নঙ্গী য়াৱাখোল !

হঙ্গং য়েংলগ মথংলেন মুংশি মপাউ তম্ম তা
পিদোম্নবা মিংফম্ম মালেম লৈদা তম্ম ভা
নিংদোম্নিদঃ পুনা পু সোর পাবোং শাংন চিং
ৱাহৈ 'মত্তঃ কঁাঙমদা তমজরগে নীংন নীং
তনীক তনীক মহকচাং লেপচরকই মুজাদো।
কাঙজরগে হোংনবা অহুম্নক্তি অহুম্নক
থংখি সোর মপীনা থঙহৌদনা ফুদোরক
লেপখি রাপুং ফাদনা থেঁখাং খুদিং তম্নমক ;
পিরোয়ননা মমৈথং মতং মতং লোইনমক
মীরাল-পোংপু থাঁঙ্বা করম মুজা-চাকহেম্ন
নোংদম মাগী নোংদমখোল লীজরকই মুজানা
তাখি ৱানা থম্মোয় ফা কোলেটিনস্ অথোবা
লোয়নরকপা মহাক্ক রোমক-নাপল অপুম্ব ;
শোক্লোই থম্মোয় কনাগী তাক্লবদা মপাউদো

অকচরিয়ে কাংঙনা হিকথ হিকথ কপ্পুংশি
লাইজজুংদ চেক্লাকোল পোলোই-শৈরাং শৈজুংশি—
লোইবা ৱাবা ৱাকপ্পি ৱাহৈ অগ'নীদঃন
লম্ভরিবা মুজা কা নোংদম-থীবী ওইবনা ;
মুজা ইরাল শেংবদি য়ারোই থর'ত্তুদঃন
পাম্মু নংবু শাবরা তাউনে মুজা ইপাউখোল !
ৱাক্নৌজেযে পিরোয়না মুজা মানা মপাউখোল ।
য়াগথবেদঃ অরাবা হুকথরেদঃ চৈনাখোল
ঙমগদরা ক্ষোড়জবা মুজা-ওইবী ইপাউখোল !
শমু লৈযেং য়াইথিবী হিকচরবী অৱাখোল
ঙমগদরা তমজবা লোইনা মুজা ইপাউখোল
ঙম্মরোইকো পাম্মুব, লৈয়েং মানা করিজুং
অৱা ঈরেপ থেংন তম লীজবদো ফনজুং !
তেনখি মতম মহাক্ক মৱাংললনি তম্বদো !

পাম্মু নংবু তাবরা থংলেন নঙ্গী খুদাপ্পক
লুংশি নঙ্গী যাতাফম ক্যায়গি গোন্দুম গোল্লেম্বক
ফম্মানথরে লুংশিব, মীয়ান'মনা নম্ম চঙ
থল্লু মতোন তাবদি লুংশি নহাক নশানা—
ঙাউজিং মহাউ ভঁলুনি নত্রা নম্ম হানা তং !
মাঁলবনি ননাউ ঐ লাইগী নোংদম থীবনা !

নোংয়াই চবুক লোল্লবা তাংলৌনিদ: থেঙলবা
পুঙ্গোয়দনি মম্মবা ;
রোমক থাঙলেল লেংদ থোং থাম্বি মৈন্না মাঙদা থা
অম্নোন-খোঙদোই তম্ন হুন লাকখি মীপাল কম্লানবা
ননাউ-ওইবী ঐগী কা ;
লংভি থাঙনা থক থক লাউ ঙাল্লি মৈনা পুম্নং লং ;
"রোমক চম্ন হৌগৎলু হৈরাং নিগে লাক্লিয়ে,
চানীখ্রেদ: শরীশো লাইনা কুনি শোয়রোইয়ে ;
তাউজিং হৈজামিন্নসি, হরাউ হরাউ মুংশিনা,
হৈরিক্লবা ঐগী কা তম্ন তম্ন নহাক্ল
নয় হানা হৈরাং চা লৌনি তম্ন নথরায়
শগোল্লোয়দি অমা কা লৌনি সিদা মথরায়,
কমদিন্নউ থেনক হাংলি ঐনা নৌবানী
চেম্নি নপাউ অমকপা ;
লিকই নংন কদৌনি চাগদৌবা মরৈরে—
চাম্ন চাবা ঐগীনা মিংকম্লিম্ন কজবা
মাঙম্ন মাঙবা নঙ্গীনা সিংদা:নিম্ন থীগৌবা
থম্মৌ তিল্লাং থকয়োৎন মুংশিনসি ইবানী,
নংন বাথল লৈরবা নদাই ওইনি ঐহাক্লে
কায়রোই কজ নঙ্গী কা !"
হায়রৈ অমুক কিবা উং অমুক থেম্ন নৌনা থা !

কপ্প নংত্ন পাম্মুবা কন্নি তৌনি ননাউনা,
কজৈ ইশা কদৌনি মুজা-ওইবী শয়েংন ?
তনবা মানা শাথিবা শমু থাজা থাঙদোন নম˝
˝লৈয়্ তুমিন হায়ব্নিঙৈ য়াব্বা নথোন তম্ম নম
নত্রবদি শরীখো, নয়া ফীবুন তম্ম চল,
শগোল্লোয়গা নহাক্ক ফগদিন্নৈ হাংপনি
লিউক্রেসি হায়বীদো ওকথিত্রবী মুপীনি
চেপ্তোকনি ঐহাক্ক রোমক-লৈবাক শন্নাশল'
শকথি ব্রাশক অকনবা মমিং শুক্ক লুব্রাক য়েং
চাগদোশুম ননাউদা, থুকথি থম্মোয় মাবু য়েং !

ননাউ-ওইবী ঐহাক্কি মুজা পাঙ্গল-শোনবীনি
তনবা মাদি শীঁঙিবা মুপা পাঙ্গল-ফবনি ;
হিঁঙে কদায় মাংলনি মুজা-ওইবী ইহকচাং
শিরে কদায় মাঙলনি ওক্ক-শীংদ তম্ম থাং—
মুজা-ওইবী ইপোক্কি শোম্ম নৌনা পোকপনি
তনবা মাপী মন্না তা পাঙ্গল পুম্মাঙ মাঙবনি ;
লৈয়েং খংপা পোকথিদে কন্নি অমুক তৌক্কনি,
চঙস্থ চঁঙোই অচুম্ব খংলুহুনা কদৌনি ।
'ফজবনা নশক্কম ব্রাজবনি নরম্মাই,
ফজবন্ন পামদবা মীদি থম্মো লৈত্রা লাই'

থওজিনখিয়ে মরাল পুম খুজা কাদা ইরায় লায় ;
লাপ্প থমখি মুন্দুনা ৱায়েনবগী ৱায়েজৈ
ৱায়েন চৈরাক লৈখিদ মাওজবনি লানকা ঐ !

করি ঐনা হায়দৌবা মওং'সিদা পাম্মুব !
তাদে খোঙুন মাঁঙে ঐ খঁত্তি 'সিদঃ মুংশিব
মাংলে হকচাং অসিদি ঈমাংনিদঃ তম চঙ
পুক্লীংদঃদি শেঁজিকো পাম্মু নঙ্গী কাদা লেপ ;
তনবা মানা হৈজাঙে পুক্লীং মানা থোয়না লেপ
তোম্মখিদে করিমুং মিকুপ'মক্তাও ঈৱাং চঙ ;
পঙথখিদে করিমুং থাজো ঐবু মুংশিব !
পঙথকমদি থোকপনা থাজরোইকো পাম্মুব !
খঁাঙে ৱানা থরায়'সে মৈশানিদঃ পুঙমদ—
মথোক লোয়বা ঊনা ওই কেন্সি কদায় কেনঙমদ
মত্তম্নিদঃ খর লৈ, কেনখিমুসি খঁাঙমদ
মতাংনদি তম ওই, ৱারে মৈশা পুঙমদ
তনবা মানা হু-কাম্লম থরায় মাগী মশাইগোল
হুগী মৈনা চাক্সিল্লক মিকুপ খুদিং থোম থোল !"

য়েঁঙু 'মুক্কঃ পাথৌসে, থম্মোয় কয়া শোকপ্রবা !
ফম্মি মিংফম লৈদা তা লম্লোনবদা লম্মাঙবা ;
হায়ফম থঙদা করি'ম শোকশিবনা মথম্মোয়,

তৌকম থঙদা পাম্বোম ইন ফম্মি'সে ভরোই ভরোই !
থম্মোয় কায়বা তম্ন মেন অরেম্বদা হোংনরি
পাউথুমজগে নুঙা ফা ;
শোকখিবনা চরম কং থংলু কৌবা য়াদরি
লৈয়েং মানা লৈখোং ফা ;
অরা-সোর পাবোং লোল মদোম তুমিন মদোম্মুং
ফম্মি য়েঁঙ্ মায়থোং কা চাকখিবনা থম্মোয়নুং !

ঈরাউখোল্লোয় লাইজনা অকি' ফংন ঈচোংলক
ঈথোঙনিদঃ থক্ত লাল, তম্ন অমুক ঈহল্লক
তুখুন তানা চেনবগুম পাথৌ মাগী মিংলু থুম
তরং লাইজ থংহৌ হৌ ঈক-ঈক্রিদঃ ঈথোল্লোয়
তাকচরিয়ে অমুক হল উম—খোম্ন তম্ন লোই ;
মমিং অমুক ঈকারি থঙহৌদনা মিংখোঙ থুম
থক-থক থক-থক মহকচাং অশাউবনা লুতোল কা,
শোয়খিবনা হানগ্রে থল হৈম্তে তম্ন অমুক উম ;
লেল্লি হিংলেল অচুবু অবাবনা হোরায় সা
পাথৌ মাগী থম্মোয়নুং, থাঁঙিরানা খদাং চীক
থম্মোয় তম্মায় তাশিল্লক অস্থম অস্থম ইহিক হীক ।

মপুয়োইবই মতৌ উ নুংবঁঙবা য়াবনা
ভাজৈ মথা মপাউখোন নোংদম-খীবী নুজানা—

"লুংশিবিরি উজরে পাম্মু নংন ননাউবু
করি অমুক হায়সিগে লুংশি কাদা ননাউবু !
নোংদোল লাইজ ঈতারক ঈনোংলেনে ঈচাউবু,
ঈথরুরে অরাবা পুঙমদরে ননাউনা
মুৎলুগবা মৈচাক্লে পাথৌ নঙ্গী পাঙল
চাকথেক্লবা ননাউবু থম্মোয়নিদঃ খোম্ম খোল,
থকচগেবা মিংকী পি পাম্মু নঙ্গী নপাম্ম
থম্মোয় খোম্ম ঈহৌরক পাথরিবা থরায় খোল !"
"পাম্মু নঙ্গী শমু মাঙ কপাচরিবী লুজা ঐ
লুংশি নঙ্গী নখোঙ কোল পুন্সি-হেদৌনজবী
লুংশি' নপাউ অমা তা কোরো-হেগোইনজবী
ননাউ লিউক্রেসিনি পাম্মু নঙ্গী থুখা-হৈ !
শিংঙু লম্মল লোয়ুম্ব হৈখোঙনিদঃ লোম্ম চঙ
তাউজিং হৈফোয়ননা হেক ঙম্মি মতা ঙংন ঙং
হৈরাং নমজানখিবা লৈরাং নমজিম্মখিবা,
তালোয় কাদা তম্ম লঙ থংলোল কাদা লজ্জিবা !
হৈপু ওইবা নঙ্গী মাঙ থোক্লম্মবা থৌদো'সে
ঙাক্লমগনি হৈখোঙ লেপ থংলেন নংবু লুংশিব !
লোরোই য়াইবি করিগী হৈরানবৈদ হৈখোঙ চঙ
হৈফোয়ননা হৈরাং হেক হৈজাঙৈদা নম্ম ঙং !
রায়েন চৈরাক লিকফদে খঁঙু নংবু পাম্মুব,
অরান মথৌ শঙবদি লৈবাক মাঁঙি অথৌব !"

পাথৌ পন্নেং কম্মিবা মুজা মানা লৈন য়েং
চীজোয়জৈয়ে পিরোয়না পাথৌ-থৌনা তন্ন থেং
“পাথৌ-থৌগাই অথোইবা মুজা-ওইবী কনবনি,
পাম্ব মাবু পাল্লোই চল য়ারো শক্তি কনবনি ;
কজ লোকুং ভাকপনা পাথৌ নথোই নথৌনি ;
পাথৌ নথোয় লৈবনা লৈবাক ঈংন পানবনি ;
অরানবৰু চৈরাক পী অচুম্বৰু য়োকপনা
নপাঙ্গম লৈবাক য়োক পুন্সি থোঙকম্নবনা
পাথৌ নথোয় খিবিক্কী লাইনা থাবা নশিঙ্গি
বাশকপীয়ু মুজা কা অন্না ঐগী কোকপীনি ;
পাথৌ শরী হান্ন তা ভাকচগেনে তনবদো
মুজা-ওইবী ইমায়থোং তমথি-হামুক নম্বদো !”
মুজা-ওইবী মপাউ তা থম্মোয়নিদঃ হিক্লবা
পাথৌনিদঃ তিল্লিবা বাশক্লথি অপুম্ব ;
“হায়ু তাসি নীংথিবি, তনবা মাবু কনানো
রোমক-শাগৈ চেম্ববা ঈমাং মাবু করিনো !
লৈরি ঐথোয় অপুম্ব তৌনি মতিক চপচাবা ;
থয়ুম গাবু মাঙদা থম লেপ্লে নঙ্গী নকাদা
হায়রো মমিং তাবসি তনবা মাগী ঐথোয়দা !”
হায়জনীংব মশাগী বাংলম্বোইদো থম্নদং
তনবা মাগী সিংথৈ থম তাজৈ মতোন মুজানা—

"তাবিসিনে পাথৌশিং, কোকচগবা করম্ন
মুজা-ওইবী ইমায়থোং লাইগী নোংদম থীবনা
মুকফন্নিদঃ তাথ্রিবা নম্ন পাঙ্গল শোনবনা
পাযম পুকচেন চাউবনি তাকপীসিবা অম্নুক্তঃ !
অকিননা খুরৌ চল অথুকপনা লৈয়েং ফা
থোকখিবনি অৱাব মুজা-ওইবী ঐগী কা
খণ্ডবিরেদো পাথৌশিং, কদায় ফাওবা লৈরবা
মুজা ঐগী ইরাম্ন খস্তবিসি অপুম্ন !
শমু হুকচাং মানা কোন মাঁঙগত্রা পুক্নীংসো !
মাঁঙগত্রা ঐবু সুম খণ্ডনীখ্রেদঃ শরীসো !
লাইজ ঈরোক যাইচাবা শেংদরনে অমুক হল
মাঁঙগত্রা ঐহাক্তি মপোক্নি'ম অস্নুম মল।"

মুজা-ওইবী মপাউ তা হায়নরকই ময়াম্নক—
মশাদঃন মুকচাবা চাখিদেনা পুক্নীংদে,
মাঁঙবস্ন মহুকচাং শেংফম থোকই থম্মোয়দে,
চিথখিদে অমস্তঃ হায়নৈ মীপুম খুদিংমক।
অসোমদনা মুজানা অৱা মীনোক তম্ন নোক
মাযথোংনিদঃ মুনা কা তারা-নৈশা লাংমনখি
মিংফম্নিদি মুনা খাম কণচবনা হেম্নমখি
তাজ্জে-মতোন মপাউথোল থম্মোয় মাগী য়ৌনা শোক-

"'তুংদ লাকপী মুজাশিং থাঁও, থোঙকম অমম্ব
মমুক-থোক্পা করিমুং
তম্মরনি ইংতৌসে মশাই মরাল কোক্পবা
মাঁনা মাঁনা থম্মোয়মুং
চাকহেঞ্জবী তম্ম সা—থোক্লমনি মাঙনব !"
মতাং অসি য়ৌবদা অম্না-সোর তম্ম চিং
পঞ্জরকই শিংকমদো, পম্নিংদবা মিখৈদো,
পল্লুবদা মতুমু থম্মোয় কায়বা কোলোয়দো,
টারক্লিন হায়বা মসিংদো তুক্কচবা মিংচম্নো—
থৌগংনখি মথম্মোয় থাখি সোম তম্ম থিং ;
মাননিদো মাননি লেপ্পি সোর থবেং চিং,
মাননিদো মাননি লেপ্পা অম্মুক পীগুম শুক,
শীনবনিকো মহাক্ক মারিবসে ঐনা শুক,
হায়না হায়না থাঙথুম শং সোরনিদঃ তম্ম থিং
মুজা লইরে ফীরাক থাম্ন মরাল লৈত লৈদা তা
মালং চৈথা থাঁওমদা ওম্ভবগুম লৈমায়দা
উকা তাংবী উরীনা তলা উকা তম্ম থা
তুরে মুজা লৈমায়-থক মনা লীক্লাং চোইনা তা ।
কল্লে মুজা মথম্মায় কেমজরবা কানা তা
থম্মোয় ফীরাক থোঙলম য়াল শমু থুংন থাঙকম তা
তমথি তমথি থাঙকম্ন থল্লে থম্মায় মথোয় লোম্ন
কৈদুমুংদ অমাংব থাঙজরম্ব ওম্ন থোই ;

চেক্লা মতম মতু খিং শাগন তুফাং তম্র থপ
পাইজথরে নোংদোল তম ;
ফুইনা হোনবা অবা-সোর শদোম্রিদঃ থপ্ন থপঃ
তিনপ্রে খঁগোন নোংলম তম ;
নোংম পোকণী স্নজানি স্নণী মচা নোংদয়ম
নীনি স্নুনা শিরমদ চংপ্রে স্নজা নোঁ খাইরম ।

নুঙ্গী মতম লেপখি তিল্লম্পিবা অপুম্ব
স্নুংবংনখি কোলেটিন, পাথৌ শাগৈ লোইনবা
হায়ফম'মত্তঃ খঙনদ তৌফম কমি উনদ
অবা মত্তাং জাল্লুদা খঙহৌদনা খোকখিবা ;
লৈম মাবু পোকচবা কোলোয় মাগী ল্যুক্রেস্থস্
মালেম লৈদা জাবা উ স্নুংশিজবী মগোম্ব
উব্রী মতম লৈদা ওন খরৈনিদঃ ফীরাক খায়
"মাঙলে ইপাই ইবেম্ম" চোংশিন মচা তম্র কোল
রাহৈ মপুং ফাঙমদ জাখি খোঁজুন তম্ন মাঙ ;
স্নজা মাবু তম্ন তম চোংশিল্লকখি বুরুটস্
স্নজা থাদা য়ুঁলম্ব শংখি থাঙদো মহাক্ক
লৈম থবায় লৌরিবা থাঙদি মানা ফীরাক থায়
নীংলুরবোই ঈথেংন শিমিল্লগে মাবু কোল
কাপচরকই ফিরি ক্রি তুংইম্রনা তম্ন থাঙ ;

কাপখোরকপা ঈখেংন ঈরীনিদঃ অনী কাং
মুজা মাগী থাদগী চেল্লি ঈরগ অনী কাং
অসুম অসুম চেস্বরক অতেং-অথগ নৈতনা
থ্‌মজিনথরে মুজাদো ইকোয় কোয়না ঈখেংন ;
মীপুম তুয় তক হাং ঈনা কৌখোং ওইনা চেল
ছয়েল লায় লান্দারক ঈকোয়নিদঃ ঈওাং চেল
নীংথায়বগুম অকি কং তরক তরক ঈপাল লাং
লাইজ ঈথং মচানা.
তাজরিয়ে ল্যাক্রেসি ঈওাং ঈকোয় ফিনা লাং
তরক তরক হেঙ্গনা ;
ঈখেংনিদঃ অয়াম্ব মচু শেংন ঙাঙনা তা
সেংজবনা নম্মিয়ে, শেংজবনি মহাক্তি
যাখৈরিয়ে খ্বায়গী মাঙ ;
তারি খিত্তুং মুনা মু—থরদংনি থরদং,
থর থজিক 'সিদংনি মাঁজখিবা শক্তি
চাকহেন খোঙফম নম্ম মাঙ
তাক্লি ঈনা মুজাগী নীংথিজবা মপাউ চেল।

মক্সিল্লবা মুজাগী কন্সিল্লবা মায়থোংদ
ঈমুদগী চুমথরকপা ঈক্কনিদঃ তম্ম তা ;
খুজি সানা ঈশিংন তুঁজরিয়ে নাইতোম তা
নীঁডি তম্ম কল্লিবোই ঈগাং ঈরীক মিংয়েং তা ;

ওইরমাল্লে অওইবা ! ঈমু ঈকম খুদিংজ
ঈশিং ঈরু হেক হেক চুগ তুঁঙি মচি মচিদা
য়াজথিবা মুজানা ফাওরম্বোইদো ঈরীক য়ৈ,
ঈরীক খুদিং ঈমুগী ইল্লি পিরিক য়ৈনা য়ৈ
ঈশেংনিদঃ মুজাগী ঙাংন ঙাংন তাজরি
ঈমাং উরু ইকাইখাং থোইনা হেন্ন ঙাংজরি ।

ইপাই লাংলেন চৈরেহল কোলোয় পুংশি ল্যাক্রেসি
কৈদা চংলে ইবেশ্ম, ইপাগীদি ল্যাক্রেসি
লাংলেন নংদি থরায়নি, করম ছায়না হিঁহৌবা
ইপানা !
থরায় য়াওদ হুকচাংন করিজুংদ হিংথিবা,
থল্লুনা !
মচা-ওইবা লৈবনা হিংজৈ মপা-ওইবনা ;
লোইরেদকো ইপাদি নংনে চংলবমিনা !
মশেক কায়দা মঙাল পু হিংনৈ মপা-ওইবনা
মচাদা,
মেঙনা নৌনা লৈশাং তম হেজ্জৈ নৌনা মপানা
মমোমদা—
থয়ুম মাগী পথাপ্পি, মালং মাগী মালংচং ;
কায়রে ইগোম নহাকপো, কাউরবরা মালংচং !
লকয়েং নংবু কায়রবা নুজী লেলও নীংথিবি,

শেলাং নঙ্গী পীবুক্কুং পোকচবনি মুংশিবি,
অহল-ওইবা নপানা মহেল্লোননা ঙক্জবি !
শকয়েং নংন কায়নজাই মুংথ্রে ইগি মিহৌবা—
তারে অজোপ ইমি'গ শক্ক-পোলাংনরবা
শিরুমবা শোল্লবা য়েংজবদা হঙ্গোইবা ;
শকয়েং নঙ্গী অহেনবা নীংথিজবা তাপুম্ব
তাকথি লোইনা হৌজিক্কি মমে ইগি তারম্ব
নহা-ওইবা পুন্সিগী পোম্ন পোম্ন য়েংজবা
নপা-ওইবা ঐহাক্ক অহল-মতম-ওইরবা—
আঃ উরবোইদো 'মুক হন চেংলৌ শক্তম পাম্মুবা !
হেঁৌলো করি দৌননি মালং নঙ্গী মালংচৎ,
চেল্লো নংস্তু মতমও ঈচেম্নিদঃ তোরৈ হল !
হৈরোইরবা অসিদা কোম্ন তম্ব হৈরাংন
হাম্ন কেল,
তারবদা লৈরোইবা হাম্ন শাৎপ লৈরাংন
কোম্ন কেল
কদৌথিনি মালং নং তাক্কুহুনা নঙ্গী চৎ,
করি চেল্লোই মতম নং হঙ্গত্তুনা তোরৈ হল !
অশোন-অনা লোইনা থম অকন মথৈ লোইনা থোম
পাল্লদরা মনীং তম অশিমনা তঙ্ক থোম !
মাঁতোইনবা খোইরোম্ন খোইরানিদঃ তম্ন থা

তুংদ লাকপা চারোম খুভমিদঃ ত্তম্ন য়া
পাইম্নে শেল—
হল্লকখোবা ল্যুক্রেসি, ইপাই লাংলেন চইহল,
হল্লকখোদঃ অমুক্তঃ ইমোম নংবু খোঙকম হল !
ইমোম নঙ্গী তাঙজ থক লুরেন মোনথাং নপানা
শিজনীঁঙ্‌বনিদো,
কদায় 'হুবু খোক্তুরে নোংদম মানা গিৎলৈনা
থুঁঙোইদৌরে নীংবদো ;
ইপাই 'বেম্ম মাঙলেদো, লোইরেদকো ইপাদি,
হিংহৌগবা করম্ন লাইবক-থীব নপাদি !

ল্যুক্রেস্তসনা কম্ম তা মঙফাওনরক ইৎক উক্ষ
মঙলান্দ,
শাওব্রবোইদো রাবনা কাঙলগ থঙদ চেক্লিল্লক
মিকুপ্ত,
তুররেনে কোলেটিন লিউক্রেসিই মনাক্ত—
কংথ্রবোইদোঃ গথম্মোয় তাদে মপি অসক্তঃ
লোন্দে মরোল অমফাও লৈয়েং কাখি লৈখোংদ—
থল্লুগনি কনানা হিঁ লি মত্তৌ উৎদা !
মৈপৎদ থোঁঙ্কল লাক নিপা মতীং ত্তম্ন কুক
শরীথিয়ে থম্মোয়ম্নং—"মতিক চাবা তৌগনি,
ঝুংশি মাগী মঙুংলাং মাঁঙে থরায় মাজনি"

য়াশক য়াশক থম্মোইঙুং হৌগংখিয়ে ভম্ম ফুক ;
চয়ম 'ছুবু কংখি গ্রক ফাখি লৈখোং লৈয়েংন
ময়েক 'মস্তু লোনভমদা লৈখি লৈয়েং ওস্তুনা ;
খদাংনিদঃ ক্রক ক্রক চিক হোংনজয়ন মমৈদা
লাকখি য়াইং খরদং য়ানা খিত্তং মচীন্দ,
অভাবনা অহুবু শিখিবমা মখোয়
ভম্মখিদে খুম্নবা করি হায়বা মহাক্ল ;
য়ানা য়ানা লাক্কজ হায়দোয়কই অমুক 'মুক
কাবক শেংন টারকিন্ মশা পুম্ব মুক্ল মুক
খংশি হেক্তঃ শিথাখ মখোন মাগী হম্ম 'মুক—
নোংলৈ মুংশিং অকনবা হুমদোক্লিবোই কম্ম নোং ;
ঈনম্মিবোই অম্মাবা ! চুররনি অকি ফং
ফুধব্বকপা পোক্লবা, ঈচৌরনি অঙক ফং ;
নোংলৈ মুংশিং লেপ্পবোই ফুধব্রক্লে কম্ম নোং—
কপগিম্মরি লাউনা খোং মকু মমাক অনীদো,
"ইপাই 'বেন্ম মা ঙেদো" লাউরি লিউক্রেসিয়স্,
"শানৌ করি মতৌনো" কপ্পি ভম্ম কোল্‌টি-স্—
মপা মানা হেল্লিনে হায়নি কম্মম শোকখিবা !
হেল্লি পংলেল মানা করমদোনা হায়গবা !
কপচিরিয়ে খোংন লাউ "ইপাই 'বেন্ম মাঙলেদো"
মপানা ;

লাউজরিয়ে থম্মোয় কায় “শাম্নৌ নংবু জোইরেদো”
থংলেম ;
“ইগোম নংবু ইপানা লেম্লবনি থোংজীল লাং !”
“শানৌ নংবু পাখংন লেম্লবনি মায়োক লাং !”
শীঁডেন নংদি কেম্লবোই নপা ঐবু থল্লমদ !”
“লৈরাং নংদি কম্লবোই থংলেল ঐবু থল্লমদ !”
মুম্লরিয়ে শিরফাও মুংশিবনা অনীদো,
ঐগীনিনা ঐগীনি থম্লরিবোই মুজ্জাদো।
মীচঙ চঙদে কনা’ম মীচঙ ডাক্লি অনীগী
য়াওই তম্ল তিয়ানা কপ্লে ‘ইপাই ইবেম্ম !’
মপানা ;
য়াওই অত্রুম তিয়াদো কপ্লে ‘শানৌ ইবেম্ম।’
থংকেম্ল ;
তাক্লিবোইদো মহাক্ল অনীগীনি অনীগী !

ফাগি হৈবা ক্রুটসুনি, নিংথৌ শেনবা ফাগিনি ;
নিংথৌ পোইরৈ য়েংন য়েং ফাগিনিদঃ হৈনা তৌ
নিংথৌ পুক্লীং ফাওম্ব রাহৈ-খুরৌ তম্ল লৌ
অরা কৌবা চঙদবা মশিনকম্ল মশাগী
নিংথৌশিংন কোম্লবা মুঁডাইনবা মশাগী
ফাগিশীংদ চঞ্জবা ক্রুটসুহুনি ঙসিগী
ঙমথি থাঙদো শংখিবা লৈম মাগ্নী থাদগী।

পুক্নীং মাগী অয়াঙব লুপগ্রবোইদো লোইনমক !
অরাবনা থুম্মাংখি থম্মোয় মাগী লোইনমক
মুজা মাবু থম্বরু মপুরোইব-চাকহেনবী
চাকহেল-খোঙফম থুগায়বি থবায় লায়না থারবী
তমথি থাঙফম অমুক উ থবায় মাগী প্রোক প্রোক চাক
লম্মন খুমগে নীঙ্খ্রবোই ফাখি মবুক তম্ন লাক ।

অরাবনা থ্ম্মাংখি থোঁগুন্নিদঃ লোইনা মাঙ
কপচবদঃ থঁলবা মকু-মগাক অনী য়োং
চীঙোয়রকই ক্রুটস্না চীংন লেম্ন খোনফম থা—
"রোমক পাথৌ অথোইব, হৌগংলুদঃ কোলেটিন !
লঁঙরগা নঙ্গী কা শামান-নমাঙ্গবনা
পাথৌ নংন কম্নবা !
অরাববু কম্নগা পাথৌ নংবু থল্লুদঃ
কোকই হায়না থনবরা !
থাঙফম অমা চারগা থাঙফম অমা নৌনা হল
থাঙ্গী চৈনা কোকদ্রা !
থম্মোয় কায়রে হায়রগা অরাব'ম তম্ন লঙ
চৈনা কোক্কি থনবরা !
থুহুম তম্ন শুরগা হম্ন হম্ন নরায়বক
মুংশি লম্মল কোকদ্রা !
তনবা মাগী মহাকথং খীজরবী নরায়বক

মুংশি-তালোয় মজুংলাং ইশা ইদোম তন্ন লঙ
লম্মল খুন্ন শক্লগে য়েক্ক মাগী মকাদা
চোঁংলিবরা নহাকপো অঙাং মতম তন্ন খল !
পাথৌ শাজৎ নম্তেনা খল্লু নংবু অমুক্ত:,
পিদোম্নবা মীগীনি শাজত্তুদি কোকেটিন !
রাখল থেনবদগীনি অরেম্বদা মশা মাঙ
তোক্লিব'সে নৈমনা—শিংলবদি লম্বী য়েং
খুদোংনিদঃ তন্ন সেম শিংলমগনি মশানা
মুংঙাইতবা লম্মন'সে তনবা মাগী মকাদা ;
মিৎকী পিরাং তন্ন খিক হোংনৈ করি ঈংনবা
মৈচাক নঙ্গী তাকনবা থম্মোয় খোম্ন চাক্লিবা !
পাথৌ নংন করিগী কপ্লিবনো অঙাং সা !"

"লাউনা অত্থুই শরুক্তে পাথৌ, ঐগী ইনাক্ত,
নিসি পীনৌ মথোজাল থয়ুম মাগী মকাদা
লম্মল খুম্ব ঙমজবা অরান মাগী মকমদা
লম্মরিবা মুজা কা মুংশি নঙ্গী নতালোয়
মাম্মরিবা মহাকথং পাম্মু নঙ্গী পুন্সিরোয়—
খুররনি মমায় রোম লম্ফে মাগী হাক্তক্ত,
মতিক চাবা তৌনিনা মরমচৎকী মথক্ত,
লাউ শরীনসি ঐথোয়, শিমিন্নসি ঐথোয় লোই !"

"য়োমক পোকপী ইমা, পলেমও নঙ্গী মিখৈ পল
নচা ঐখোয় শরীরি ;
য়োমক চক্ষু অত্তাওবি, নঙ্গী ওসি ঈ'সি পল
পাথৌ ঐখোয় শরীরি ;
য়োমক কোনবা হে লাইও, কোরৌ নঙ্গী মিংথৈ পল
রাশক্লি 'খোয় নপারি ;
রাশক্লিদঃ মতুং ইন মুক্তা-ওইবী মাগী কা
মপুয়োইবা চাকহেনবী
থুম্মি লম্মন শোয়দনা লক্ষে চৎপ মাগী কা ;
য়ারসম্নু থাও'সিনা মায়য়োং ঐখোয় থুায়গী কা
মুক্তা মাবু লোইক্লবা থরৈ মাগী ফীরাক থায়
রাজথিবী মথম্মোয় মুক্তা-চাকহেন রানা কায় !
ওমদ, থোক্লে কদৌনি শিনি থবাক তম্ন লোং।"
চীঙ্গোয় চীঙ্গোয় মপাউখোন চিকখি থাওদো ময়া লোং ।
ক্রুটস্ মাগী মতুং ইন পাগো মতীং লোইনা হৌ
থাঙ্গী ময়া লোংনা চিক রাশক্লয়ে লোইনা হৌ ;
সনা লিক্লাং চোইনা খোম পুয়ে কেপ্ত তম্ন চল
থৌগল্লিয়ে অশৈবা থম্মিন পেনা হিক্ল খল ;
কপ্পয়ক্লে চঙ্গুয়া য়োমক-লৈংকায় খোম্ন খোল,
মৈহৌনয়ে পাথৌশিং, চিঁলে মৈবা থম্মোয় খোল,
চৈনয়ক্লে টারকিন্, লোইনি করম চৈবনা !

হৌরে লৈবাক নিংথৌ থক লীকথাং মাগী মরাম ;
মিংকী পিনা সুজাগী লাইজনিদঃ ঈহৌরক
সুংগী ঈনা চাকহেনগী ঈনৌ তম্ম ঈনোংলক
লাক্লে ঈচাউ অকি ফং থুম্মে তম্ম য়োমক-কোল
তাউথখরে লৈথোঙ ফুক নিংথৌ থুভম নিংথৌ কোল

---

দি রেপ্ অব্ ল্যুক্রেসি

রোমক-চন্নু নীংথিবী কোলোয় লুংশি ল্যুক্রেসি
ইন্নুং পুঙ্গোয় লান্দনা কেল্লে লৈরাং লৈন্নুংশি ;
খিল্লে উরোং চাকহেনগী রোমক তিয়া খোম্ম খোল
মুজা ক্ষিদম তম্ম উং যুগ্রোল খুদিং তম্ম কোল ।

শক্রসন্নু মপাউখোল যুগ্রোল খুদিং চন্নুরা ;
মুংলসন্ন মিহৌবা মপু-পানবী চন্নু কা
মালেমৈয়ে:কোয় শীম্ম শীন চিদাই'গদই চিদাই'গ ;
ভাল্লসন্নু চাকহেম্ম মশেক চাউনা মভান তা
শীরসন্নু কায়দবা ভালোয়-থংলেন মকাদা
পাল্লসন্নু নুঁ ভাইনা লৈপুল ওইবা থিবিক্ষ !

---

